# মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়না বি, এ, গী টেক্সট বুক ওইনা [illegible]

# মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ



মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

—শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ



অনিশুবা সংস্করণ

অহুমশুবা থুংনম — ফেব্রুয়ারী, ১৯৯১ ইং

মরিশুবা থুংনম — জুলাই, ১৯৯৮ ইং

কোপী মশীং — ১০০০

অফোঙবা — পুখ্রম্বম ওংবী মন্তৌলৈবী (দেবলা) না পিঃ এসঃ অমসুং তাম্রা পব্লিকেসনসকী মমক ৩৫শুবা লাইরিক ওইনা থুদোলজবা।

মমল — লুপা ৩০/-

নম্ফম :

পিঃ এসঃ প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ, মোইরাং লৈরক মচিন।

ফোন : ২২৮৭৩৪

# ৱাহৌদোক

মণিপুরী ছন্দগী তোপতোপ্পা মশক অমা লৈজে। সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্নচিংবা কয়াগী ছন্দগা মণিপুরী ছন্দগা নরুবা খরা লৈরবসু মণিপুরী লোননা আর্য্য নত্তবা কাংলুপকী মনুং চনবনা মশাগী তোপ তোপ্পা মশক অমদি হৌজিক ফাওবদা লৈরি। হৌজিক ফাওবদসু অসিগুম্বা লোনগী ছন্দগী বৈজ্ঞানিক ওইবা মশক পুথোকপা থেংনদ্রি। লৈখিদ্রবা পণ্ডিত ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহ, কবি খাইরাকপম চাউবা সিংহ অমসুং পণ্ডিত কলাচাঁদ শাস্ত্রীনা মণিপুরী ছন্দগী মরমদা খর খরদি নৈনবা হোৎনরম্বসু মপুং ফায় হায়না লৌবা ঙমদে। থোইদোক্নসু পণ্ডিত কালাচাঁদ শাস্ত্রীনা সংস্কৃতকী মাত্রিক ছন্দগী কুপশিনবা মওংদা মণিপুরী ছন্দবু মশক তারুবা হোৎনরকপসি থাগৎনীংঙাইদি ওইরগা লোন অনি অসিগী মরক্তা চাউনা খেন্নবা খরা লৈবনা নকশিন্নৈ হায়বা ঙমদে। থায়নগী পেনাগী ওঝাশিংনা হেপলী, হেপলী পাবোৎ অমসুং হেপলী থাঙৈনচিংবা খরা শীজিন্নরম্বদুনসু মণিপুরী শৈরেংগী কুপশিনবা মশক তাকই হায়না লৌবা ঙমদে। থোইদোক্নসু চহি ৬০ মুকী মনুংসিদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ লাকপদা ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শক্লোল কয়ামুকসু থেংনবা হৌরক্লে।

চহি খরগী মমাংদগী হৌনা মণিপুরী ছন্দগী মরমদা খরা কুপশিন্না য়েংশিনজবা হৌখি। মণিপুরী ছন্দবু মশক খঙনবা লাক্লবদা মণিপুরী লোনগী তোপ তোপ্পা মশক অসি খঙজনবা হোৎনবদসু নত্তনা সংস্কৃত, বাংলা, হিন্দী অমসুং ইংরাজীনচিংবা লোনগী ছন্দগী মশকসু নৈনবা তাখি। অতুবু অহানবা লময়ানবগুম্বা থবক অমা ওইবনা অমসুং শাস্ত্রীয় ওইরবা য়ুক্ফমদা পুখৎনবা লাক্লবনা অরায়বা থবক অমা ওইনদি থোকখিদে। খল্ল খল্লগা অনৌ অনৌবা ভাব থোরকই অমসুং অনিনা মরোইন্ননি

হায়বগী ফিবম অমা তাকপা ঙমজদ্রি। বাংলা ছন্দবু মশক তাক্নবা হোংনবগী ইতিহাসস্তু অরায়বা ওইখিদে। হৌজিক ফাওবদা বৈজ্ঞানিক ওইরি হায়না লৌরিবা মওংদি শ্রীঅমূল্যধন মুখোপাধ্যায়না লেংবা অমসুং কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না ফোংবা বাংলা ছন্দের মূলসুত্র হায়বা লাইরিক অসিনি। বাংলা ছন্দগী লেখক অসিনা বাংলা ছন্দবু রীতিগী (Style) অমসুং লয়গী খেন্নবা মতুংইন্না ধ্বনিপ্রধান, তানপ্রধান অমসুং বলপ্রধান হায়না অহুম থোক্না খায়দোকলিবা অসি য়াম্নমক বৈজ্ঞানিক ওই। অদুগা বাংলা লোম্না সংস্কৃততগী লাকপা লোন ওইরবস্তু বাঙ্গালীশিংগী আর্য্য জাতি নত্তবা খোঙ্গোক্নী শরুক্না চিংথদুনা মাত্রা মান্নবা (মাত্রা সমকত্ব) হায়বা মওংদা ছন্দগী মক্ষম ওইরকই। মণিপুরীস্তু আর্য্য নত্তবা কাংলুপকী লোন ওইবনা হায়রিবা মাত্রা মান্নবা হায়বা মওং অসিদা ছন্দগী মশক লায়না তাকপা ঙমই। অদুগা মণিপুরী ছন্দবুস্তু মশাগী তোপ তোপ্পা মওংদা মথক্কী অসুন্না মথল অহুম থোক্না খায়দোকপনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওং ওইগদ্রা হায়বসি লাইরিক ইজরিবা ঐহাক্কী চেৎনা থাজবনি। মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়না খঙনরবা ধ্বনিপ্রধান ছন্দ অসি সংস্কৃত ছন্দগা নকশিন্নবা খরা লৈবনা লাইরিক্কী অহানবা শরুক্তদি মণিপুরী ছন্দদদি কয়া য়াওদে হায়বনদুম কগদ্রা হায়না খঙ্গক্কই। অদুবু খরগা অমুক কুপশিন্না খন্নজরবদা ইরৈ লৈত্তে হায়বদি খরদা ওইরবস্তু লৈ হায়বনা চুমগদ্রা হায়না মত পীজরি। অসিনা লাইরিক্কী অরোইবা শরুক্তদি মণিপুরী ছন্দগী রীতি অহুম অসি চপচানা ইজরি।

লাইরিক অসি পুথোরকপদা ছন্দগী অকুপ্পা নৈনবগী মতাং অয়াম্বদা মথক্তা পনজখিবা শ্রীমুখোপাধ্যায়গী লাইরিক অসিদগী মঙাল কয়া কংজে অমসুং লাইরিক্কী চথরকপা মওং অসিমকস্তু মথক্কী নমুনাদা ইজরনি। বাংলা ছন্দবু নৈনজবগী মতাংদা কবি মোহিতলাল মজুমদার, কবি বুদ্ধদেব বসু অমসুং বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ফাওবদগী কান্নবা কয়া কংজরবস্তু শ্রীমুখোপাধ্যায়দি থওইনা মিং পঞ্জনীংই। চহি চনিমুক্তি

বাংলাগা মণিপুরীগা তিম্ন তোংনরকপনা অমসুং সাহিত্যগী মতাংদসু নকশিন্নবা কয়া য়াওরবনা পারিভাষিক শব্দ(terminology) লৌরকপদা লেখকনা—সংস্কৃত অমসুং বাংলাগা চুনবা মওংদা—অক্ষর, মাত্রা, ছেদ, যতি, পর্ব্বাঙ্গ, পর্ব্ব, চরণ, স্তবক, পয়ার, ত্রিপদী চৌপদীনচিংবা কয়াবু শীজিন্নজরি। মণিপুরী লোনগী ব্যাকরণদসু তোপতোপ্না অনৌবা মণিপুরী শব্দ পুথোকপগী মহুত্তা সংস্কৃতগী শব্দ কয়ামুক শীজিন্নবদা হেন্না খুদোং চাবনা ছন্দগী কয়াং কয়া তাকপদসু মথক্কী শব্দ খরসি দরকারগী মতুং ইন্না মণিপুরী লোনগী অর্থগা কোন্ননা শিজিন্নরি। মসিদসু খুদোংচাবা কয়া য়াওরি হায়না লেখকনা থাজৈ।

লাইরিক অসিদা শীজিন্নরিবা শৈরেংগী মতেক কয়ামুক অসি মণিপুরগী থায়নগী অশৈবশিং অমসুং লৈখিদ্রবা অমসুং হিংলিবা মণিপুরী কবি কয়াগী লাইরিকশিংদগী লৌথোকচবনি। থায়নগী পেনাগী ছন্দবু মশক তাক-পীরকপশিংগী মনুংদা লৈখিদ্রবা পেনাগী লৈবাক্কী ওঝা অহোংজাউ সিংহগী মিং পনজনীংই। শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা লৈখিদ্রবা পণ্ডিত রাজেংবম য়ুমজাউ সিংহগী লোনগী রায়েন কৌবা লাইরিক্কুগী ছন্দগী মতাংদা য়াওরিবা শরুকশিং শিন্দোক্লগা অমসুং পণ্ডিত লোয়শংগী লৈখিদ্রবা পণ্ডিত খরগী মতসু পীবিরকই। ছন্দক্তা ফোঙবা থায়নগী শৈরেং হায়বা লাইরিক্কুগীসু মতাং কয়া লৌথোকচনবগী অনুমতি পীবিরকপগীদমকসু সম্পাদক শ্রীখেলচন্দ্র সিংহবু থাগৎচরি। পনজখ্রিবা ময়াম অসিগী মতেং নত্তনদি অসিগুম্বা ছন্দগী লাইরিক অসি পুথোকপদা ওইথোকলোই।

লাইরিক অসি খণ্ডজদ্রিবা লেখক্কী মণিপুরী ছন্দবু মশক খঙনবা চহি খরা হোৎনজবগী মশক অমনি। অদুগা বৈজ্ঞানিক ওইবা অহানবা মীৎয়েং অমনি হায়নসু লৌজরি। মায়কৈ অসোমদা চথরবদি মনুংগী য়োশিনবা ছন্দগী মশক কয়াসু থেংনরকখিগনি হায়না থাজৈ। মণিপুরী ছন্দগী অহানবা লাইরিক ওইনা দিল্লীগী বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেসন্না

ইলেকটিভ মণিপুরী ছন্দগী পাঠ্যপুস্তক ওইনা অমসুং গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়নসু বি, এ-গী Alternative Manipuri গী পাঠ্যপুস্তক ওইনা থনবীবগীদমক দিল্লীগী বোর্ড অমসুং গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দা তৌবিমল খঙবা উংচরি। লাইরিক্কী অহানবা শরুক্তা (লামায় ৩২ ফাওবনা) হায়ার সেকেণ্ডরীগী ছাত্রশিংগীদমক ওইনা তোপ্পসু থমজরি।

লাইরিক অসিনা মণিপুরী ছন্দবু শকখঙবগী লম্বেনদা মঙাল থরদং পীবা ওয়বদি লেখক্না হোৎনজবসি মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি। প্রকাশক ধ, কে, ষ্টোরদসু তৌবিমল খঙবা উংচরি।

এলাংবম লৈকায় | চঙজরিবা
তাং ১৫। ৭। ৬৮ ইং। | শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

অনিশুবা সংস্করণগী ৱাহৈ খরা

ঐহাক্কী মণিপুরী ছন্দগী লাইরিকসিগী অনিশুবা সংস্করণদা থোইদোক্না শেমদোকচরে। ছন্দগী লাইরিক খরা খরা ফোঙনরকপশিংগী মনুংদা শ্রীরাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎকী "ছন্দবীনা" মমিং পনবা য়াই। অদুবু ঐহাক্কী হান্নগী লৈজরিবা মত অসি হোংদোকচনীংবগী মতীক চাবা প্রমান ফংজরি। মৈতৈগী হেপলী ছন্দগী মায়কৈদা কন্না চঙশিনজরুবা ওমজদবগী মুংঙাইতবা অমদি অদুম পোকচরি।

ইম্ফাল

তাং ১২। ৮। ৭৩ ইং | লেখক

## অনিশুবা সংস্করণগী অহুমশুবা খুৎনমগী ৱাহৈ খরা

খরা নৌতক্লা ছাত্রশিংগীদমক ওইনা ইবা লাইরিক মচা অসি ১৯৬৮ দা ফোঙজখিবনি। অথঙ অহৈশিংনা সুংশিবীটুনা লাইরিক অসি চৎনবা য়ারবা অমনি হায়না লৌশিনবীরক্লি। অহুবু অনিশুবা খুৎনমগী মতুংদা কুইনা অমুক ফংলুদ্রে। ছাত্রশিং অমসুং ওঝাশিংগী খুদোংচাদবা অমা তশেংনমক থোকপ্ররবনি। ঐহাক্সু মায়কৈ অসোমদা পুক্নীং থিংজিনবা খরা ৱাংচখি।

অহুবু ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরনা অহুমশুবা খুৎনম অসি ছাত্রশিংগী অরাংপা মেনশিন্নবা ওইনা পুথোকপীরে মসিগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎচরি। থোইদোক্লসু শেলগী মতেং পুথোকপীহনা থবক অসিবু পায়থৎপীরিবা ডাক্তর ছইরেম বিহারী সিংহ (মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী বিভাগকী এসোসিয়েট প্রোফেসারবু থাগংচরি।

লাইরিক অসি ফোঙলকপনা ছাত্রশিংগী অনীংবা খরদং থুংহল্লগনি থনজরবদা অপেনবা পোকচৈ।

লেখক—

ইম্ফাল

তাং ১১।২।৯১ ইং

# অহৈবগী ৱারোল খরদং

ঐহাক্না মতম খরগী মমাংদা ইজখিবা মণিপুরী শৈরেংগী ছন্দগী লাইরিক মচা অসি মণিপুরীগী সেকেণ্ডরী স্কুল অমসুং বিশ্ববিদ্যালয় ফাওবগী থাক্তা ছন্দগী লাইরিক অমা ওইনা তম্নবা লৌশিনবীবা অসিদা লুংঙাইবা পোকচৈ। খুৎনম খরসু ফোঙখ্রে। মথংগী সংস্করণ (এডিসন) অমদদি মণিপুরী পেনাগী অশৈবশিংগী হেক্লিগী শৈশক খরসি ছন্দগা চুশিন্ননা নৈনজবা মতাং অমা হাপচগে খল্লি। হৌজিকমক্তি থিজবা মপুং ফাক্রি।

লাইরিক অসি ইশানা ফোঙজরম্বদগী দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা খুৎনম খরদি ফোঙবীখ্রবনি। অদুবু হন্দক্তি লাইরিক ফোঙবদা খুমাং চাওশিনবীরক্লিবা পি, এস, পব্লিকেসননা ফোংবীগে য়াবীরকপগীদমক থাগৎচরি। অসিগুম্বা লাইরিকী পব্লিসর মওং তানা লৈত্রিবা মণিপুরদা পি, এস, পব্লিকেসন্দগী থৌনা অসি থাগৎচরি টেক্সবুক ওইশিল্লরবনিনা মতম খরা ফংদবগী খুদোংচাদবা পোকহল্লখিবগীদমক্তা অপাবশিংদা ঙাকপীনবা হায়জরি

ইম্ফাল : এলাংবম লৈকায়

তাং ১৫। ৬। ৯৯

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# পব্লিকেসন্সদগী

পি. এস: অমসুং তাম্রা পব্লিকেসন্স, পব্লিসর মরাঙ কায়না লৈত্রিবা ইব্রমদমসিগী অইবসিং মরুওইনা ইরুরগা মসাগী খুৎই লাইরিক অছু ফোঙজবা ঙমদবদগী নীংহন্নরক্লবা অইবা কয়াবু পুক্লিং থৌগৎচবগা লোয়ননা অফবা লাইরিক কয়া পুথোকচত্নুনা মতম মতমগী ওইনা মীয়ামদা সীন্নজবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী অঙম্বা সেবা তৌজবনি। পান্দমসিগী মথাদা ১৯৮৬ ত্তগী লমসিদা খোং থাংজিল্লরকপনি।

ঐখোয়গী অতোপ্পা পান্দমশিংগী মনুংদা অমনা, চহী খুদিংগী ওইনা পুথ্রম্বম ৺জয়চন্দ্র সিংহগী মীংদা লন্নাই সংস্থান কয়াদা মথল কয়াগী লাইরিকশিং মমল লৌদনা লাইব্রেরীগী ঈহৌ শাগৎপদা তেংবাংজবা ওইনা খুদোল তমজবনি। পান্দমসিমসু সোক ১৯৮৮ দগী লেপ্তনা চংথরক্লি।

হন্দক পুথোকচরিবা ইকাইখুম্নজরিবা পাবুং শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহগী "মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ" পব্লিকেসন্সসিংসিগী ৩৫ শুবা লাইরিক-সিমসু লাইরিকসিবু ফংনদবগী অৱাবা মায়োক্লবিবা মহৈরোইসিংগী মফমদা খুদোল তমজরি।

লাইরিকসিবু মরিশুবা খুৎনম পুথোকচনবগীদমক অয়াবা পীবিরকখিবা ইকাইখুম্নজরিবা পাবুংবু থোইদোক হেন্দোক্লা তৌবীনল খঙবা উৎচরি। লোইননা লাইরিকসিবু নম্নবগীদমক লাইরিকসিবু ফংহন-বীরিবা ঐগী ইবুং ডা: সগোলসেম লনচেনবা মীতৈবুসু পব্লিকেসন্সসিংসিগী মায়কৈদগী অমসুং ঐ ইশাগী মায়কৈদগীসু থাগৎচবগা লোইননা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

"পব্লিকেসন্সসিংসিগী ফোংথ্রবা লাইরিকসিং অমসুং মরী লৈনবা হীরমসিংদা অখণ্ড অহৈশিংনা তাকপীরকপা ৱাকম খুদিংমকপুসু হরাউ ওয়াম্না লৌজগনি।"

মরী লৈনবা পুম্নমকপু অমুক্কা হন্না থাগৎচরি।

থাইগী
পুথ্রম্বম ওংবী মতৌলৈগী (দেবলা)
পি: এস: এণ্ড তাম্রা পব্লিকেসন্স
মণিপুর।

ইম্ফাল
তাং ১৩।৭।'৯৯

# ছীরম লাম্বায়

# মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ

## অহানবা শরুক

( শন্নবা নৈনবা )

### কাব্য অমসুং ছন্দ

য়ারেং ( গদ্য ) অমসুং শৈরেং ( কাব্য ) অনিগী খেন্নরিবসি মতাং থম্নদনি। য়ারেংদা হায়দোক্লীংলিবা পুন্নমক ইচম চম্না কোমতক্না অমসুং নীংতম্না হায়দোকই। শৈরেংদা অচেৎপা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না থম্মোইগী অকনবা ঈহুল অমা ছন্দ অমা নাইনা ফোঙদোকই। চুম্না হায়বদা পেল্লক্ত্রুনা শৈরেং ওইনা হায়দোরকপনি। মসিদা রসকী শরুক কয়ামুক অমসুং নাকোংনা তাবদা থুম্লবা মশক অমা য়াওরি। শন্না হায়রবদা য়ারেংদা মশাগী হায়দোকপগী ছন্দ অমা লৈজরবসু ময়েক শেংনা অকরুবা নিয়ম অমনা পুন্দে। শৈরেংদা ছন্দগী পান্থৈনা হায়নীংবতু ফোঙদোকই— অকরুবা ছন্দগী নিয়ম্না পুনশিল্লি অমসুং ছন্দ অতুসু নাকোংনা তাবদা অমসুং য়েংবদা ময়েক শেংনা পোপ পোপ তাই।

### ছন্দ

য়াহয়গী পুনশিনবা থরবু নীংথিজনা শাদোকপদা তাবদা থুম্না থোকপা অমসুং পুক্লীংদা বস পোকহনবা অদু ছন্দ কৌই।

খুদম —

"মতম কুইনগী তুংদা,
লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু
মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির-মনুংদা।
য়েন্দাই-থম্না লৈহাওনা
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা।" — কমল

মথক্কী অসি পাবদা হায়দোকপদা নুংঙাইবগী ইহুল ফাওবদসু নত্তুনা ৱাহয় ময়ামসিগী শমজিন্নরকপগী তোপ তোপ্পা ফজবা অমা থম্মোইদা ফাওগনি। অতুগা ময়াম অসিনা পূনশিল্লগা থম্মোইদা নুংঙাইরবা রস অমা ফাওগনি। মতাং অসিদা করিগুম্বা "মতম য়াম্না কুইরগা ইমা মৈতৈ চনু মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরদা লেংশিল্লক্লে য়েন্দাই পায়খংলো ; লৈ খরা থিরগা কংশিল্লুসি" হায়রবদি তাবগী নুংশিবা ৱাংকনি ; অমসুং থম্মোইদা রস পোক্লোই।

অফাওবা লেখকশিংগী ৱারেংদসু ছন্দদি শোয়দনা থেংনগনি। অদুবু শৈরেংদা তৌৰগুম্না অসুক য়াম্না ময়েক শেংলোই। অৱোনবা ময়েক শেংফাত্তবা ৱারেংগী ছন্দ ওইনা লৈগনি। তশেংবদি শৈরেংগী পরায়দি ছন্দনি। ছন্দ য়াওবা ৱারেংবু শৈরেং (পদ্য) কৌই।

অসিগুম্বা শৈরেংগী ছন্দদা ৱাহয়গী মশানা তাজবা খোন্থোক কায়হন্দে অমসুং নীংথিজবা, ময়েক শেংবা শকফম অমগী মওং লৌই মশক অদুদি ছন্দ খেন্নরকপগী মতুং ইম্না তোঙান তোঙাল্লি।

## অক্ষর ( Syllable )

অক্ষর হায়ৰা সংস্কৃতগী ৱাহয়সি অর্থ অনিথোক্না শীজিন্নৈ (ক) ময়েক ( letter ) হায়বগী অর্থ অমা অমসুং খ) অমুক্তং হায়দোকপদা ঙম্বা খোন্থোফ ( Syllable )। অকোনবগী অর্থ অসিদনি অক্ষরবু ছন্দ শাস্ত্রদা শীজিন্নরিবা। অমুক্তং খ্বাইদগী য়ামদনা হায়দোকপদা থোরকপা খোঞ্জেলগী শরুক অদুবু অক্ষর ( খোন্থোককী য়ামথিত্রবা মতুপ) হায়না খঙনগনি। মসিদা স্বরগী খোন্থোক ( অতেনবা নত্রগা অশাংবা ) অমতং য়াওগনি। ব্যঞ্জন ময়েক য়াওদুনা স্বর ময়েক্কা অমতা ওইনা পূনশিনথিদুনা অমতা ওইরবসু য়াই। "ইমা" হায়বা ৱাহয় অসিদা য়াওরিবসি অক্ষর অনিনি — ই + মা। 'মণিপুর' হায়বা ৱাহয়দা য়াওরিবনা অহুমনি - ম + ণি + পুর।

মথক্কী অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মদুদি স্বর ময়েক অমতং নত্রগা মদুগা তিন্নরকপা ব্যঞ্জন ময়েক অমা নত্রগা অমদগী হেনবা ময়াম

ভিন্নরগা অক্ষর ( Syllable ) হায়বা অসি শাগনি। হায়রিবা অক্ষরসি স্বর ময়েক্না লোম্বা য়াই। খুদম চা, থা লা অসিনচিংবা। ব্যঞ্জন ময়েক্নসু লোম্বা য়াই খুদম থক, কক লম অসিনচিংবা।

## মাত্রা

ৱাহয়গী হায়দোকপগী মতমগী চাং অহুবু মাত্রা কৌই। অক্ষর অমবু হায়দোকপদা তেনবা নত্রগা শাংবা য়াই। খ্বাইদগী হায়দোকপদা তেনবা মতম অহুবু মাত্রা অমা হায়না খঙনগনি। ব্যাকরনগী মতুংইন্না হ্রস্বস্বর ( অতেনবা স্বর ) পূয়মক মাত্রা অমতনি। খুদম – অ, ই, উ অসিনচিংবা। দীর্ঘ স্বর ( অশাংবা স্বর ) পূয়মক মাত্রা অনি অনিনি। খুদম — আ, ঈ, ঊ অসিনচিংবা সংস্কৃততদি স্বর ময়েকশিং অসি ইবগা হায়দোকপগা করিমতা থেন্নবা লৈতে। চাউরাক্না অতেনববু "লঘু", অশাংববু "গুরু" হায়না অতুমক চৎনৈ। সংস্কৃত নত্তনা বাঙ্গালী, মণিপুরীগুম্বা লোন্দদি লঘু গুরুগী অকক্নবা হোংবা য়াদবা নিয়ম অসি লৈতে। হায়বদি "গুরু" স্বরবু মতম পূম্বদা মাত্র অনি অনিনি হায়না লৌদে– করিগুম্বদা মাত্রা অমতা ফাওবা লোবা য়াই। মতাং মতাংগী মতুংইন্না অমসুং ৱাহয়গী খোনহায়না মাত্রাগী চাং লেপই। "মণিপুরী" হায়বা ৱাহয় অসিদা মাত্রা মরি য়াওরি - ম + ণি + পু + রী। "য়াওফম" হায়বা ৱাহয়দা য়াওরিবসি মাত্রা অনিদনি - য়াও + ফম। "হো" হায়বদা মাত্রা অমতনি। অহুবু থৌরী চিংনবদা থরা চিংনা – "হো হায়য়ো" হায়রবদি মাত্রা অমদগী হেল্লি—অনি নত্রগা অহুম ফাওবা য়ৌথিবা য়াই। মাত্রাগী মশকতি ইবনা লেপকদবা নত্তে; নাকোংনা লেপকদবনি। তাবগী শক্তিনা মাত্রাগী চপচাবা মশক খঙবা ঙমগনি। সংস্কৃত, হিন্দি অমসুং বাংলা লোন্দা মাত্রাগী থরা হেন্না লৈরিবা অকুপ্পা মশক অহু মণিপুরী লোন্দা লৈতে।

## যতি অমসুং পর্ব্ব

শৈরেং পাবা মতমদা ছন্দ মওং মওংদা পারকপদা অমসুং ৱাহয়গী খোম্থোক উৎলকপদা খোম্থোক্কী মতাং মতাংদা পোত্থাবা অমা

দরকার ওই। অয়াম্বা মতমদা লেপক্ষমগী চাং অমসুং অশাংবা অসি মায়কৈগি মতুনা ছন্দ অতুগী অরেপ্পা মশক অমা খঙহল্লকই। শৈরেং পাবা মতমদা লেপক্ষম খঙদবা য়াদে অমসুং তাংকক অমমম নাইনসু পাদবা য়াদে। অসুম্না লেপলকপগী মকম অমমমবু যতি (লেপক্ষম) হায়না খঙনৈ। মতেক ওইনা খজিক্কুং লেপ্পনা অর্দ্ধযতি (তংখায় লেপক্ষম) অমসুং মপুং ওইনা লেপ্পগা পূর্ণযতি হায়না খঙনগনি।

খুদম —

(ক) শুসিদি পুন্সিগী। অনৌবা ঈচেন্দা। অনৌবা ঈথকনা
হৌরক্‌লে।
রাখললগী ঈপাক্তা। অরাংবা ঈরৈনা। পুক্‌নিংবু থুঙ্গ্রংনা
কারক্‌লে॥

— খ্বাইরাকপম চাউবা

মথক্কী খুদম অসিদা '|' খুদম অসি অর্দ্ধযতিনি অমসুং '॥' খুদম অসিনা পূর্ণযতিগী মশক তাক্লি। মতাং অসিদা অক্ষর (Syllable) ৬। ৬ গী মতুংদা অর্দ্ধযতি অমসুং অক্ষর ২১ গী মতুংদা পূর্ণযতি লৈরে। মাত্রাগী শক্তমসু অমতনি—৬+৬+৯।

(খ) ঈশিংদসু চাউদবী | কংফান্দসু হৌদবী॥
উদা তাংলে উতাংবী রাদা তাংলে রাতাংবী॥

— কমল

মতাং অসিদা অক্ষর ৭ | ৭ কী মতুপ অমমম শারি। মথক্কী শৈরেং অসিদা অহানবা অক্ষর ৭কী মতুংদা অর্দ্ধযতি অমসুং অকোনবগী অক্ষর ৭শুবগী মতুংদা হায়বদি পুম্না অক্ষর ১৪ শুবদা পূর্ণযতি লৈরে। অসিগুম্বা অক্ষর ৭ | ৭কী মতুপ অসিবু পর্ব্ব (রাহয়গী মতুপ) হায়না খঙনগনি। অয়াম্বা মতমদা যতিনা লেপ্পগী মতুং ঈন্না পর্ব্বগী মশকসু অতুম লেপই। যতিগা পর্ব্বগা অমতা ওইনা অয়াম্বদা চৎমিন্নৈ। মথক্কী খুদম অনি অসিদসু যতিগা পর্ব্বগা চৎমিন্নরি অসুম্না অর্দ্ধযতি (যতি তংখায়) অমমমনা লেপ্পকপা মতাং অমমমনা পর্ব শাগনি। অককনবা মাত্রাগী

পরব'গী মতুং ইন্না মনিপুরী কবিতাগী ছন্দ লেপকনি। যতিগী মশক পব্ব'গী মশক তাকনি। মথক্কী খুদমদা (ক) দা পব্ব' অহুম অমসুং (খ দা পব্ব' অনি লৈরি। শৈরেং শৈরেংগী মতুংইন্না পব্ব' মরি নত্রগা মঙানমু ছন্দগী মশক তাকপা য়াই।

পব্ব' হায়বসি হায়দোকপদা অমুক্কুং লেপ্পকপা মফম —impulse অমা ঐখোয়দা ফাওবা অতুবুনি। অতুগুম্না অমুক অমুক লেপ্পকপা মফম অতু পব্ব' অমমমনি। শম্না হায়রবদা স্বরগী অনুক্কুং চিংথোকপদা কোম্নখিবা শরুক মতেক অতুবু পব্ব' কৌবা য়াই। মথক্কী খুদম খরা অসিদগী ঐখোয়না উরে মতুদি পব্ব' খুদিংদা রাহয় কয়ামুক য়াওগনি।

পর্ব্ব ক (পর্ব্বগী কয়াৎ)

পব্ব' খুদিংমক্তা য়েংশিন্নবদি উগনি—শরুক মচেৎ মচেংশিংনা পৃন-শিন্নগা পব্ব' অমা শারি। মশীংদি অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা য়াই। মখোয়শিং অতুবু পব্ব'াঙ্গ (পর্ব্বগী কয়াৎ) কৌই। খুদম

মৈতৈগী ঈপাকনি। মাঙদা ঙাল্লিবা।

ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে॥ —চাউবা

মথক্কী অসিদা লৈরিবসি পব্ব' অহুম্নি। অহানবা অমসুং অনিশুবা পর্ব্বদা পর্ব্বাঙ্গ ২।২ য়াওরি—মৈতৈগী + ঈপাকনি অমসুং মাঙদা + ঙাল্লিবা। অকোনবগী পব্ব' অসিদা অহুম য়াওরি—ঐখোয়গী + লোক্তাক + হায়বসে। পব্ব'না লৈপরেং অমগী মশক লৌরগা পব্ব'াঙ্গনা লৈ খুদিংবু খণ্ডনগনি। পব্ব'াঙ্গশিং অসি মফম মফমগী মতুংইন্না তেনবা অমসুং শাংবা য়াই। মখোয়শিং অসিগী মতাং চানা তিনশিন্নরকপনা পব্ব'গী মশক লেপই অমসুং ছন্দগী মওংসু তাই। মথক্কী খুদম অসিদা খরদং ওন্থোক্লুনা— মৈতৈগী ঈপাকনি। মাঙদা ঙাল্লিবা অসি হায়রুহদা চন্দগী ফজবা মাঙই অমসুং পব্ব'ন্নী চপচাবা মওংসু তারোই।

পব্ব'াঙ্গগী তিনশিন্নবা মওংসু নিয়ম খরগী মতুংইন্না চৎলি। পর্ব্ব খুদিংদা মশীং মান্নানা চৎপা অমা নত্রগা মওং অমা নাইনা চৎপা তাই।

অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক্তা ২+২+৩ চংপা য়াই ; ৩+২+৩ চংলকপদা অকায়বা লাকই। মথক্কী খুদমগী খোংচৎশিং অসিনি ২+২+৩। পর্ব্ব অমগী মনুংদা য়াওরিবা কায়াংশিংসিদা নীংথিজবা খোংচং অমস্মুং ছন্দ অমা য়াওরি। মখোয়সিনা পর্ব্বগী থরায় ওইরি অমস্মুং পর্ব্বগী ছন্দগী মশক তাক্লি। মথক্কী খুদম অসিদা—"মৈতৈগী" হায়বদা করিস্মু নুংশিবা পোক্তে ; ছন্দ লৈতে। অদুবু "মৈতৈগী ঈপাকনি" হায়রকপদা তাবদা নুংশিবা ছন্দ চংলকই। ঈহুল অমা ফাওই মদু ছন্দগী থরায়নি।

## ছেদ ( Breath Pause—লেপক্কম )

ছেদ হায়বসি খোন্থোক্কী লেপকম তাংকক অমনি মদুদা অমুক হায়দোকপগী পোলোইনি। মণিপুরীগী য়াহং অমস্মুং শৈরেং পাবা খুদিংদা মতাং মতাংদা ঐখোয়না লেপ্পা তাই। ৱাহয় পরেং ( Sentence ) গী অরোইবদা লেপ্পবা য়ারোই ; অদুগা ৱাহয়গী পূনকম ( Phrase ) অমমমদস্মু ঙাইহাক ঙাইহাক্তি লেপ্পা তাই। অসিগুম্না ৱাহয়গী হায়দোকপদা লেপকম অমমম অসিবু ছেদ কৌই। ঙাইহাক লেপ্পা য়াই নত্রগা খরা শাংনা লেপ্পস্মু য়াই। কোমা, সেমিকোলন চৈথৈনচিং-বনস্মু চাউরাক্পা লেপকমগী মশক তাক্লি। হায়রিবা লেপকমশিং অসিগা ফোংদোক্লিবা ভাবকা অৎনথানবা য়াদবা মরী লৈনৈ।

শৈরেংদস্মু মতাং চাবা মফমদা ছেদ লৈ। খুদম -

চেকলা নংবু কনাগে ?*

লমদম কৈদবু থোংহনবো ?*

নুংশিবা নাখোলদা তারিবা ?**

— চাউবা

মথক্কী অসিদা পর্ব্ব খুদিংগী অরোইবা ছেদ অমমম লৈ—মদু খুদম * অসিনা তাক্লি। অরোইবগী খুদম ** অসিনা মপুং ওইবা ছেদনি। মণিপুরী শৈরেংগী অয়াম্বা মফমদা যতিগা ছেদকা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। মপুং ফাঙ্রিবা যতিশিংগা, মপুং ফাঙ্রিবা ছেদকা অমস্মুং মপুং

কারবা যতি ( পূর্ণযতি ) গা মপুং কারবা ছেদ ( পূর্ণছেদ ) কা লোয়নৈ। অদুবু করি করিগুম্বা মতাংদা তিন্নদবসু য়াওই। খুদম—

লের্গবররকউ অদুনা *। বিশ্বরমে * শ্রীজ্ঞানবিযু ॥ **

শারক্র, * ঈশ অথোইবা *। বীর রসতা তাউদুনা ॥ **

মথক্কী অসিদা ছেদকী খুদম ● অসিগা যতি '।' অসিগা তিন্নদবা য়াওরি। অসিগুম্বা ছেদ অমসুং যতিগী কায়নরকপা মশক অসি অমিত্রাক্ষর ছন্দদা থেংনগনি।

**স্বরাঘাত**

মণিপুরী য়াহয়শিংগী হায়দোকপদা অয়াম্বা য়াহয়গী অহানবা স্বর ময়েককী খোম্থোক অসি থরা কল্লপ তৌনা হায়দোকই; অহানবা স্বর অতুদা থরা কনা শোকপগুম্বা অমা তৌই। মতু থরা হেন্না কনশিন্না তৌরবদি ময়েক শেংনা শোকতুনা হায়দোকই। মতুবু স্বরাঘাত (স্বরনা যুজিনবা) হায়না খঙনগনি।

শৈরেংদা যতিগী মতুংইন্না পর্ব্ব থরা থাংদোক্লবদি অয়াম্বা মতমদা অহানবা পর্ব্বগী অহানবা য়াহয়গী মথক্তা হায়রিবা ফুজিনবা—স্বরাঘাত অসি থোকই। করিগুম্বদসু পর্ব্ব অতুগী অতোপ্পা য়াহয়দসু হায়রিবা স্বরাঘাত অসি তাবা য়াই। খুদম—

/ / / /

(ক) ঈশিংদসু চাউদবী ॥. কংফালদসু। হৌদবী ॥

/ / / / / /

উদা তাংলে। উতাংবী ॥, য়াদা তাংলে। য়াতাংবী।

— কমল

/ / /

(খ) তোং তোং তোংক্রন্থী ॥

/ / /

চক্রীক। নাক্রীক: চাবাইবী ॥

মথক্কী খুদম অনি অসিদা পর্ব্ব খুদিংগী অহানবা য়াহয়গী মথক্তা হায়রিবা স্বরাঘাত অসি তারি মতু খুদম "/" অসিনা তাক্লি।

## চরণ, পদ, স্তবক

ছন্দগী মতুংইন্না পূর্ণযতি ( মপুং ফারবা লেপফম ) য়াওরবা রাহয়শিং অদুবু চরণ কৌই। চরণগী খায়দোকপা মতুংইন্না অর্দ্ধযতি ( মপুং ফাত্রিবা যতি ) না পুরিবা শরুক অদুবুনা পদ কৌই। চরণ খরনা ভাব অমা কোংদোক্লবা পুনশিল্লগা ওইরকইবা মশক অদুবুনা স্তবক (Stanza) কৌই। খুদম —

থাপনা উল্লিবা। চৌং অসি। ওয়ম্বাল্লা ফাজদা।
নোনা। পূকনিং হুনা। নিংথিদা
ঈংনা। নিক নিক'। লাউইদা।
শংহানবা। অহিয়াম্নকপুম্নু। নম্মৎলিদা

কমল

খুদম অসিদা লৈরিবসি চরণ ৪নি অমম্মুং স্তবক (Stanza) অমনি। চরণ খুদিংদা লৈরিবসি পদ নত্রগা পর্ব্ব অহুম অহুম্নি। চরণ অনি অনিনা স্তবক অমমম শাবসি মণিপুরী সাহিত্যদা চংনরি অমম্মুং তাৰদম্মু য়াম্না মুংঙাই। খুদম —

মিংচৎ হায়বা নহাক্কপু। লমদম কৈদা লৈথ্রবা॥
তারেৎ-শেঞ্জা তিংদুনা। নঙবু করম কংসিবা॥
মপু সনা কৈথেন্দা। মিংচৎ নঙবু থোক্কপরা।
রাঙ্ক-পাদ পুক্রদা। মিংচৎ নঙনা লৈবরা॥

— অঙাংহল

মথক্কী খুদম অসিদা চরণ অনি অনিনা স্তবক অমা শারি। লৈরিবসি স্তবক ( Stanza ) অনিনি—খায়দোক্কনা অদুম লেপুনা চথবননি। চরণ খুদিংদা পর্ব্ব নত্রগা পদ ২। ২ লৈরি।

## মিত্রাক্ষর ছন্দ

খোন্তোক অমবু হন্না হন্না তারবদি মহুগী ইহুল তোপ তোপ্পা অনঃ নাকোংদা ফাওরকই। অম্মুমা খোনফম মান্নবা অক্ষর অনিবু মিত্রাক্ষর

( Rime ) হায়না খঙনৈ। নিয়ম অমা নাইনা খোন্থোক অসিবু হল্লক্রবদি ছন্দ অদু তাবদা নুংঙাই অমসুং মসিগী মতেংনা ছন্দগী মশক ফাওবা ত্তাকপা ঙমই।

মণিপুরী লোন্দা চরণ অমগী অরোইবদা থোকপা খোন্থোক অদু অতোপ্পা চরণ অমগী অরোইবদা মান্ননা থোকপা কয়ামুক য়াওই। মসিগী মমিংবু অন্ত্যানুপ্রাস ( Rime ) নত্রগা অরোইবদা খোন্থোক মান্নবা হায়বা খঙনৈ। অন্ত্যানুপ্রাস হায়বসি সংস্কৃত ৱাহয়নি।

অন্ত্যানুপ্রাসতা চরণগী অরোইবা খোন্থোকশিং মান্নগনি হায়বদা নত্তে; অয়াম্বা মতমদা মসুং চনবা পর্ব্বগী অরোইবদা খোন্থোক মান্নবসু ত্তোয়না থেংনৈ। খুদম —

(ক) য়াওরোদগী শঙাইনা
মচা কেক্রু থোক্তরি
লম্র হাম্বুংগী কাকফেনা
মনা হুমাই শাদরি— (লাইপাথং লাইনুরাগী পাউরোশৈ)

(খ) নোংপোক্কী কৌরো থোংখাফম ত্তারতকী লমজি লংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগী নুংঙাইবা শান্নফম
চাকলবা থাম্মোয়গী অৱাবা কোকনফম॥

— দরেন্দ্রজিৎ

মথক্কী খুদম (ক) দা চরণ অনিগী অরোইবা ৱাহৈ অনি - 'থোক্তরি' অমসুং 'শাদরি' অনিসি খোন্থোক মান্নরি; চরণগী পর্ব্ব অনিদসু মান্নরি — 'শঙাইনা' অমসুং 'কাকফৈনা'। খুদম (খ) দদি পর্ব্ব খুদিংদসু মান্নবা খোন্থোক য়াওরি — 'থোংদাফম লংদাইফম' 'শান্নফম' অমসুং 'কোকফম'।

মণিপুরী শৈরেং অয়াম্বদা অমসুং খোইদোক্কা অরিবা শৈরেংদদি অসিগুম্বা অন্ত্যানুপ্রাস অসি য়াওবা ঙাক্তনি।

## অমিত্রাক্ষর ছন্দ

মণিপুরী শৈরেংদা অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসিদি কয়া চংনবদি নত্তে। অদুবু অনৌবা মণিপুরী কবিতাদা বাংলানচিংবা লোনগী প্রভাব ভারক্লবা মতমদা অসিগুম্বা ছন্দগী মশক অমা থরা থরা চংবা হৌরকই। বাংলা লোন্দা অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুথোক্লম্বসি কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তনি। ইংরাজী লোনগী কবিতাগী blank verse হায়বদু মতৌ তমদুনা ইবনি। মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর হায়বা ছন্দ অসিদা – অর্থগী খায়দোকপগা ছন্দগী খায়দোকপা অনি অদু চপমান্নবা লৈতে ; হায়বদি যতিনা ছেদকী মতুং ইন্দে। অয়াম্বা শৈরেংদা ঐখোয়না থেংনৈ - ছেদনা লৈবা মফম অদুদা যতিসু লে। অরোইবা ছেদনা লৈবা মফম অদুদা অরোইবা যতিসু লৈ। অমিত্রাক্ষর ছন্দদদি ঈচেলগুম্না চেম্বা ভাবনা পুখিদুনা অরেপ্পা মাত্রা অমদা ছেদ তাদে - ঈচেলগী অমসুং ইহুনগী মতুং ইন্না করিগুম্বদসু শাংনা অমসুং করিগুম্বদসু তেন্না ছেদকী মফম লৈ। মণিপুরী শৈরেংদসু অসিগুম্বা ছন্দগী মশক থরা লৈরি। খুদম –

অসি হায়না কবিনা। থাউ মনম নুংশিবা
শমদা তৈরে * হাত্তুনা। শমজি পুল্ল চংথোমনা।
লৈতেং মথল মথলগী। পূর্শিল্লকালে* নিংথিবী
হীরা, মনি, মুক্তানা। য়েকপা-থোংপা,* পুরকলে,
চন্দন, কেশর' লোয়ননা কুঙ্কুম চন্দন* কস্তুরী।

মথক্কী খুদম অসিদা যতিগী লেপকমদি ছন্দ অসিগী মতুং ইন্না মাত্রা ৭ ৭কী পর্ব্ব খুদম '।'না তৌরিবসিদনি। অদুবু ছেদকী (*) লেপফমদি মতম পুম্বদা যতিগা কোন্নহুনা চত্তে। অনিসুবা পরেংগী "তৈরে" হায়বসিদা ছেদকী মফমনি ; 'হাত্তুনা' হায়বা অসিদা নত্তে। অরোইবা পরেংগী 'লোয়ননা' হায়বসিদা যতি লৈরি। অদুবু ছেদকী মফমদি 'কেশর' হায়বা অসিদনি। অমুকসু যতিগী লেপকম খুদিংদা শৈরেং পাবদা ভাইহাক লেপ্তুবসু য়াদে। অসিনা ছেদকা যতিগা তোভান্না

চৎনরকপা মতাং থরা অসিনা পাবদা থিংঙমদবা ঈচেল অমা পুশিন্নকুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মথরায় হাপ্পী।

অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসি মণিপুরী শৈরেংদা থরা থরা মতাং মতাংদা য়াওবতনি। মধুসূদনগী "মেঘনাদবধ কাব্য" গুম্না শৈরেং পূম্বা ছন্দ অসিদা ইবা অদুগুম্বা শৈরেং হৌজিক ফাওবা মণিপুরী শৈরেংদা য়াংত্রি। থায়নগী চৎথরিবা মিত্রাক্ষরদা মরক মরক্তা লৈথেং ওইনা হাপচিল্লকপা থেংনবনি।

ঐখোয়না খঙগদবা অমদি ছন্দ অসি পদগী মমৈগী না-পু তাবা মান্নবা মিত্রাক্ষর ছন্দদা মান্নদ্রগা ওইরকপা মওং নত্তে। ছেদ অমসুং যতিগী তিন্নদবা মওংনা মপুং ওইনা লেপ্পনি। পাথরকপা অমসুং নাকোংনা তাবদা লেপ্তবা ঈশিং ঈচেলগুম্বা অমা হেক্তা ফাওগনি— মতুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী থরায় ওইগদৌরিবনি। অরোইবা হাইরগী থোঙ্খোক মান্নদবনা ছন্দ অসিবু মশক তাকপা নত্তে।

## মণিপুরী ছন্দগী মপুং ওইবা মশক

মণিপুরী ছন্দগী য়ুম্ফমদি যতি নত্রগা পর্ব্বনি। যতিগী লৈফমনা পর্ব্বগী মশক তাকই অমসুং ছন্দগী মশক লেপই। অকক্নবা মতম অমদা শৈরেংগী ছন্দগী মশক্তা লোয়ননা যতিগী লৈফম লৈগনি। যতি নত্রগা পর্ব্বগী মশক্তি মাত্রা মশীংনা লেপই। অসিনা ঐখোয়না হায়বা য়াই – মণিপুরী ছন্দগী মশক্তি মাত্রা মানননবনি (quantitative equivalence)। শৈরেং খুদিংগী তোপ তোপ্পা মশক (pattern) অমা লৈ অমসুং মশক্কুগী মতুং ইন্না চরণ খুদিংগী পর্ব্বগী মশীং লেপই অমসুং পর্ব্ব খুদিংগী মাত্রাগী মশীং কায়হন্দনা থমই করি করিগুম্বদা অথোই অহেন থরা য়াওবসু য়াওই। অদুবু অয়াম্বা শৈরেংদদি মাত্রগী মশীং কায়হন্দে। অসিনা করিগুম্বা শৈরেং অমগী পর্ব্ব খুদিংদা মাত্রা মশীং মান্নরব্রা, পর্ব্বাঙ্গদা মাত্রা মশীং কোন্ননা শীজিন্নরব্রা হায়বসিনি মণিপুরী ছন্দদা কুপনা য়েংশিনগদবা। পর্ব্বাঙ্গ থরনা পর্ব্ব শারি ; পর্ব্ব

খরনা চরণ শারি অমসুং চরণ খরনা স্তবক ( stanza ) ওইরি অসিনা মরূদদি মাত্রাগী চাং মান্নবনা মণিপুরী ছন্দগী মশক ওইরি।

মথক্কী পীহিবা শৈরেংগী খুদমশিং অতূদা য়েংলবদি উগনি — শৈরেং খুদিংমক্তা অকরুবা মাত্রা মশীংগী পর্ব্বাঙ্গ অমসুং পর্ব্ব লৈরি। পর্ব্ব কয়ামুক্তা পূনশিনবা চরণগী মশীংসু চং মান্ননা য়াওবা থে নগনি।

**চরণগী লয় ( Cadence )**

ঐখোয়না রাহৈ পরেং অমা নত্রগা শৈরেংগী মতেক অমা পাবদা পাবগী খোংচং - অতপ্পরা অথুবরা নত্রগা য়াম্নমক তপনা চংপরা — অমা থেংনগনি। মসিবু লয় হায়না খঙনৈ। শৈরেংগী চরণ খুদিংগী তোপ তোপ্পা লয় য়াওরি, লয় মখল অহুমনি — দ্রুত ( অথুবা ); ধীর ( অতপ্পা ) অমসুং বিলম্বিত (য়াম্নমক চিংনা তপ্পা চংপা)। মণিপুরী ছন্দদা দ্রুত লয় অমসুং ধীরলয় য়াওরি। বিলম্বিতলয় দি পঙনা থেংনদে। অসিনা মখল তমিদমা থোকনা থায়দোকপা খুদোং চায়।

দ্রুতলয় গী চরণদা হন্না হন্না স্বরগী ফুজিনবা ( accent ) অমা থেংনগনি। অদুগী মতুং ইন্না য়াম্নমক থুবা অক্ষরগী মতেং লৌই অমসুং পর্ব্বগী মশকসু শাংহন্দে। অসিগুম্বা চরণ অসিবু শ্বাসাঘাত প্রধান ( স্বরগী য়ৈশিনবনা মপূং ওইবা ) হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বনা অসিবু কৌরি স্বরবৃত্ত। খুদম —

(খ) তোং তোং তোংক্রন্থী ॥
চক্রীক। নাক্রীক। চারাইবী ॥

(ক) ঈশিংদসু চাউদবী ॥ কংফালদসু। হৌদবী ॥
উদা তাংলে। উত্তাংবী ॥, রাদা তাংলে। রাতাংবী।

— কমল

ধীরলয় গী চরণদা য়াম্নমক চৌংলেম্বা মশক অমা য়াওরি—য়াম্নমক তপ্পা খোংচত্তি নত্তে। ঈংনা লেম্না লেম্না চংপা খোঙথাঙনি। অদুগা অক্ষর (syllable) খুদিংগা কোন্নবা চিংদুনা চৎপা অমসু য়াওরি। অদুনা অসিবু তান-প্রধান ( চিংদুনা চংপা সুরনা মপুং ওইবা ) হায়না কৌবা য়াই। অক্ষরনা মপুং ওইনা লেপ্পনি হায়দুনা মসিবু অক্ষরবৃত্ত কৌবসু য়াই। মথক্কী খুদমশিংদা পীখ্রিবা দ্রুতলয়গী চরণ থরা অসি নত্তবা অতৈ শৈরেংগী চরণগী লয় পূম্নমক ধীরলয় ঙাক্কনি। খোম্থোক খুদিংদা অচিংবা অমসু য়াওরি। হায়দোকপদা য়াম্নমক থুবা (দ্রুত) অক্ষরদি চরণশিংদা থেংনরোই।

## মণিপুরী ছন্দগী মথলশিং

মণিপুরী ছন্দগী মরুওইবা মশক্তি অমত্তা ওইরবসু চাউরাক্না অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি—পায়ারজাতিগী ছন্দ অমসুং স্বরবৃত্ত ছন্দ

১। **পায়ার জাতিগী ছন্দ ঃ**- ছন্দ অসিগী লয় ধীর (অতপ্পা) নি। হায়রিবসি য়াম্নমক শাংনা চিংখিদুনা চৎখিবা লয়-বিলম্বিত হায়বদু নত্তে। ইংরাজী রাহৈদা steady নত্রগা constant হায়বদুনি। মসিগী অক্ষরগী খোম্থোক্কী মথক্তা অচিংবা সুর ( তান ) অমা য়াওই হায়দুনা মসিবু তান-প্রধান ছন্দ ( অচিংবা সুরনা মপুং ওঈবা ) হায়নসু খঙনবা য়াই।

ছন্দ অসিবু খঙনবগী উপায় অমদি ময়েক্কী ( অক্ষর ) চপ চাবা মাত্রা অদু মকম অসিদা চত্তে। সংস্কৃতনচিংবা লোনগী ময়েকশিংদি ময়েক অমসুং মাত্রাগী চাং করিমত্তা কায়হন্দনা থমই হায়বদি হ্স্ব স্বরনা মাত্রা অমা, দীর্ঘ স্বরনা মাত্রা অনি, তপ্নবা ময়েকসু মাত্রা অনি অসুম্না অককবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না। 'ই' মাত্রা অমতনি; 'ঈ' মাত্রা অনিনি 'নায়ক' হায়বা অসিদা য়াওরিবা 'আকার' অসিগী মাত্রা অনিনি। মণিপুরী লোনগীদি খোম্থোক্কী তেল্লবা মতম অমদা

চঙ শনখিবা ময়েকশিং অদুসু মাত্রা অমা শাগৎপদা য়াওই। তপশিন্নবা ময়েকশিংগী তোপ্পা উচ্চারণ তৌদে। মথক্কী খুদম অসি সংস্কৃতকী উচ্চারণদা পাবা ভারবদি ন (মাত্রা অমা) আ (মাত্রা অনি। য় (মাত্রা অমা) ক (মাত্রা অমা) পুন্না মাত্রা মঙা ওইগনি। মণিপুরী খোম্বোক্তা পাবা ভারবদি শুপ্পগী মাত্রা অনিদদি — না + য়ক। মণিপুরী রাহয়গী খোম্বোক্কা পাযারগী ছন্দদা লৈরিবা লয়গী খোম্বোক্কা য়াম্নমক নকশিন্নে হায়বা য়াই। অক্ষর (Syllable) অমগা মাত্রা অমগা মানবরি।

মণিপুরী শৈরেং অয়াম্বা পাবদা ময়েক্কী খোম্বোক্কী মথক্তা চিংদুনা চংপা হেন্দোকপা স্বর অমা য়াওই। সংস্কৃততা অসিবু "তান" কৌই; ইংরাজী রাহৈদা Vocal drawl হায়না খঙনৈ। ময়েক্কী চপ চপ চাবী খোম্বোক অদু হায়দোক্কগা তোক্তে। অচিংবগী ঈচেল অমগা য়াওরি। ঈচেল অদুগী মকক অমময়া অক্ষর (Syllable) অমসুং মাত্রা অমা শাবি। ঈশৈগী সুরগী ঈচেলগুম্না পয়ারগীসু অসিগুম্বা তাংকক নাইবা লেপ্পবা ঈচেল অমা চেন্থরি। অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দ থিবদি মাত্রা মশীং ঙাক্তগী পাম্বৈনা মপুং ফাদে। নাকোংগী মতেংনসু থিগদবনি। নাকোংনা তাবদা চিংদুনা হায়ব্রা হায়বগুম্বা অমা চেকশিন্না য়েংগদবনি।

২। স্বরবৃত্ত ছন্দ হায়বা অসিদনা পর্ব্বশিংগী খোম্বোক্তা স্বরনা কন্না য়ৈশিনবনি; অসিনা মসিবু স্বরাঘাত ছন্দ হায়নসু কৌই। খুদম - "তেং | তেং | তেংক্রম্বী" হায়বা অসিদা রাহয়গী খোম্বোক্কী অহৌবশিংদা ঐখোয়গী স্বরনা কন্না থেংজিন্নদুনা কয়া কন্না উচ্চারণ তৌই। অক্ষর (Syllable) অমগা মাত্রা অমগা মান্নুনা লৌই অমসুং স্বর ময়েক অমসুং খোম্বোক মশীংনা মাত্রাগী মশীংসু অয়াম্বদা লেপই হায়দুনা মসিবু স্বরবৃত্ত অমসুং স্বরমাত্রিক কৌবসু য়াই অয়াম্বা মতমদা খুল্লকী ঈশৈদা, কৌগুবদা, অঙাং কপ্পা থেম্বদা নক্রগা করিগুম্বা মুংঙাইরকপা মতমদা শক্লে হায়দুনা মসিবু খুল্লক ঈশৈ ছন্দ হায়নসু খঙনবা য়াই।

অদুবু ছন্দ অসিগী মশক লেপকদবদি অক্ষর অমসুং মাত্রাগী মশক মান্নবনা লেপকদবা নত্তে, অথুবা লয়না লেপকদবনি অমসুং থুজিল্লকপা লয়গী মশক্না পুশিল্লকপা পর্ব্ব খুদিংদা খোনহায় কয়া হায়রকপা অদুনা লেপকদবনি।

**য়েংগদবা ঃ** মণিপুরী ছন্দদা সংস্কৃত অমসুং বাংলানচিংবা লোন্দা লৈরিবা য়াম্নমক চীংলেম্না চংপা বিলম্বিত লয়না পুবা ধ্বনিপ্রধান ছন্দ হায়বসি ইথেং থেংনদে। মণিপুরী লোনগী ময়েক্কী খোম্থোক্না অকরুবা নিয়মগী মাত্রাগী মশীংনা চংপা কয়া য়াওদে। বাংলা লোনগী ছন্দদা মসিবু মাত্রাবৃত্ত হায়নসু খঙনৈ। ধ্বনিপ্রধান ছন্দগী তোপ তোপ্পা মশক্তি ময়েক্কী ধ্বনি ( খোম্থোক ) ছন্দ অসিদা মপুং ওই। পয়ারগী অচিংবা সুর অদু য়াওদে ; ঈশৈগী সুরগী ঈচেলগুম্না খোম্থোক্কী ঈচেল অদু ছন্দ অসিদা থেংনদে। বাংলা লোনগী খুদম অমা লৌরবদা—' জন গণ মন অধিনায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা" হায়বা চরণ অসি পাথোকপদা নত্রগা থীবদা চংলিবা বিলম্বিত লয় অমসুং স্বরগী ধ্বনিগী মশক অসিগুম্বা মণিপুরী শৈরেংশিংদা থেংনদে। অসিনা প্রধ্বনি প্রধান নত্রগা মাত্রাবৃত্ত ছন্দ অসি মণিপুরী ছন্দদা লৈতে হায়বনা ক্ষগনি। বাংলা লোন্দা তৌবগুম্না মণিপুরী কবিশিনসু ছন্দ অসিবু পুশিল্লরুবা হোৎনবগী মওংসু উদ্রি। মরমদি বাংলা লোন্দি সংস্কৃতগী পোক্ষপনি। মণিপুরী লোন্দি নত্তে। সংস্কৃতনচিংবা লোনগী ব্রাহ্ময় কয়ানা মণিপুরীদা চঙশ্রবসু মণিপুরী লোনগী শাগৈদি সংস্কৃতকা তিন্নদে।

## পয়ার জাতিগী ছন্দ

পয়ারগী মওং অমা অনি, ত্রিপদী, চৌপদী অমিত্রাক্ষর ছন্দ অমসুং মুক্তক ছন্দনচিংবা অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দ হায়বদুগী মন্নুং চন্না লৈগনি। স্বরবৃত্ত ছন্দ নত্তবা মণিপুরী শৈরেংগী লৈরিবা ছন্দ পুম্নমক কাংলুপ অসিদা থম্বা য়াই। থীর লয়গী খোঙচং ওইবা, চিংদুনা হায়রবা অমা য়াওবা অমসুং অক্ষর (Syllable) মশীংনা মাত্রাগী মশীং লেপ্পা

ছন্দ পুম্নমক পয়ার জাতিগী ছন্দ ওাকুনি। মথাদা চাউরাক্লা চৎনরিবা ছন্দগী মথল খরগী মশক তাক্লি।

**(১) পয়ার :**—অয়াম্বা মতমদা অক্ষর ১৪ না চরণ অমা শাই। তরেংশুবদা অর্দ্ধযতি অমসুং তরামরিশুবদা পূর্ণযতি লৈ। চরণ অনিগী অরোইবদা খোম্লোক মান্নে অমসুং চরণ অনিনা অয়াম্বা মতমদা স্তবক (Stanza) অমা শাই। খুদম -

মিংচৎ ছায়বা মহাকপু। লম্নদম্ন কৈদা লৈপ্রবা॥
তারেং-শেংগা তিংদুনা। নগুবু করম্ন ফংসিবা॥
মপু সনা কৈথেলদা। মিংচৎ নগুবু খোকপরা॥
রাস্ত পাদ পুক্রিদা। মিংচৎ নগুনা লৈবরা॥ —অঙাংহল

মথক্কী খুদম অসি মণিপুরী পয়ারগী খুদম অমনি। পদগী মাত্রা মশীংদা খরদং খেন্নবা নত্তনা বাংলাগী অরিবা পয়ারগা ফনা য়াম্না মান্নে। বাংলাগীনা মাত্রা ৮+৬ নি। অক্ষর ৭ | ৭ কী খোঙচৎ অসিদি মণিপুরীগী অরিবা অমসুং অনৌবা শৈরেংদসু য়াম্না য়াওই। তশেংবসু অক্ষর নত্রগা মাত্রা ৭ | ৭ কী পদদি মণিপুরী লোনগা তশেংনমক চুশিননবা অমনি। অতুবু মথক্কী বাংলা লোনগী পয়ার হায়রগা খঙনরিবা মওংদা মাত্রা ৭+৭ না চরণ অমা শাবা অমসুং চরণ অনিগী মমৈ তাবা খোম্লোক মান্নহনবা অমসুং অনিনা স্তবক অমা শাবা হারবা অসিদি খরা তাঙনা য়াওই। মাত্রা ৭ | ৭ কী মমৈগী না-পু তাবা মান্নহনবা অমসুং ভাবক্কী লেপফম চরণগী মশক্তি অরেপ্পা লৈতে; খুদোংচাবা মতুং ইন্না পরেং ক্ষয়া ফাওবা চথবা য়াওই। খুদম -

(ক) অরাং কৌব্র অসুপ্পা। লোইমনাই খুত্তা অহানবা॥
চাহিক মপাল থাবিবা। লোইশ্রু মউ লিংখিবা॥

(খ) কেগে মোইরাং লৈবাস্তা। হনবা য়েংবা উদ্রবা॥
মাগীদমক ছায়দুনা। তুম্বিৎ ফাওবা পাইদ্রবা॥
কেগে সরা ওইরবা। মোইরাং লমজা তাব্রবা॥
থম্না থম্ন কৌবীদি। মচিন-মোপরা অনিনি॥ —অঙাংহল

(গ) হয়াহে। শ্রীরামচন্দ্র থোই কোইবা। চীংগু নতৌ ওম্বোকপা॥

থোইমোম থায়াঙ নথোমল্লা সমুদ্র ঈয়ায় লাঙনা রাঙনবা॥

সনা লঙ্কা লৈমাবা। রাবন নিংথৌরেনবু মাঙহনবগী

রামায়ণ মশা তরুক শরুবা। লঙ্কা কাণ্ড মথংগী

উত্তরা কাণ্ড মশা অকোনবা॥ প্রসঙ্গ রারী মুংঙাইববু। শৈগল্লক্কে।

— উত্তরা কাণ্ড ( রমায়ণ )

মথক্কী খুদম (ক) দা মাত্রা ৭ | ৭ কী খোঙচৎ অসি কায়দে। অদুবু পরেং অমমমনা চরণ অমনি হায়বদি য়াদে মরমদি পদ অনি অনিসিনা ভাবকী লোইশিনবা পূর্ণ যতিগী লৈকম তাক্কে। অসুম মথং মথং অরোইবা নাইদনা চথরি। অসিমকপু পয়ারগী মশক্কি হায়বদা কায়দে।

খুদম (খ) দা মাত্রা ৭ | ৭ কী খোঙচৎ চুম্না চথরি। অদুবু চরণ অমা শারিবদি পরেং মরি অসিদা ওইরক্লি। পদ অনিনা চরণ অমা শাক্রি।

খুদম (গ) দা মাত্রা ৭। ৭ কী খোঙচৎনদি মপুংনি অদুবু মাত্রা ৮, ৯ অমসুং ১০ ফাওবা য়ৌবা পদ য়াওরি। অসিমকপু বাংলাগী চরণ অনি তাবা মারমহনবগী মওং অমদি পুরক্লবা হোৎনরি। হৌজিক্কী পয়ারগী চপচাবা মওং তাক্রি হায়বা য়াই।

অসিনা মণিপুরী পয়ারদি মাত্রা ৭। ৭ কী মওংদা চৎলপা চরণ অনি অনিনা স্তবক অমা শাবগী মওং অসিদি চেকশিন্না চৎলি হায়বা য়াদে। মসি লোনগী খোঙচৎকী তোপ তোপ্পা মশক অমনি। অদুবু অমুকসু হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা পয়ারগী অচেৎপা নিয়মসি ইঙাক ঙাক্রব্রে হায়বসু য়াত্রে। কবি খরগী শৈরেংদদি অশেংবা মশক অসি থোক্লরি।

খুদম –

কুমজা কয়াই মতুংদা॥ মৈতৈ পুম্না তিল্লরি॥
থোংজোম তীর্থ তোর্বান্দা স্মৃতি সভা ফম্লরি।
চীংমী তম্মী পুম্নবা। মফমসিদা পুল্লরি॥
অকন-অথৌ কৌদুনা। মীৎকী পিবু কংলরি॥
পাম্ভৌ কায়না কাংবুনা। পাম্ভৌ কৌনা কপচরি॥
পারী শেংনা কয়ানা। পারী কৌনা তংথারি॥

—নীলবীর শাস্ত্রী

মথক্কী খুদম অসি চপচাবা মাত্রা ৭। ৭কী মশক পদ অনিনা চরণ শাবা অমসুং চরণ অনিনা স্তবক শাবা পয়ারগী শকক্মনি

থায়নগী মণিপুরী শৈরেংদা বাংলা লোন্দা ভৌবগুম্না চপচাবা পয়ারগী মশক তাবা মওং য়াম্না তোয়না থেংনদে মাত্রা ৭। ৭ নদি মপুং ওইনা চংলবসু পদ অনিনা শোয়দনা চরণ শাগদবনি অমসুং চরণ অনিমক্কী মমৈ তাবা মান্নগদবনি হায়বা অরেপ্পা লৈরমদে। অসিনা ম্রাইগী লৈতেং কয়া শীজিন্নদুনা পরেং মঙা তরুক্কা চরণ অমা শাবগা মতাং কয়াদা থেংনৈ। মথোয়সিবু অরিবা পয়ার কৌবা য়াই। খুদম অমগা অমুক য়েংসি—

চংক্রদবা চংথিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
চেকলাগী নুংশিবা কোলোয়
লেপথ্রবি য়াচংবদা।
লেপক্রদবা লেপথিসনু
নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা।
ঐগীসু কোলোয় নুংশিবা
লেপথ্রি নগাক্তা চঙবদা

—চাউবা

মথক্কী পদ ২। ২ না চরণ শাবা অমসুং চরণ অনিগী মমৈ তাবা মান্নবা পয়ারগী শকক্মনি। অদুবু মাত্রাদি ৭। ৭ নত্তে; অহানবা পদদা

মাত্রা ৮ (চং + ক + দ + বা + চং + খি + স + ছু) অমসুং অনিশুবা পদদা মাত্রা ৭ (নঙ + দা + লৈ + বী + য়ু + নাক + তা) অসুম্না মাত্রা ৭ + ৮ চংলি। অসিবু অনৌবা পয়ার হায়না খঙনবা য়াই। য়াম্নমক তোয়না শীজিন্নবদি নত্তে।

(২) ত্রিপদী চরণ খুদিংদা পদ ৩ | ৩ লৈ হায়ত্থুনা মসিগী মমিং ত্রিপদী কৌই। চরণ খুদিংগী অহানবা অমসুং অনিশুবা পদদা মাত্রা মান্নরা লৈ। অমসুং অয়াম্বা মতমদা মমৈ তাবা খোঙ্গোক মান্নগনি। পয়ারগুম্না য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা ছন্দ মওং অমনি। থায়নগী অমসুং হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংদা মসিগী খুদম য়াম্না লৈ। চাউরাক্না লঘু ত্রিপদী অমসুং দির্ঘ ত্রিপদী হায়না অনি থোক্না থায়দোকপা য়াই।

(ক) লঘু ত্রিপদী—মাত্রাগী খোঙচৎ পঙশাং শাংদে হায়ত্থুনা মসিবু লঘু ত্রিপদী কৌই। খুদম—

(১) মোং পাথ্রংগী মপাম্রি
মোংদোম কৌরো হুনবরু
খুরুমগে দে। — কুমদমশৈ

(২) চীংদা শাৎপা ইঙোম্রি
চিঙ্গদনা ক্রমথিবা
কললকই দে।

(৩) ওসিদি পুম্সিগী। অনৌবা ঈচেলদা। অনৌবা ঈথক্কা
ঙৌরকলে ॥
রাথলগী ঈপাক্তা। অরাংবা ঈরৈনা পূক্রিংবু
থুঙ্গাংবা কারকলে ॥ — চাউবা

মথক্কী খুদম (১) অমসুং (২) দা লৈরিবা মাত্রাগী মশকসি ৭ + ৭ + ৫নি। অরোইবগী "দে" হায়বদি মাত্রা অনিনি হায়না লৌবা য়াই। থায়নগী অরিবা শৈরেংদা অমসুং ঈশৈদা মথক্কী মাত্রাগী খোঙচৎ অসি য়াম্না থেংনৈ। খুদম (৩) দা লৈরিবা মাত্রাগী মওংনা ৬ + ৬ + ৯ নি। অসুম্না অরি অনৌ থায়না লঘু ত্রিপদী গী মশক অনি অহুম থোক্না থায়বা য়াই। মাত্রাগী অহৌবা খোঙচৎতি ৭ নত্রগা ৬ না ওইবনা থরা

য়াংবা ত্রিপদী—হায়বদি লঘু ত্রিপদী হায়না কৌবা য়াই। খুদম অমগা অমুক য়েংসি।

(৪) মোংদম্না বিথ্রিনা কপ্লবা শীন্দুনা
তাইবং মীবু থারকলে।
পুন্সিগী ঈপাক্তা রাবগী ঈবৈদা
ঐখোয়না ঈরাকনরে ॥ —চাউবা

মথক্কী খুদম অসিগী মাত্রা খোঙচংসি ৬+৬+৭ নি। মসিগী ত্রিপদী অসিনা মথক্কী খুদম (৩) অসিদগী খরা হেন্না য়াংবা হেল্লি। বাংলা লোনগী লঘু ত্রিপদীগী মাত্রা খোঙচং—৬+৬+৮ গা নকশিন্নবা হেল্লি হায়দুনা কবি খ্বাইরাকপম চাউবনা মহাক্কী শৈরেং লাইরিক্তা মসিবু লঘু ত্রিপদীগী খুদম অমা ওইনা পীরমই অমসুং অসুম্নসু পল্লমই 'লঘু ত্রিপদী অসি মমিংদি শীক্তিন্নরগা থবক্তদি কয়া শীক্তিন্নবা উদে।" রাফম অসিনা বাংলা লোনগী ত্রিপদি ছন্দগা চাংদম্নবদা হায়খিবনি।

অসিমকপু ঐখোয়না বাংলা লোনগী লঘু ত্রিপদী ছন্দগা চানবা-চানদবা ঙাক্তা থিদনা মণিপুরী চন্দগীসু লঘু ত্রিপদী ছন্দ লৈ হায়না লৌবা য়াই। অহানবগী পদ অনিনা মাত্রা ৬।৬ নত্রগা ৭।৭ ওইবা অমসুং মমৈ তারক্পা পদনা খরা য়াংতক চংপা ত্রিপদী ছন্দ অদুবু লঘুনি হায়না খঙনবা য়াই।

**(খ) দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ** খরা শাংনা চংপা ত্রিপদী ছন্দনি। মাত্রাগী চপচাবা খোঙচং অরেপ্পা লৈতে। অসিমকপু চাউরাক্পা মাত্রা ৭+৭+৮ নত্রগা ৭+৭+৭ নি হায়না লৌবা য়াই খুদম—

(১) ইবুং সোরা তৈন্নকলে চীংথা ক্রিদুপ হুল্লকলে
ক্রাক্কী লম্মাউনা শীনথারে।
থ্নলগী লৌরাং শুবনা মচেপ্পাং লাক্কোন পান্দুনা
লৌবুক্কী মাইগ তম্মথারে। —চাউবা

(২) য়াক্তোই খুরুপ থোদুনা বুংথিল কোন্নোইহনবনা
মোংচুপ চীংয়া তম্মথারে। — চাউবা

মথক্কী খুদম (১) অমসুং (২) অসিগী মাত্রাগী খোঙচংসি মথংশিংনা ৭+৭+৮ অমসুং ৭+৭+৭ নি। অসিমকপু পাবা মতমদদি মাত্রাগী খোঙচত্তা খজিক্কুং খেন্নবা লৈরবসু অমত্তা ওইনা নাকোংদা তায় অসিমকপু পদ অহুম্মক পুনশিল্লকপদা ছন্দগী খোঙচত্তা লঘু ত্রিপদীগী ছন্দগী খোঙচত্তগী খরা হেন্না চিংবা অমসুং শাংবা ওইবনা মসিবু দীর্ঘ ত্রিপদী হায়না খঙনবা য়াই। কবি খ্বাইরাকপম চাউবনসু মহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক্তা মথক্কী খুদম (১) অসি দীর্ঘ ত্রিপদীগী খুদম ওইনা থীরগা অসুম্না পল্লমই "দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ অসি মৈতৈ লাইরিক তৌবা ওঝাশিংসু মমাংঙৈদগী শীজিন্নরমই; তৌইগুম্বসুং ময়েক চাননবদি কনাসু থোইনা হোৎনদে।" বাংলাগী দীর্ঘ ত্রিপদীগী অকক্লবা মাত্রা খোঙচৎ ৮+৮+১০ দি মণিপুরী ছন্দদা ইন্দে; ইনবগীসু দরকার লৈতে। থোইদোক্লসু মণিপুরী ছন্দদা মাত্রা ৭ ৭ নত্রগা ৬।৬কী খোঙচৎ অনি য়ান্নমক নাকোংগা চুননা থোকপনা অরিবা অমসুং অনৌবা মণিপুরী ছন্দদসু মপুং ওইবা মাত্রা ৭।৭ কী পদ অসিবু মপানগী বাংলা ছন্দনা কনমক অরিবা ওইতুনসু থুগায়বা ঙমদে। অসিনা তোপ তোপ্পা মণিপুরী দীর্ঘ ত্রিপদীগী ছন্দ তাই।

(৩) চৌপদী ছন্দ অসিদা চরণ খুদিংদা পদ ৪।৪ লৈ। পদ শিংগী মমৈগী না পু চরণ অনি অতুগী মমৈ তাবা মান্নহনগনি হায়বা রাকমসু লৈতে। রাথলগী ফোংদোরকপদা চুন্নগী পদ ৪।৪ দা মপুং ফাহল্লি হায়বত্তনি। খুদম—

(ক)

শজিক এনানৌ কাব
ছানৌ লেং-লেং হুওবন
মালেম লৈমায় থক্তা
তিংগাই পুম্নথাঙ লোল্লকালে।
—লৈরোল তেংথা শৈরো

(খ) খুম্বিদাংবাইরম য়োরকুন্না
সনা অহিংবা মাশকনা
ঊতোন মাতোন লৈথংদুনা
পোম্বারকালে অঙাংবা নোংচুপ্পা। — কমল

(গ) থাইবগী লৈরাং অমমবা
মলল মলল লৈরুংশি
লৈরাংবিনবা লৈতবনা
লৈম মিংথৌ য়োদ্রেক্কো! — চাউবা

মথক্কী খুদম অহুম্মক অসি চৌপদী (পদ মরিগী) ছন্দ ঙাক্তনি। অহুবু মাত্রাগী খোংচত্তি থেম্নে॥ অরিবা শৈরেং "(ক) দা মাত্রাগী মশক ৬+৭+৬+৭ নি। খুদম (খ) গী মাত্রানা ৯+৮+৮+১০ নি; অসি-মকপু অমুক কুপশিন্না নাকোংনা তারবদি ঈশৈগী শৈশক লৌববা মাত্রা ৭।৭ কী পদ মরিনি হায়না লৌরবস্থ য়াই।

মণিপুরী ছন্দদা বাংলা ছন্দগী মতৌগুম্না লঘু চৌপদী অমস্যুং দীর্ঘ চৌপদী হায়না কুপ্না খায়রুবগী থোইনা দরকার লৈতে। অসিমকপু থরা য়াংনা অমস্যুং তেম্না হান্নববু "লঘু" অমস্যুং শাংনা অমস্যুং লুম্না চংপবু 'দীর্ঘ" হায়না পৌরপা লৌবা তারবদি মথক্কী খুদম (ক) অমস্যুং (গ) বু মণিপুরী ছন্দগী লঘু চৌপদী অমস্যুং খুদম (খ) বু দীর্ঘ চৌপদী হায়না কৌবা য়াই। অহুবু পয়ার অমস্যুং ত্রিপদীগী মতৌগুম্না চৌপদীদি অহুক হায়া তোয়না শীজিন্নবা থেংনদে অহুগা মাত্রা মশীং কন্না লঘু অমস্যুং দীর্ঘগী মওং তাবস্থ থোক্তে। অসিনা অহুম পুন্না চৌপদী হায়না লৌরবস্থ থোইনা কায়দে।

(ঙ পঞ্চপদী (পদ মঙা চংপী) – মণিপুরী ছন্দদদি পদ ৫।৫ গী খোঙচংকী চরণ কাওবা লৈ। বাংলানচিংবা অতৈ লোন্দদি লৈতে।

(ক) ত্রিকপ্রাই মশানৌ পোইরৈ যুবরাজগী
চেংঙৌ শকাপ্রাং শক্তিক য়েং
বংশি ওকপ্রি লুপ্পাং কোম
য়াপ্পং চাংশাং প্রাইরেম হাগুম্বা
জানৌ কুরাং নাম্বা পাওমেম্লকয়ে।

— গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা

(খ) প্রেরদং হাওবা মতম্দা
ঐগী যসন্তগী চীকলবা লৈক্রোমনুংদা
খুইজিল্লম্বা মালিকা চরোংবু
ভেক্কথংহন্দুনা মিংকী লুরবা ঈরাংনা
(পেম্বজরি)— লৌবিয়ু খাচোম। —চাউবা

(গ) বুমিং-থা অপুম্বনা
নয়াথং তুংহৈনবা
মাগী মাগী শিন্থা লৌরিবা
পাওলিবা কারদনা
নংনা জয়রু ওইখ্রু। —মীনকেতন

য়াম্নদি তোয়না শীজিন্নবা উত্রবসু অনৌবা মণিপুরী ছন্দদা পদ ৫ ৫ গী খোওচৎ অসি শীজিন্নরক্লে। অসিনা ছন্দ অসিবু পয়ার জাতিগী ছন্দগী কাংলুপ মমুংদা চনবা য়ারে। পদ ৫।৫ না খোওচৎ ওইনা চৎলি হায়তুনা অসিবু অনৌবা মমিং পঞ্চপদী (পদ মঙা চৎপী) কৌবা য়াই।

য়েংগদবা— মণিপুরী ছন্দদা মতাং মতাংদা পদ ৬ না নত্রগা ৭ না অমসুং অসিদগীসু হেনবা পদনা চরণ অমা শাবা থেংনৈ। অতুবু মরক মরক্তা য়াওবা ওইবনা মসিমক্তা শৈরেংশিং অতুগী ছন্দগী মশক লেপই হায়বা য়াদে। ভাবকী থোকউ থোকউবা ফোওদোকপগী মওং ছন্দ পুম্নমক ইয়াম য়াম্নবনা চপ চাবা তোপ তোপ্পা ছন্দ অমগী মমিং থোনবা য়াদ্রি। অসিনা হৌজিক কাওবদা চৎনরে হায়না লৌবা য়ারিবা পয়ার

জাতিগী ছন্দগী মখলসি পদ মশাংলোমদগী লোবা তারবদা পদ ২।২ গী ছন্দ ( পয়ার ) পদ ৩।৩ গী ছন্দ ( ত্রিপদী ) পদ ৪।৪ গী ছন্দ ( চৌপদী ) পদ ৫।৫ গী ছন্দ ( পঞ্চপদী ) — মখল ৫ মসিখক্তংবু লৌখিবনা চুমগনি। অসিগী মতুংদা বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যগী প্রভাব চঙলকপদগী ৰনা কুইনা শীজিন্নরক্লবা ছন্দগী মমিংনা পয়ার, ত্রিপদি অমসুং চৌপদী অসিনি। পঞ্চপদীদি নৌনা থোনবা মিংনি, পদ মঙা চৎপী হায়বা রানি।

## অমিত্রাক্ষর ছন্দ

৫। অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মশক্তি মথক্তা থরা নৈনখ্রে। খোন্থোক ( অক্ষর ) ১৪ গী পয়ারগী চরণশিংগী অরোয়বা মমৈগী না পু তাবা মান্নবা লৈতবা অমসু যতিগী ফাজিল্লম্বা মশক্তগী ছেদনা নাম্থোক্তুনা ভাবকী ঈচেল মতুং ইন্না ছেদনা তানিংবা মফমদা তারবা ছন্দগী মশক্তু অমিত্রাক্ষর ছন্দ নি। ভাবকী অরেপ্পা লৈতবা ঈচেল য়াওই হায়তুনা মওং তাবা স্তবক (Stanza) নচিংবা খায়দোকপগী দরকার লৈতে। অতুম লেপ্তবা ঈচেলগুম্না পদগী মাত্রা ৭+৭ কী ছন্দদা চথে অমসুং ছেদনা লেপ্নীংবা মফমদা লেপই। অতুনা পাথরকপদা য়াম্নমক লেম্বা ফজবা অমসুং লেপ্তবা ঈচেল অমা থেংনৈ। মহৌশাগী পয়ারগী খোঙ-চৎকী মাত্রা ৭।৭ কী তাংকক নাইনা চৎপা ছেদকা যতিগা পুন্না চৎমিন-নবা অতু লৈতে।

মিত্রাক্ষর পয়ার হায়বদি চরণগী মমৈগী না-পু তাবা মান্নহনবা মাত্রা ১৪ গী চরণগী ছন্দগী ফাজিল্লিবা শক্তি অসি অনিনি— চরণ অনিগী মমৈগী না পু তাবা মান্নহনবা অমা অমসুং ছেদ অমসুং যতিগা থানবা লৈতনা চৎমিন্নবা অমা। ফাজিল্লিবা অনি অসিদগা অমিত্রাক্ষর ছন্দদি নাম্থোকই। মমৈ তাবা মান্নহনবগী দরকার লৈতবা মরম্না ভাবপু ক্লোকদোকপদা নীংতম্না থোকই। যতিগী ফাজিনবা অতুদগী নাম্থোক্লকপন্না

হায়নিংলকপা ঈহুলগী মতুংইন্না করিগুম্বদস্থ শাংনা অমস্থং করিগুম্বদস্থ তেন্না তানীংবা মফমদা ছেদ তাই। অসিনা ঈংনা লেন্নবা অমস্থং চেক-শিল্লবা ছন্দগী মশক অমা থোরকই। খুদম অনিগী মতেংনা মিত্রাক্ষর অমস্থং অমিত্রাক্ষর ছন্দ গী খেন্নবা অতু য়েংসি -

(ক) মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈথবা।
তারেং–শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু করম্ম ফংসিবা॥
মপু সনা কৈথেন্দা। মিংচৎ নঙবু থোকপরা॥
রাত্ত পাদ পুক্লেদা মিংচৎ নঙনা লৈবরা॥ —অঙাংহল

(খ) অসি হায়না ব্রতিনা। *থাউ মনম মুংশিবা॥
শম্নদা তৈরে; *হাত্তুনা। শম্বজি পুল্লে চঙথোন্‌না॥
লৈতেং মথল মথলগী। পুশিল্লকলে*নিংথৌবী॥
হীরা মণি, মুক্তানা। য়েকপা, থোৎপা; *পুররকলে॥
চন্দন কেশর *লোয়মনা। কুঙ্কুম চন্দন, কস্তুরী॥
রত্তন মথল মথলগী। মঙান য়াওই ফাগেদা॥ —নবদ্বীপচন্দ্র

অহানবা খুদম (ক) অসিনা মিত্রাক্ষর ছন্দ নি। অনিশুবগী খুদম (খ) অসিনা অমিত্রাক্ষর ছন্দ নি। অকোনবগী খুদম অসিদা ছেদ (*) কা যতি (।) চংমিন্নদবা মতাং কয়ামুক য়াওবা অসিনা ছন্দগী লেপ্তবা ঈচেল অমা ঈংনা লেন্না চত্থবা থেংনগনি।

ইংরাজী লোনগী Blank Verse কী মতৌ লৌদুনা বাংলাগী কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তনা ইহান হান্না বাংলা লোন্দা অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুশিল্লকপনি মণিপুরী লোন্দস্থ 'মেঘনাদ বধ কাব্য" গী অনুবাদ তৌরক-পদা থোকহল্লকপা ছন্দগী মশক্নি। খেন্নবা হায়ববু মধুসূদন দত্তদি মহাক্কী শৈরেং কয়া ছন্দ অসিদা মপুং ওইনা ইরমই। মণিপুরী অনুবাদ-শিংদদি ছন্দ অসি মতম পুম্নমক্তা শীজিন্নবা ঙমদে। করি করিগুম্বা মতাংদদা থেংনৈ। অসিনা ছন্দ অসিবু চপচাবা মণিপুরী শৈরেংশিংদা মঙং তানা য়াওরে অমস্থং লোনরক্লে হায়বা য়াত্রি; মণিপুরীশিংগী

নাকোংদা য়াম্নমক হেক চুনবা মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পর্ব্বাঙ্গ অনিনা শাবা মাত্রা ৭ কী পর্ব্ব অনি অসিনা পূনশিল্লগা চংমিন্নবা মাত্রা ১৪গী পয়ার অমসুং যতিগা ছেদগা তোয়না চংমিন্নবগী মওং অসিনা মণিপুরী ছন্দদা হৌজিক ফাওবা মপূং ওইনা চত্থরি অমিত্রাক্ষর ছন্দদা চপচানা মপূং ওইনা ইবা থেংনখ্রি। খুদম –

(ক) মায়োকনবা লানফম্মদা। অকনবগী লুচিংবা
শিবা মতম্ম চাদনা। বীর বাহু তুথ্রগা
হায়যু ইমা ভারতী। রাঙাং খোইহো ভৈরবী
হিংচা-শাগে-য়াইওইবা। রাঘব-তাথি অথোইবা
সেনাপতি হাপ্তনা। লান্দা কনা থাখিবা? — নবদ্বীপচন্দ্র

(খ) হুন্দোরকলে অঙানবা। শেঙ্গোং চৌংগী চৌংয়াঙদা
ফম্মদেংবগুম্ম থম্লাম্লক। চৌঙ থম্লাল খোঙাহৌবা।
মিংথম্মা থম্লানম্মাঙ্গবা। মিংচি খোই খোই ভক্তাখোং
য়েংজরকলে মালেমতম্ম। পূকনিং হন্দো তন্ন কা।
— মীনকেতন

মথক্কী খুদম (ক) অমসুং (খ) অনি অসিমক অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ইবা কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মেঘনাদ তুবা কাব্যগী মণিপুরী অনুবাদনি। অচুবু অনিমক্তা ছেদ অমসুং যতিগী খোঙচং অনিমক পূন্না চংপনা থোক্লিবা ছন্দসি অমিত্রাক্ষর নত্তে মিত্রাক্ষরনি।

## চতুর্দ্দশপদী কবিতা (Sonnet)

মণিপুরী ছন্দদা ইহান হান্না কবি দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা পদ ১৪ গী শৈরেং ইংরাজীগী 'সোনেট' (sonnet) হায়বচু পুশিল্লকবা হোৎনরমই। থেংনবদি খুদম অমথক্কুং থেংনৈ—'স্মৃতি' হায়বা শৈরেংদা। পয়ার ছন্দগী চরণ ১৪ না —৮ গী মশক অমা অমসুং ৬ কী মশক অমা অসুম্না পারেং ১৪ না শাবা ছন্দগী মশক্নি। চরণ অমদা হায়বদি পারেং অমদা

মাত্রা ৭।১ কী পদ অনিনা পুম্না মাত্রা ১৪ য়াওই। অসিগুম্বা শৈরেংদা মিত্রাক্ষরগী মমৈগী না-পু তাবা অমা চাংচৎ অমা ওইনা চৎলি। মণিপুরী 'সোনেট' অসিগী মশক অসি না-পু তাবা মান্নবা rhyme গী মশক য়েংলুরবদি ইংরাজী নত্রগা সেক্সপিয়ারগী সোনেট মশকা নকশিন্নবা উই। খুদম — দোরেন্দ্রজিৎকী 'স্মৃতি'

রারবা পুসি'সিনা। মূন মূন য়েংলম্মী —ক
মতম কোবা ঈপাক্কী। নুংন কোয়বা খোঙবান্দা —খ
পীক্ল পীক্ল হুকলিবা। ময়েক লাবা ময়িদা —খ
মশক থঙাগে তান্দুনা মূন মূন য়েংলম্মী। —ক
চেন্লি ভৎপা নাইদনা। ঈপোম চাউনা ইচেননা —গ
কনন কনন য়্যৈরমম্মী। নুংপাকশিংনা লৈবদো —ঘ
লাকোন হোংনৈ মুখ্রংকে। ময়েকশিংনা তাবদো —ঘ
শুকমুং মুংলু য়ারমদে। হেল্লি থোইনা লংবনা। —গ
হুননা 'মকুং য়েংদুনা। ময়েকতুনা লাউরকখি —ঙ
খোঞ্জেন্দুনা হৌবনা। ঈরাউখোনবু নক্কৎখি —ঙ
"মীওইপোক্কী লাইশিংগী। অক'থৌগী মণিনে —চ
মাঙক্রত্রবা ফক্কানদ। থিল্লম্নবা উরোংনে —চ
বিশ্ব তাইবংপানবন। কপ্প কপ্প লোইখিনি— —ছ
নুংদা ইবা ঐখোয়না লোকন লোকন লৈহৌনি — —ছ

মথক্কী খুদম অসিদা ঐখোয়না থেংনরিবা না-পু তাবা মান্নবা চরণগী মায়কৈদগী সোনেট অসিগী মশকসি ৭ নি - ক খ খ ক গ ঘ ঘ গ ঙ ঙ চ চ ছ ছ। মসি পৌরম্পা ইংরাজী সোনেটকী rhyme ৭ কা চানৈ। ইটালিয়ান সোনেটকী ৪ নত্রগা ৫ গা মান্নদে। পরেংগী পুনশিন্নবনা ৪ + ৪ + ২ + ২ + ২ গী মশকনি।

য়েংগদবা — সোনেট অসি ইহান হান্না শীজিন্নরকপদি ইটালিগী কবি পেত্রার্কনি। মহাক্কা লোয়ননা কবি টাসো ( Tasso ) অমস্নং

দান্তে (Dante) সু য়াওই। পরেং ৮ অমসুং ৬ কী কাংলুপ অনিনা মরক্তা ভাবকী অহোংবা অমগা লোয়ননা পরেং ১৪ না শাবনি। অহানবগী পরেং ৮ অচুবুনা Octave কৌই।— rhyme অনিখক অসুম হায়না য়াওই— ক খ খ ক ক খ খ ক অমসুং অরোইবগী পরেং ৬ তনা মথকী rhyme অনিচুদগী তোঙানবা rhyme অনি নত্রগা অহুম য়াওই - গ ঘ গ ঘ গ ঘ নত্রগা গ ঘ ঙ গ ঘ ঙ। ইংরাজী কবি সেক্সপিয়ারনা শীজিন্নরকপা মতমদা ইটালিগী চপচানা মওং লৌদে — পরেং ৪।৪ গী কাংলুপ অহুম অমসুং পরেং অনিগী অমগা চংথিন্নরকই। কবি মিলটননা ইরকপদা অমুক ইটালিগী মশকলোমদা ওনশিনখি অমসুং মহাক্কী মতৌবু রার্ডসরার্থ অমসুং টেনিসন্নচিংবা কবিশিংনা মতৌ তমখি। মথক্কী মণিপুরী সোনেটকী মশক অসি সেক্সপিয়ারলোমদা নকশিনবগী রাদনি চপচাননা ইবদি নত্তে।

## মুক্তক ছন্দ (Free Verse)

মণিপুরী ছন্দদসু থোইদোকপসু অনৌবা কবিতাগী ছন্দদা মুক্তক ছন্দ নত্রগা মুক্তবন্ধ ছন্দ (Free Verse) হায়বসি চংনরক্কি অসুম চেপ্পরকপা পয়ারগী ছন্দগী ঈচেলবু মতুপ মতুপ ককতুনা হায়দোক্লীংবা ভাবকী ঈছন মতুং ইন্না। চরণশিংগী মাত্রা মশীং মান্নদে। পর্ব্ব থুদিংগী মাত্রাসু খেন্নবা লৈ — ভাবনা থরা য়াংনা চংলগা মাত্রা ৫।৬ কী অচু-রাইদা থমই; থরা লম্না চংলগনা মাত্রা ৮।৯ ফাওবা য়োই। পদশিংগী নত্রগা চরণশিংগী মমৈগা না-পু তাবা মান্নবা মান্নদবা থোইনা থিদে।

(ক) কৌক্র চীংগী চীংদোন্দা। ইবানিনা শাগৎলম্বা উনাগী
থাংপোক নিংশিংলিবরা মনোরমা?
নিংশিংলিবরা?
মওং নাইত্রবা উনাগী থাঙপোক। হায়কম থঙত্রবা
কৌক্রগী মুংশিং

পল্লেপকম খঙত্রবা মীওইবগী পুন্সি। নঙতনা খঙবা ঐগী
থম্মোই।
মুংশিংনা রা-রা শীংলকপা। নোংলৈনা উরু উরু
লৈশিল্লকপা
মুংশিহৈত্রবা মমশিল্লকপা। অমংবা নোংগী মপৈ
নোংথাংগী তথক্লবা শাথেক
অকিবা নোংথোং। —নীলকান্ত

(খ) কনাবু ওইরিগবা ?
কনাবু ঙাইরিবনো ইবেন্মা!
থোঙনাওদা ম্‌না ম্‌না
খরাই থোঙ্গাল পাংনা
ঙসাই মথৈ য়েংবদি
মুমিং য়ুংদোরে। ১। লাকনি কাউত্রা-ঙ
কনানো তাকথোকউ। তাকপীগে
অথঙবা কনানো। উগ্রবা মীশক্লা। তাগ্রবা মমিংলা
কনানো ? —বেদজিং

মথক্কী খুদম (ক) অমসুং (খ) অনি অসিদা পরেং খুদিংদা অকক্লবা মাত্রা মশীং অমসুং পদ মশীং লৈতে · ভাবকী ফোংদোকপগী মতুং ইন্না অশাংবা অতেনবা অমসুং য়াম্নমক তেনবা (কনানো ? -মাত্রা ৩) য়াওরি। খুদম অসিদা পয়ার ছন্দগী মাত্রা ৭। ৭কী রাফম লৈতে; লোইবা নাইদবা ভাবকী ঈচেল অমদা অতুম ছন্দগী ঈচেলসু চেম্বরি অশাংবা অমসুং অতেনবা পদশিংগী পুনশিন্নহুনা। অতুবু অচিংবা থোনফম অমদি য়াওবনা অমসুং মধ্যলয়দা চংপা ছন্দগী থোঙচং ওইবনা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মনুংদদি চনফম থোকই

## (খ) স্বরবৃত্ত ছন্দ

মথক্তা রাহয়গী হায়দোকপদা স্বরনা রাহয়গী অহৌবদা ফুজিন্দুনা থোকপা – স্বরাঘাত হায়বহ্ নৈনপ্রে। ছন্দ অসিগী লয় অথুবনি

( ক্রততর )। অক্ষর ( Syllable ) অমগা মাত্রা অমগা মান্নবা লৌবনা মসিবু কনাগুম্বনম্ব স্বরমাত্রিক কৌবা য়াই। পদ খুদিংগী অহৌবদা য়ামত্রবদা স্বরগী অকনবা শাফু অমা য়াওনা হায়দোকই। মণিপুরী জাতিগী অচম্বা পুন্সিগী মতাং কয়াদা লৈবা ফৌমু ঈশৈ, নোংলাউ ঈশৈনচিংবা পুন্নমক ছন্দ অসিগী মখুং চনবা য়াই। খুদম –

/ /

(ক) হয়ুম য়ানবা। থোদাংকোক

/ /

শীং চম্লকউ। হায়রগা

/ /

ফৌ পুরকপা। য়ানবা

/ /

মঙন। চাকপু। হায়রগা

/ /

ফৌগাক চঙীক নমথোব।

/ /

চাকপু শানা। পীজগে ॥ — ফৌঙ ঈশৈ

/ /

(খ) নোংও। চুথরো।

/ /

নাংজিং থাজান। থুন্নংবরো।

/ /

পাংশোয় মুরাবী। ঙাওথরো।

/ /

উবম পাথং। খুঙরো। ॥ — নোংলাউ ঈশৈ

/ /

(গ) শাজেম্রী। থোরকানো।

/ /
মহুম পোঙ্জেল। শাবিগে
/ /
লাই খুবাক। খুবিগে॥

/ / /
(ঘ) ঈশিংদসু। চাউদবী। কংফান্দসু হৌদবী॥
/ / / /
উদা তাংলে। উতাংবী। য়াদা তাংলে য়াতাংবী॥
/ / / /
পারেং লেংসি। পেদংবী। বাচোম শাসি ন্যাওখ্রী শাবী॥
/ / / /
লুংশিং শিংলে। মিপাই থিবী। খোইমু লাকলে ইকাইথোবী॥

কমল

মথক্কী খুদম অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী খোঙচৎসি মণিপুরীগী নাকোংদা য়াম্নমক হেক চুনবা মাত্রা ৪ অমসুং ৩গী পদ অনি অনি নি। অহানবদা মাত্রা ৪ অমসুং মথংদা মাত্রা ৩ নি। পয়ার জাতিগী ছন্দদসু মাত্রাগী খোঙচৎ অনি মপুং ওইনা য়াওই। অদুবু পদগী অহৌবা য়াহৈ খুদিংদা স্বরগী শাফূ (স্বরাঘাত) পীবা অমসুং দ্রুতলয়গী খোঙচৎকি পয়ার ছন্দদা য়াওদে।

খুদম (ঘ দা অনৌবা কবিতাগী মশক্তা কমল না মাত্রা ৭।৭ না পূম্না পয়ারগী চরণ অনি মান্নবা খোঙচত্তা (couplet) স্বরবৃত্ত ছন্দ অসি পুশিন্নবা হোৎনরমই। মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পদ ২।২ গী চরণ নি। চরণ অনি অনিমক মমৈ তাবা মান্নহল্লি। অসিনা খুদম (ঘ) গুবদা "চাওদবী" অমসুং "হৌদবী". 'উত্তাংবী" অমসুং 'য়াতাংবী" অনিমক্কী না-পু তাবা মান্নররি। করি করিগুম্বদা মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পদশিংগী অহানবা য়াহৈদা স্বরগী চৈকু অমা পীরিবসি থরগা হেন্না কুংশিন্না মাত্রা ২+২+৩ গী পদ ৩ খোক্না চৎলকপসু য়াওই। খুদম –

/ / /

তোং। তোং। তোংক্রুম্বী॥

/ / /

চকুক। নাকুক। চন্নাইবী॥

মথক্কী খুদম অসিদা মাত্রা ২ গী পদ, অমসুং অরোয়বা মাত্রা অহুমগী পদ দা স্বরগী চৈফ্ পীরি। 'তোং' হায়রিবসি মাত্রা অমা নত্তে; মাত্রা অনি ওইগনি। অকোনবগী "চকুক নাকুক" হায়বসিগা মাত্রা মান্নবা চংমিন্নগদবনি।

## গদ্য ছন্দ (Prose Verse)

ছন্দ হায়বসি কাব্য-শৈরেংদদা লৈবা নত্তে; চুম্নগী ৱারেং (Prose) দসু লৈবা য়াই। ৱারেংদা লৈরবদি ভাবকী ছন্দ ওইনা লাকই। য়াম্নমক অচেৎপা নিয়মদা যতি, ছেদ অমসুং পদনচিংবা মওং লৈতনা য়াম্নমক মসুং হুনজিন্না অমসুং ভাবকী পুনশিল্লকপা মশক অমগী ফজবদা গদ্য ছন্দ ( Prose Verse ) লৈ। মপানগী পদগী খোঙচত্তা অমসুং অকরুবা মাত্রা মশীংদা ছন্দ অসি লৈত্তবা নত্তে। লোয়া থুপ্পা লৈবা ছন্দগী মশকনি। ৱাহৈগী পুনশিল্লকপা মকক মকক (phrase) ময়াম অহু নীংথিজনা পুনশিন্নবদি পদ্যগী মতৌগুম্না শাদোকপা য়াই অমসুং অসু পাথবদা ছন্দগী মিহুল–rhythm অমা থেংনৈ। মসিবু গদ্য ছন্দ কৌবা য়াই।

(ক) অহুনগী মতুং। ইমুই মোংমা
পীকলি। অঙাং ওইরিঙৈদনি
মোইরাং থ্রাংজীং। লৈকোন্দনি।
পঞ্চবতী। উনুংদা
রাম সীতা। লক্ষ্মণগুম্ব
তুংগ্র মাংগ্র। চংলেকই–
গুরুাদবদা। চিংলেকই॥ —সমরেন্দ্র

(খ) লোংথা। হায়খি মঙনা
পুন্সি হায়ববু। তৌরিসিনি।
অদুগা। ভিবখি
মেঙলবা। রাসপূর্ণিমাগী থাবলগী সমুদ্রদা
হৈনৌ মপাল। চাইথরবা
বোকুল লৈরাং। চোইজাইনবা তারবা
নবদ্বীপকী। গঙ্গা মপান্দা॥ — শ্রীবীরেন

মথক্কী খুদম অনি অসিদা ঐথোয়না উগনি – পর্ব্ব ২ নত্রগা ঃনা পরেং অমমম শারি। ছন্দগী লৌনরিবা নিয়মশিংগী মথা পোনবদি নত্রবসু অমুম পাথরকপদা অমসুং পরেংশিংগী মশক্তা তোপ তোপ্পা ছন্দ অমদি অপাবদা ফাওগনি। পরেংশিংগী মমৈগী না ·পূ তাবা মান্নবগী থোইদোক্‌পা নিয়ম লৈত্রবসু অমুম শৈরেং অসি থীরকপদা নাকোংদা ছন্দগী ইহুল অমা শোয়দনা ফাওই। মরম অসিনা অসিগুম্বা ছন্দ অসিবু গদ্য ছন্দ ( Prose Verse ) কৌবা য়াই।

মণিপুরী কবিতাদা· থোইদোক্লসু হৌজিক মতমগী নহারোল কবিশিংগী শৈরেংশিংদা. অসিগুম্বা গদ্য ছন্দসি ফন য়ান্না নীংথিজনা চঙবা থেংনরক্লে।

য়েংগদবা ঃ – মুক্তক ছন্দ ( Free Verse ) গা গদ্য ছন্দ গা খেন্নরিবসি মশক খরদনি। মুক্তক ছন্দদা শৈরেংগী নিয়ম খরা ভাক্লুনা লৈ – চরণগী মাত্রা অমসুং পর্ব্বগী মাত্রাশিংগী অকরুবা নিয়ম অমা থমদনা ঈশিং ঈচেলগী মতৌগুম চেন্থবনি ; অদুবু পর্ব্ব অমসুং চরণনচিংবগী মওংদি শোয়দনা অমা লৈগনি। গদ্য ছন্দ দা হায়রিবা নিয়মশিং অসিদগীসু খরা হেন্না লাম্থোকই। রাহৈগী মতুপ (Phrase) অমমম্না হায়নীংবা মওংদা অমসুং লৈনীংবা মওংদা লৈ। অদুমকপু শৈরেংগী মতৌ অমদি হুন্দোক্তে ; গদ্যগুম্না পরিং ওইনা চংথখিদে। পদ্যগী ·শক অসি থাদোক্লবা অদুগা গদ্য ছন্দগী রসতি পোকহনবা গদ্যগী মশকসু মণিপুরী সাহিত্যদা শীজিন্নবা হৌরক্লে। খুদম—

ইমা ! কয়াদা বুংশিল্লুবা রাহয়রো ! বুংঙাইরে ইমা, রামে ইমা। পঙলবসু ইমা. শিংলবসু ইমা। মহারাণীগী ফীজোন্দসু ইমা, চাক্লিবীগী ফিজেত্তসু ইমা। মমানা কোনবীরবসু অঙাংনা কৌই — ইমা। মমানা ফুরিরবসু অদুম মকপই – ইমা ইমা ইমা হায়না।

—নীলকান্ত

মথক্কী অসি গদ্যনি রারেংনি। অছুবু গদ্যছন্দগী ইহুল অমদি অপাবগী নাকোংদা ফাওগনি। অসুম ভৌনা মণিপুরগী রারেং ইবদা শীংথানরবা চাউবা, কমল, অঙাংহলনচিংবগী রারেংশিংদা অসিগুম্বা গদ্য ছন্দগী রস অসি থেংনগনি।

অনিশুবা শরুক

## মণিপুরী ছন্দগী মরু ওইনা খঙগদবা খরা

**(১) রাহয়গী পদশিংবু পূনশিন্নরকপদা থোরবপা মশক অদুনা ভাবদা বুংশিনা থোকলবা অমসুং থম্মোইদা রস পোকলবদি মদুবু ছন্দ কৌই।**

য়াম্না অপাকপা অর্থদা লৌরবদি ছন্দ হায়বসি অথোংপা কলা ( fine arts ) পুন্নমক্তা য়াওরি। ঈশৈদা জগোইদা অয়েকপা মুর্ত্তি-নচিংবা পুন্নমক্তা ছন্দ লৈরি। ফোংদোকপা খেন্নবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মশক ওইবতনি। অদুগা ফোংদোকপগী নীংথিজবা নিয়ম অমা ঙাক্রুবসু থম্মোইদা রস পোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা ফোংদোকপগী হাইল মওংশিং অসিবু rhythm নত্রগা ছন্দ হায়না কৌই। মীওইবগী রাহৈশিংদসু হায়দোকপদা ছন্দ য়াওরি। চুম্নগী রারী রাতাই শানবদসু অথোই অহেন নাইনা ছন্দ য়াওরি। রারী নীংথিজনা ইবা হৈবা কনাগুম্বা লেখকশিংগী রচনাদসু নীংথিবা ছন্দ য়াম্না য়াওই। শৈরেংগী শরুক্তনা

খ্বাইদগী হেনবা চাংদা ছন্দ য়াওই। তশেংবস্তু ছন্দনা কাব্যগী থরায়নি ছন্দনা তিল্লবা য়াহৈনা কাব্যগী শাদোংনি।

লাইরিক অসিদা মপুং ওইনা নৈনগদৌরিবদি মণিপুরী শৈরেংশিংগী অয়াপ্পা মশক অমসুং ফোংদোকপগী মতৌ অদুগী মশকনি। অসিনা ছন্দ হায়না খঙনগদৌরিবসি মতাং অসিদদি পদ্যগী ছন্দ (metre) বু খঙনগনি।

(২) খোম্থোক্কী মশানা লৈজবা অদু কায়হন্দনা থয়গা তোঙান তোঙানবা য়াহৈশিংবু ময়েক্নাশেংবা নীংথীজবা মশক (Pattern) অমদা পুনশিল্লকপদা থোরকপা মওংদা ছন্দ য়াওরে হায়না খঙনগনি।

ঈশৈ শকপদা খোম্থোক্কী নিয়ম কায়হন্দনা তাল চানা থমই হায়বদি ছন্দ কায়হন্দে। 'থায়ন মমাংথৈদা নিংথৌ অমা পাল্লমই' হায়বসি ঈশৈদা য়াওবা য়াই। অদুবু শৈরেংদদি অসুম্না ওইবা য়াদে। তোপতোপ্পা মশক ( pattern ) অমগী মতুং ইন্না য়াহৈশিং অদু পুনশিল্লবতদা ছন্দ থোকই। পুনশিল্লগা থোরকপা অপুনবা মশক অদুনা ছন্দগী মশক লেপই। ঐখোয়না ইমুংদা চুম্নগী পোৎচৈ লোইশিনবদসু পরেং পরেং থম্বগুম্বা নত্রগা জুরা জুরা লেংশিনবগুম্বা মওং অমদা হায়রিবা রস পোকহন্নবগী মুত্তি অসি থোরকই। নত্তদনা ইচাই চাইখায়রবদি ছন্দ পোক্রে; মশক থীরে।

অসুম তৌনা থোরকপা নমুনা অমগী মথক্তা হন্না হন্না উৎলকপদা পুনশিল্লিবা মচাক ময়ামশিং অদুগী মরক্তা অমত্তা ওইরকপা ( unity ) অমা থোরকই—অদুবু ছন্দনা পুনশিল্লবা মশক কৌই। অসিগুম্বা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লকপগী মশক অসি ছন্দ পোকহন্নবগী য়ুম্ফম্নি

(৩) মণিপুরী শৈরেংদা অক্রক্পা মতমগী মবুংদা তিনবা য়াবা য়াহৈশিংবা পুনশিল্লকপদগী ছন্দ কৌই।

তোঙান তোঙানবা লোনগী তোপ তোপ্পা ছন্দগী মশক লৈ। লোন খুদিংমক্তা ঐখোয়না থেংনগনি—লোন্দুগী জাতিগী মশক অমসুং

হায়দোকপগী নিয়ম মতুংইন্না তোঙানবা ছন্দগী মশক লৈরি। বৈদিক অমসুং অরিবা সংস্কৃততা থেংনৈ—ময়েক (অক্ষর) কী অশাংবনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওই হায়বদি তোপ তোপ্পা শক্তম অমগী মতুংইন্না অতেনবা অমসুং অশাংবা অক্ষরগী পুনশিল্লকপনা ছন্দগী মশক থোকই।

ইংরাজী লোন্দা খোন্থোক্কী য়ৈশিন্নবা মতাংনা (accent) ছন্দগী য়ুম্ফম ওইরি। চরণ খুদিংদা accent কয়া য়াওবা অমসুং চরণ অমগী মনুংদা accented অমসুং unaccented গী লৈনবা মরীনা ছন্দগী মশক লেপ্পি।

অনৌবা সংস্কৃত, প্রকৃত অমসুং বাংলা ছন্দদা হায়দোকপগী ঙাই-হাক্কী লেপকম নত্রগা যতিনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওইরি। মণিপুরী লোন্দসু মতাং অসিদদি মান্নররি। কয়া কুইরগা যতি ওইরক্দ: গ হায়বত্বুনা মপুং ওইনা ছন্দগী মশক লেপ্পি। যতি অনিগী মরক্তা লৈরিবা মতমগী চাং অত্থুনা মণিপুরী ছন্দগী মরুওইনা নৈনগদবা বিষয়নি।

## অক্ষর (Syllable)

(ম) ধ্বনিবিজ্ঞানগী (phonology) মত মতুং ইননা ৱাহৈগী কুহ্‌ৱ মশকপ অক্ষর নত্রগা Syllable কৌই। অক্ষর হায়বসি ময়েকপুসু খঙনৈ; অদুবু মতাং অসিদদি অমুক্তং হায়দোকপদা ঙম্বা খোন্থোক (syllable) অদুবু খঙনগনি।

অক্ষরবু কুপ্পা খায়দোকপদা তোপ তোপ্পা খোন্থোক (sound phone) থেংনৈ; অদুগুম্বা খোন্থোক (ধ্বনি) পু ৱাহৈগী খায়দগী কুপ্পবা মশক কৌবা য়াই। খুদম :— লা, চাক, শম, থোক - অক্ষর ঙাক্তনি।

হায়দোকপগী প্র,ায়দগী য়ায়দবা মশক্তা থোরকপা থোন্থোক্কী মশক অদুবু অক্ষর কৌই। অক্ষর খুদিংদা য়ামত্রবদা স্বরগী খোন্থোক অমদি য়াওগনি। স্বরগী খোন্থোক্তা অপুনবা ব্যঞ্জন ময়েক থরসু য়াওগনি স্বরগী পান্থে য়াওদনা ব্যঞ্জন ময়েক্কী খোন্থোক ওইথোক্তে।

অক্ষর মথল অনিনি স্বরনা লোম্বা ( open ) অমসুং ব্যঞ্জনা লোম্বা (closed)। চা, কি, পু নচিংবা স্বরনা লোম্বনি। থক্, শম্, অসিনচিংবসি ব্যঞ্জননা লোম্বনি।

(৫) ছন্দবু মৈনবা মতমদা হায়দোকপা খোম্থোক উচ্চারণগী মায়াক্রদা মতম পুম্নদা য়েংশিনগদবনি। ইরিবা ময়েক অমসুং অক্ষর অমতা নত্তে তোঙান তোঙানবনি। মণিপুরী ময়েকশিংদগী খোম্থোকী মশক পুম্নমক লেপ্পা ওইথোক্তে। করি করিগুম্বদা অইবা ময়েক অনি পূনশিল্লগা খোম্থোক অমতা ওইনা থোরকপসু য়াওই। "মাবু ফাও" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদা য়াওরিবা "ফাও" হায়বা ৱাহৈ অসি অক্ষর অমতনি অকোনবগী "ও" গী উচ্চারণ তোপ্পা তৌদে। "আ" অমসুং "ও" গী অপূনবা উচ্চারণনা অমতা ওইনা "ফ"গী উচ্চারণ খোম্থোকা পুনশিন্নদুনা অক্ষর অমতা ওইরি। অদুবু কনাগুম্বী সুপী মচা অমদা নফি নান্না শেংলগা "কেও" হায়রবদি অকোনবা "ও" গী তোঙানবা উচ্চারণ তৌগনি অমসুং ৱাহৈ অসিমক অক্ষর অনিনা শারি।

স্বর ময়েকী হায়দোকপগী শাংবা অমসুং তেনবা লেপ্পা মতমদা খোম্থোকী কায়দা অদু কূপশিন্না য়েংগদবনি 'হো" হায়বসি অক্ষর অমতনি; অদুবু শীজিন্নবদা তন্না লোইবা অমসুং শাংনা লোইবা য়াই। চুম্নগী কৌবদা "হো ইমা" হায়বদা "হো" গী লোইশিনবসি অহেনবা স্বরনি; অথাপ্পদগী কৌরকপদা "হো ইমা" হায়না শাংনা চিংলকপদা থোরকপা "হো" গী লোইশিনবা অসি অশাংবা স্বরগী খোম্থোক্নি।

অসিদসু নত্তনা স্বর ময়েকী মসুংদসু মৌলিক অমসুং যৌগিক (dipthong) হায়দুনা অনি খোক্না খায়রি অ, আ, ই (ঈ) উ (ঊ), এ ও নচিংবসি মৌলিক স্বর হায়বদুনি। "ঐ" দি যৌগিক স্বরনি মরমদি ও+ই শনা শেম্বা ময়েক্নি। মতৌ অসুম তৌনা 'ঔ ' "আই" নচিংবসি যৌগিক স্বরনি।

ধ্বনি বিজ্ঞানগী মতুংইন্না যৌগিক স্বরনা লোম্বা অক্ষরদি ব্যঞ্জনা লোম্বা হলন্ত অক্ষরগা মান্নে।

(৬) ধ্বনি বিজ্ঞানগী মত মতুংইন্না স্বর ময়েক্কী মশক মরি লৈ — (ক) তীব্রতা (pitch) নত্রগা অয়াকপা - নুংশা স্বর হোন্দোরকপদা খনাউগী শরক্তা শোকপগী মতুংইন্না অথুবা নত্রগা অতপ্পা অনীকপা মওং অমা থোরকই। অদুক্কী মতিক শোন্নগা অথুবা অনীকপা ওইগনি অমসুং হায়দোরকপা স্বরগী অয়াকপা মশক অমা থোরকনি। (খ) অহৌবা (intensity) নত্রগা loudness) ময়েক্কী খোঙ্গোক্তা হোন্দোকপা নুংশা স্বরগী য়াম্না অমসুং খজিক্তা থোকহল্লকপগী মতুং ইন্না স্বরগী অহৌবা নত্রগা অতপ্পা লেপই। (গ) স্বরগী অশাংবা নত্রগা মতমগী চাং ( length নত্রগা duration ) খোঙ্গোক্কী মওং মতুং ইন্না ময়েকপু হায়দোকপদা স্বরগী অশাংবগী চাং লেপই। (ঘ) স্বরগী মচু (tone-colour) চুন্নগী স্বরত্তবু উচ্চারণ তৌবা কনানসু ঙমদে; স্বর অদু হায়দোকপদা অতোপত্তোপ্পা ধ্বনি থরসু ভিন্নরকই অমসুং অপুনবা মশক অদুদা কনাগীনা থুম্বা কনাগীনা য়াকপা অসিনচিংবা শোয়দনা থোরকই। মদুবু স্বরগী মচু (tone-colour) হায়না খঙনৈ।

মথক্কী মশক মরি অসিগী মধুংদা অহৌবা ( intensity ) অমসুং অশাংবা (duration) অনি অসিনা মণিপুরী ছন্দগী মশক লেপকনি। তৌববুদি tonal language গী কাংলুপ্তা মণিপুরীসু চনবনিনা রাহৈগী খোঙ্গোক্তা অনেম্বা, অরাংবা হায়রিবা অনি অসিগী মথক্তা মরক্কী ওইবা খোঙ্গোক অমসু তোয়না থেংনরি। অদুবু মসিনা রাহৈগী অর্থ পুথোকপগী মতাং ওইবনা ছন্দগী মতাংদদি মথক্কী হায়রিবা অনি অসিনা মপুং ওইনা নৈনবা তারি। চুন্নগী মপুং ওইবগী রাফমতনি। অদৈ অসিসু কান্নদে হায়বগী রাদি নত্তে। থোইদোক্নসু খোঙ্গোক্কী অনেম অরাংদি অর্থগা কোন্নবা ওইবনা রাহৈগী অর্থ খঙবদদি অমসুং হায়দোকপদদি ইয়া য়াদবা অমগী মওংসু লৈরি।

## ছেদ, যতি অমসুং পর্ব্ব

(৭) ঐখোয়না ৱা ঙাঙবা মতমদা অতৎ অথম লৈতনা ঙাঙ-থোকপা ঙমদে হোন্দোকখিবা স্বরগী মতুং ইন্না অমসুং হকচাংগী শক্তি মতুং ইন্না ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্পা তাই। অসুম্না অমুক অমুক পোথারগা মুংশাস্বর অমুক চিংশিনবা তাই। চিংশিনবদা ৱাহৈ হায় দোকপা ঙমদে।

অসুম্না মরক মরক্তা লেপ্পা অসিবু ছেদ ( breath–pause ) নত্রগা স্বরগী লেপকম হায়না খঙনৈ। করিগুম্বদা ৱাহৈ পরেং অমবু মচা তানা থায়দোকপদা ছেদ য়াওবগী মতুং ইন্না তাংকক নাইনা লৈবা থেংনগনি। অসিগুম্বা মতুপ অমমম্তু স্বরগী তাংকক (breath-group) অমমম ওইনা লৌবা য়াই। ব্যাকরণগী মতুংইন্না ৱাহৈ পরেং (Sentence) অমা হায়বসি অসিগুম্বা তাংকক ময়ামগী অপুনবা অমনি। করি করিগুম্বদা clause (ৱাহৈ পন্দুপ) অমদা অসিগুম্বা তাংকক ময়ামগী অপুনবা মশকসু থেংনৈ।

ৱাহৈ পরেংগী অরোইবদা লৈবা ছেদতি শাংই; অদুনা মদুবু মপুং ওইবা ছেদ ( major breath–pause) কৌবা য়াই। অর্থ খঙনবা তোঙান তোঙানবা phrase গী মরক মরক্তসু ছেদ লৈরি; মখোয়দুবু মচেৎ ওইবা ছেদ ( minor breath pause ) কৌই। অসিগুম্বা ছেদপু ভাব যতি ( sence·pause ) সু কৌবা য়াই। মচেৎ ওইবা ছেদনা লৈবা মফম অদুদা অর্থ অমা খঙনবা কাংলুপ অমা তোপ্পা লৈরে হায়না খঙনগনি। তশেংবসু মচেৎ ওইবা ছেদ ময়ামদুনা পীরিবা ৱাহৈ পরেং অদুগী করি হায়রিবনো হায়বদু লেপই। অসিগুম্বা ছেদশিং অসিনা ৱাহৈ পরেং অমবু মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্না থায়দোকই। মপুং ওইবা ছেদনা লৈবা মফম অদুদা অর্থগী মপুং ওইবা মশকসু ওই অমসুং ৱাহৈ পরেংগী অরোইবসু ওই। মরম অসিনা phrase অমসুং sentence পু অর্থ বিভাগ (sence-group) হায়না খঙনগনি।

ইবগী নিয়ম মতুংইন্না কোমা, সেমিকোলন নচিংবা খুদম লৈবা মফম খুদিংদা মওং অমগী ছেদ লৈ—মপূং ওইবা ছেদ নত্রগা মচেৎ ওইবা ছেদ। ব্যাকরণগী নিয়ম মতুং ইন্না (full stop) নত্রগা চৈখৈ লৈবা মফমদা মপূং ওইবা ছেদ তাই ; ছন্দগী নিয়ম মতুং ইন্না মফম অদুদা মপুং ওইবা ছেদ ( major breath-pause ) লৈগনি। অদুবু কোমা, সেমিকোলন নচিংবা খমদবা মফমদা মচেৎ ওইবা ছেদ লৈবা য়াই অমসুং syntax কী মতুং ইন্না মপুং ওইবা ছেদ তাদবা মফমদসু ছন্দগী ওইবা মপূং ওইবা ছেদ লৈবসু য়াই। খুদম :— ঐখোয়না তেংবানবা অসিদা *কনাবু কবিনি হায়না খঙহুনা *মহাক্কী খুয়াদা *কবিগী মতিক চাবা খুদোল * নত্রগা * লৈরাংগী খুজোক অমত্তংসু * কৎতুনা লেপ্পসিগে * ফনা লুবা পাউখুম্নি **।

(কবি—খ্বাইরাকপম চাউবা)

মথক্কী পীরিবা রাহৈ পরেং অসিদা খুদম * অসি থম্লিবা মফমশিং অসিদা পাবা মতমদা ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্পা তাই ; মফম অসিদা মচেৎ ওইবা ছেদ লৈরি। ঙাইহাক্তুং লেপত্রবদি করম্বা রাহৈগা করম্বগা তিন্নহুনা অর্থ খোক্লিবনো হায়বহু চপচানা খঙবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা মচেৎ ওইবা ছেদশিংগী মতেংনা রাহৈ পরেং অসিবু অর্থ খোকপা মতুপ কয়া খোক্লা খায়দোক্লি। মপূং ওইবা ছেদ তারিবা মফম অসিদা খুদম ** থম্লি অমসুং মফম অসিদা রাহৈ পরেংগী লোইশিনবগা লোয়ননা অর্থগী মপুং ফারবা মওং অমসু তারি।

(৮) ছেদ তারবা মফম অদুদা রা ঙাঙথোকপগী শরুকশিং অসি ঙাইহাক পোত্থাবা তাই ; অদুগা মথংগী ছেদ অমা লাকত্রিবা ফাওবা অমুক মুংশাম্বর হোন্দোকপগা লোয়ননা ঙাঙথোকপগী খবক অদু চৈখৈ। মতুম তৌবদা ঙাঙবগী শরুকশিং অসি চোকথৈ অমসুং নৌহৌননা শক্তি লাকপগী দরকার ওইরকই। ছেদ অমা তারকপা মতমদা ঙাইহাক্তুং পোত্থাহুনা শক্তি থরদং লাক্লবগী খুদোং চাবদি ফংহৌই। অদুবু ছেদতি

ভাবকা কোন্ননা চংপা ওইবনা মতম পূম্বদা নিয়ম অমা নাইনা অমস্তুং পঙথু থুনস্থু তারক্তে; ছেদ অমা লাকত্রিঙৈদা ঙাঙলিবা লৈয়েংগী চোকথবা ওইরকই অমস্তুং ঙাইহাক্তুং লেপ্পগী দরকার ওইরকই। অমুক অমুক মুংশাম্বর হোন্দোরকপদা অক্ষর খরা হায়দোক্লবা মতুংদা নৌহৌনা পাঙ্গল হাপ্পনবা লৈয়েংগী ঙাইহাক পোত্থাবা তাই। অম্নুম্না মরক মরক্তা চাং অমা ওইনা লেপ্পা মফম অসিবু যতি হায়না খঙনৈ। যতিনা লৈবা মফম অতুদা খোম্থোক্কী ( impulse ) লেপক্কম অমা ওই অমস্তুং মতুংদা অতোপ্পা অমা অমুক হৌরকই।

অয়াম্বা মতমদা ছেদকা যতিগা প্.ন্না তামিন্নৈ। অতুবু মতম প.ম্বদা তামিন্নবা নত্তে। যতিগা ছেদকা তিন্নদবা মফমদা ধ্বনিগী ঈচেল অমদি লেপ্পুনা চেন্থরি। রাহৈ ওইনদি লৈয়েংদগী থোরক্তে; স্বরনা শাংনা চিংবগুম্বা (drawl) মওং অমা তৌরকই। অতুগা অমুক খোম্থোক্কী ইহুল অমদা চেন্থরিঙৈদা খঙহৌদনা ছেদ তারকপস্থু য়াওই মফম অতুদস্থু ঙাইহাক্কুংদি খোম্থোক লেপ্পবা য়াদে; অতুবু লৈয়েংদি পোত্থাবা নত্তে; খোম্থোক্কী ইহুল (impulse) লেপত্রি; মতুংদা ছেদকী খোম্থোক চথরকপদা অনৌবা ইহুল অমা ওইনস্থু হৌরক্তে। অম্নুম্না ছেদকা যতিগা চংমিন্নদবা মতাং কয়াস্থু থেংনৈ। অমিত্রাক্ষর ছন্দগী তোপতোপ্পা ফজবা অমদি অনি অসিগী তোঙান তোঙান্না চংমিন্নরক্কবা মতাং কয়াদগী থোরকপনি।

(৯) যতিগী খোঙচত্তগী মণিপুরী ছন্দগী অপূনবা মশক্র অম্না থোরকই। অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা শকফম অমগী মতুং ইন্না যতি লৈগনি। ছেদনা অর্থ নত্রগা sence কী মতুং ইল্লি: অসিনা শৈরেং অমবু অর্থগী মতুং ইন্না খায়দোকই। খোম্থোক পোকহল্লকপা লৈয়েংগী শক্তি মতুং ইন্না যতি লৈ। অসিগী মতেংনা শৈরেং অমবু অকক্লবা ছন্দগী কাংলুপ কয়া থোক্লা খায়দোকই। অসিগুম্বা ছন্দগী মখায়দোক মতুং ইন্না হায়দোকপা খোম্থোক্কী ইহুল অমমম ওইনা মাত্রা মশীং লেপতুনা মতুপ মতুপ চথৈ। অসিগুম্বা খোম্থোক্কী ইহুলগী মশক্লা ছন্দগী অপ.নবা মশক ওইরকই।

মণিপুরী ছন্দদা অসিগুম্বা ছন্দগী কাঙলুপ অমমম্থু পর্ব্ব (measure নত্রগা bar) হায়না ... মাইরাকা অকরুব মাত্রা মশীংগী মতুং ইন্না মণিপুরী ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক লেপই। অমুক অমুক হায়দোকপা খোঙ্খোক্কী ইহুলদা চাকথবা নত্রগা ভাইহাক লপ্পগী দরকার লৈত্রিবা ফাওবা চংখ্রিবা শরুক অদুবু পর্ব্ব কৌই। পর্ব্বনা মণিপুরী ছন্দগী কয়াংনি।

পর্ব্ব মথং মথং লেংশিন্নরগা ছন্দগী লৈপরেং শেমই। পর্ব্বগী মাত্রা মশীংদগী ছন্দগী খোঙচৎ খঙবা ঙমই। পর্ব্বগী অশাংবদি কায়হন্দনা থন্নগা মওং কয়ামুক্তা চরণ অমসুং স্তবক (stanza) শেম্নবদি ছন্দগী অমত্তা ওইবা মশক খঙদে। অদুগা পর্ব্বগী অশাং অতেন্দা অকায়বা থোকহল্লবদি চরণ অমসুং স্তবককী মশক্তা শৈরেংগী ছন্দগী মশক অদু নীংথিজনা কায়হন্দনা খগ্না ঙমদে। খুদম—

"মালেম পোকপী লাঙোন্দা/তাইবঙ চনু শায়োন্না"—

হায়বসিদা লৈরিবসি মাত্রা ১৪ নি। মাত্রাগী শকফমদি ৪+৩+৪+৩ অসিনি।

"শুম্নি/মীকুপ্তা/লৌনম্বা/বা শীনা/মালংগী"—

হায়বসিদা লৈরিবসিস্থু মাত্রা ১৪ তনি। অদুবু মাত্রাগী মশক্ত ২+৩ ৩+৩+৩ অসিনি। মরম অসিনা মথক্কী খুদম অনি অসিদা মাত্রাগী মশীংদি চপ মান্নরবস্থু খোঙচৎ খেন্নবনা ছন্দগী মশক তোঙাল তোঙাল্লি।

(১০) মণিপুরী শৈরেংদা অয়াম্বা মফমদা মচেৎ ওইবা ছেদকা মচেৎ ওইবা যতিগা, মপুং ওইবা ছেদকা মপুং ওইবা যতিগা চৎমিন্নগল্লি। অদুবু মতম পুম্নমক্তদি নত্তে। করি করিগুম্বা মতমদা ছেদনা ছন্দগী মতুপ অমগী মম্নুংদা ভারকতুনা তোপতোপ্পা ছন্দগী লেপ্তুবা ঈচেলগী ইহুল অমা পী।

মথাগী খুদমশিং অসিদা * অমসুং ** অনি অসিনা মথংশীংনা মচেৎ ওইবা ছেদ অমসুং মপুং ওইবা ছেদ খঙনগনি ( I ), ( II ) অসিনা মচেৎ ওইবা যতি অমসুং মপুং ফাররা যতি খঙনগনি।

ক) মায়োক্লবা লানফমদা*। অকনবগী লুচিংবা* !
শিবা মতম চাদনা *। বীর বাহু তুধরগা *।
হায়মু ইমা তারাত *। মাতাং খোইরী তৈরবী *।
হিংচা–শাগি–য়াই ওইবা *। রাঘব ফাখি অথোইবা *।
সেনাপতি হাপতুনা *। লান্দা কনা থাখিবা *।

(মেঘনাদ তুবা কাব্য নবদ্বীপচন্দ্র)

খ) লেংবীরকউ অদুনা *। বিশ্বরমে, * খোজানবী *।
শক্রে * ঈশ অথোইবা *। বীররসতা তাউদুনা **।
ইমা * লেংবীরকউকো *। মথোং মরুম থুপচগে **।

(মেঘনাদ তুবা কাব্য – নবদ্বীপচন্দ্র)

পর্ব্ব (Bar) অমসুং পর্ব্বাঙ্গ (Beat)

১১। মণিপুরী ছন্দদি অমুক হায়দোকখিবা খোম্থোক্সী ইহুলদা ওইরবা পর্ব্ব কয়াগী পুনশিন্নবা মশক্নি। ছন্দ পুথোকপদা অককবা চাংদা মান্নবা পর্ব্বগী মশকশিং নিয়ম অমা ওইনা শজিন্নৈ পর্ব্ব অসিময়কসু মা হ থরনা পুনশিল্লগা শাবনি। মাহৈ কয়ামুক্তা পুনশিল্লগা হেন্না চাউবা পদ অমা ওইহল্লবসু ছন্দগী মখল তাক্লকপদদি মাহৈ কাংলুপশিংবু তোঙান তোঙান্না লৌগনি।

মথক্কী নৈনবা শরুক্কসু খণ্ডহনপ্রে—পর্ব্বনা লৈ পরেং অমগী মশক লৌবগা পর্ব্বাঙ্গ (পর্ব্বগী কায়াং) শিংনা লৈরাংশিংগী মশক্নি হায়বা য়াই। পর্ব্ব খুদিংদা পর্ব্বাঙ্গ অনি নত্রগা অহুম লৈগনি।

খুদম চংক্রদবা ঃ চংখিসনু।
নঙদা লৈবীমু ঃ নাক্তা॥
চেকলাগী ঃ মুংশিবা ক্রোমোয়।
হেপথু বনি ঃ য়াচংবদা॥

— চাউবা

মথক্কী খুদম ( : ) অসিনা খায়দোক্লিবসি পর্ব্বাঙ্গগী শরুক্কি। খুদম (!) অসিনা পর্ব্বগী কাঙলুপনি। [illegible] খুদিংদা পর্ব শাদে করিগুম্বা রাহৈ অনি নত্রগা অহুম্না পর্ব্বাঙ্গ শাবা য়াই।

(১২) স্বরগী অমুক হোন্দোকপগী অরুম্বা চাং ( গাম্ভীর্য্য ) গা লোয়ননা ঐখোয়না উচ্চারণ তৌই অহানবা হেক্ক হায়দোরকপদা অহৌবা রাহৈ অতুদা চাং খরা য়াম্না শোকই অমসুং পর্ব্বাঙ্গ অমগী লোইশিল্লকপা রাহৈদা খরদং শোক্লগা লোইশিনবদোনা তৌই ; অতুদগী অতোপ্পা পর্ব্বাঙ্গ অমা হৌগৎলকপদা অমুক শাফু কন্না অহৌবা পর্ব অতুদা শোকই। মথক্কী খুদমদা — "নঙদা লৈবীয়ু নাক্তা" হায়বা পর্ব্ব (পদ) অসিদা 'নঙদা" হায়বসিদা স্বরগী শাফু অমা কল্লি ; "লৈবিয়ু" হায়রকপদা শোম্থরকই ; অতুগী "নাক্তা" হায়বা অসি হায়দোকপদা অমুক কনশিল্লি। অসুম তৌনা মণিপুরী ছন্দগী রাহৈশিং অসি হায়-দোকপদা অক্ষর মাল্লবগী চাং মতুং ইন্না উচ্চারণ তৌদে। অহৌবদা খরা কন্না স্বরনা শোকপা অমসুং লোইশিল্লকপদা শোম্থরকই। অসুম্না স্বরগী ইহুল (গাম্ভীর্য্য) কনবা তপথবা মতুং ইন্না পর্ব্বাঙ্গগী শরুক খায়দোকই। মথক্কী খুদম— "নঙদা" লৈবীয়ু নাক্তা" হায়বা পর্ব্ব (পদ) অসি হায়দোকপদা 'নঙদা" হায়বসিদা কল্লপ হায়রগা "লৈবিয়ু" গী "য়ু" হায়বা মতাং অসিদা য়াম্নমক শোম্না হায়দোকই ঃ "নাক্তা" হায়দোকপদা অমুক স্বরগী শাফু খজিক্তং অমা ফাওরকই অমসুং অহানবগী খোম্থোক্কী ইহুল (impulse) অমগী ঈচেলতু লেপই। "নঙদা লৈবিয়ু নাক্তা" হায়বা অসিনা শৈরেংগী পর্ব্ব (পদ) অমা শারি।

অসুম তৌনা পর্ব্বাঙ্গ অনি নত্রগা অহুম্না পর্ব শারকপদা স্বরগী ইহুলগী কনবা শোম্থবা মতুং ইন্না পর্ব অনিগী মন্নুংদা হায়দোকপগী তনিকপা খোঙচৎ অমা থেংনগনি। অসিগুম্বা তনিকপা ইহুল অসিনা ছন্দগী থরায়নি। অসিগুম্বা ইহুল অসি য়াওবদগী পর্ব্বনা শৈরেংগী

কায়াৎ ওইরকই অমসুং অনৌ অনৌবা ভাব কোংদোকই। ম্রাহৈশিংগী খোঙ্গোক না°শা°দা ভাবমক্তদা ভাবকী ইহুল অমা ফাওই অমসুং রস পোকহল্লকই।

## মাত্রা (Mora)

(১৬) মণিপুরী ছন্দগী হিসাব পুন্নমক মাত্রাগী মতুং ইননা লেপই। মাত্রাগী মঙুংগী অর্থদি duration মতমগা মতমগী চাংগনি।ময়েক খুদিংগী উচ্চারণ তৌবদা মতম কয়া চঙবগে হায়বদুগী মতুং ইন্না মাত্রাগী চাং লেপই। অতুবু চুম্নগী ময়েক খুদিংগী খোঙ্গোক্কী চাংনা মাত্রা লেপ্পা য়াদে। হায়দোকপা মতমদা ওইরকপা মতমগী চাং মতুং ইন্না মাত্রাগী কূপশিনবা মশক লেপই। অয়াম্বা মতমদা হ্রস্বনা মাত্রা অমা দীর্ঘনা মাত্রা অনি অসুম্না চৎনরি। করি করিগুম্বা মাত্রা অহুমগী দীর্ঘ ফাওবা লৈবা য়াওই। দীর্ঘ অক্ষর হায়বদা হ্রস্বগী খোঙ্গোক্কী শরুক অনি চপচানা য়াওই হায়বা নত্তে। দীর্ঘ অক্ষর অসি হায়দোকপদা হ্রস্বগী খোঙ্গোক্কী শরুক্তগী খরা হেন্না চঙবা ওইনা তৌই। অসিনা খরা হেন্না মতম চঙবা ময়েকপুনা দীর্ঘ, খরা অতাবা অহুবুনা হ্রস্ব (অতেনবা) ময়েক হায়না কৌনবনি।

সংস্কৃতনচিংবা লোন্দদি করম্বা ময়েক্কী মাত্রা কয়া য়াম্না ওইগদগে হায়বদুগী লেঙবা য়াদ্রবা নিয়ম লৈরি। মণিপুরীদদি অসিগুম্বা অচেৎপা নিয়ম লৈতে। ময়েক্কী মকম অমসুং ছন্দগী মওং মতুং ইন্না মাত্রাগী চাং লেপই। মতাং অসিদা বাংলা লোনগা মণিপুরীগা নকশিন্নবা খরা লৈ। ময়েকনা শাংলপ হায়বা অমসুং তেল্লপ হায়বা অসি মতাং মতাং অমসুং ছন্দগী শকওং অহুনা লেপই। হ্রস্বতবু ওইরবদি মাত্রা অমা, দীর্ঘতবু ওইরবদি মাত্রা অনি ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। 'তশেংব-মকসু মণিপুরী ময়েকশিংদদি সংস্কৃতনচিংবা লোন্দা তৌবগুম্না অতেনবা অশাংবা (হ্রস্ব দীর্ঘ) হায়বা অতুক কন্না লৈতে; অনেম্বা অরাংবা হায়বা খোঙ্গোক্লুম হায়দোকপদা হেন্না মরু ওই-মসিমক্কীদি মাত্রাগী মতাংদদি

নৈনরুবা দরকার লৈতে। মরম অসিনা মাত্রাগী মায়কৈদা য়েংলুবদি মণিপুরী খোম্লোক্লৌদি অচংপা ক্রায়দবা নিয়ম লৈতে। চংলিবা ছন্দগী শকওং (Pattern) য়েংদুনা ময়েক্কী নত্রগা খোম্লোক্কী মাত্রা মশীং লেপ্পা ভাই।

১৪। অতেনবা স্বর (হ্রস্ব স্বর) অমা হায়দোকপদা চঙবা মতমগী চাং অহু মাত্রা অমনি হায়না লৌই। অশাংবা স্বর (দীর্ঘ স্বর) গী ময়েক অমবু মাত্রা অনিগী চাংনি হায়না লৌই।

সংস্কৃততদি হ্রস্ব স্বর মথৈ লঘু অমসুং দীর্ঘ স্বর মথৈ গুরুনি হায়না খঙনৈ লঘু গুরু হায়বসি উচ্চারণগী অনেম অরাংবু খঙনবনি সংস্কৃত রাহৈশিংবু উচ্চারণ নীংথিজনা তৌননবা সংস্কৃত ছন্দদা হ্রস্ব অমসুং লঘু, দীর্ঘ অমসুং গুরু হায়না মান্নবা লৌবনি মণিপুরী উচ্চারণদদি অসিগুম্বা নিয়ম লৈতে। হ্রস্ব স্বর মথৈ লঘু ওইগনি, দীর্ঘ মথৈনা গুরু ওইগনি হায়বা অক্করুবা নিয়ম লৈতে। তশেংবম্বু হ্রস্ব (short) অমসুং লঘু (light)— অনি অসি অর্থ মান্নদে; অম্মুম্না দীর্ঘ (long) অমসুং গুরু (heavy) অনি অসিম্বু তোঙান তোঙানবনি। হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘনা ময়েক্কী মতমগী চাং খঙহল্লি। লঘু অমসুং গুরুনা ময়েক্কী খোম্লোক্কী অরাম অয়াংগী মশক ভাকপনি। মণিপুরীদদি রাহৈগী অর্থগী মতুং ইন্না ময়েক নত্রগা অক্ষরগী উচ্চারণদা অরাম অয়াং খায়রি।

মথক্তম্বু নৈনখ্রে—মণিপুরী ছন্দদদি দীর্ঘ স্বর মথৈদি মাত্রা ২। ২ ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। অয়াম্বা মতমদা হ্রস্ব স্বরগা দীর্ঘ স্বরগা মাত্রা মান্নবা লৌরি। দীর্ঘ স্বরবু উচ্চারণ তৌবদা চপচানা অশাংবা (অচিংবা) অমা য়াওবহু মতম অয়াম্বদা য়াওদে হায়না লৌবা য়াই। করি করিগুম্বা ছন্দগী মশক মতুংইন্না অতেনবা স্বর কাওবা চিংথোক্তুনা হায়রকপা য়াওই। অসিনা ছন্দগীদমক্তদি মণিপুরী লোনগী হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘদি রান্নমক মরুওইবা নত্তে হায়বা য়াই।

(১৫) ময়েক্কী (অক্ষর) অমুম তৌবা মাত্রা খেননরবপসি খোম্লোক্কী খোঙথাং (গতি— speed, tempo) খেননবগী মতুং

ইননা থোকপনি। থোঙথাং মরম অহুম্নি— অথুবা (দ্রুত), ময়ায় ওইবা (মধ্য) অমসুং অতপপা (বিলম্বিত)। ময়ায় ওইবা খোঙথাংনা হায়দোকপদা খ্বাইদগী হেন্না চুনৈ অমসুং অয়াম্বদসু চৎনরি। স্বরগী ঙৈশিনবা (স্বারাঘাত) থোকপা মতমদা অথুবা খোঙথাং থোকই। ঈংনা লেন্না চিংহুনা হায়দোকপা মতমদা অতপ্পা খোঙথাং ওইরকই। অথুবা অমসুং ময়ায় ওইবা খোঙথাংদা ময়েকী মাত্রা চিংথোক চিংশিন থোইনা লৈতে; চাউরাক্লা অক্ষর (syllable) গী মাত্রা খোঙচৎনা অহুম পুহুনা চৎলি। অহুবু অতপ্পা লয় (tempo) দদি ময়েক খুদিংমকী মাত্রা থীবা ভারকপগুম্বা অমসুং করিগুম্বদা চিংথোকপা কাওবা ওই রকই। খুদম —"মতম" হায়বসি মাত্রা অনিনি ; "তুংদা" হায়বসি চুন্না হায়দোকপদা মাত্রা অনিনি। অহুবু —"মতম কুইনগী তুংদা/লেং-শিল্লকলে ইমা মৈতৈ চনু/মৈতৈ-সাহিত্য মন্দির মথুংদা" (কমল) হায়বা শৈরেং মতেক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা "মতম" অমসুং 'তুংদা" হায়রিবা অসিদদি মাত্রা ৫/৩ লৈগনি। মরমদি শৈরেং মতেক অসি পাবদা চিংনা ঈংনা অমসুং লেন্না অতপ্পা খোঙথাংদা পাবগুম্বা মওং অমদা চথগনি।

খোঙথাংগী কুপশিন্না নৈনবদা অহুম অসিগী মনুংদসু অমুক ময়ায় ওইরপ তপ্পা, য়াম্নমক তপ্পা (অতি বিলম্বিত), য়াম্না থুবা (অতি দ্রুত) অসিনচিংবা কয়ামুকসু ছন্দ শাস্ত্রদা পুশিনৈ পুম্নমক অসি পুশিল্লরুগা য়াম্নমক মতাং চাকাত্তনা কুপশিনখিবা তাবনা মণিপুরী ছন্দগীদমক্তি চাউরাক্লা দ্রুত, মধ্য অমসুং বিলম্বিত হায়হুনা খোঙথাং অহুমগী মশক অসিনা অসুম চৎনবা য়াগনি। ভশেংবসু অতপ্পা লয়দি য়াম্না তোয়না শিজিন্নবসু নত্তে। ময়ায় ওইরপ্পা অমসুং অথুবা খোঙথাং অনি অসিনা মপুং ওইনা চৎনরি।

### স্বরাঘাত (Stress)

(১৬) মথক্তা স্বরগী গাম্ভীর্য্যগী মতমদা নৈনখ্রে। রাহৈ খুদিংগী হায়দোকপদা অহানবা স্বর ময়েকী খোম্থোক অসি কল্লপ ভৌনা

হায়দোকই। করিগুম্বা মতমদা ৱাহৈ পরেংগী মতেক অমগী তোপতোপ্পা মফম অমদা অতৈদগী খরা কল্লপ তৌনা খোম্থোক উৎপা স্বরনা খরনা কন্না ফুজিনবা থেংনৈ। অসিগুম্বা স্বরগী গাম্ভীর্য্যগী অহেনবা মশক অসিবু শ্বাসাঘাত নত্রগা স্বরাঘাত (stress) কৌই।

চুম্নগী হায়দোকপদা ওইবা খোম্থোক্কী চাং অতুদগী খরা হেন্না কন্না উচ্চারণ তৌবা মতমবা অসিগুম্বা স্বরাঘাতকী মশক অসি উবা ফংই।

/ /

নোং ও। চুথরো

/ /

লাংজিং মতোন। থ ুম্বহৎলো

/ /

পাশোয় নূরাবী। তাউথরো

/ /

উনম্ব পাগ্রং। খুঞ্জরো —নোংলাউ ঈশৈ

মথক্কী অসিদা খুদম (/) অসি তৌরিবা অক্ষরগী শরুক খুদিংদা হায়দোকপদা খরা হেন্না কন্না হায়দোকই। অতুবু ৱাহৈশিং অসি মতম পুম্বদা অসুম তৌনা পাগনি হায়বদি নত্তে। মথক্কী ছন্দগী মওং অসিদা ওইরকপা ছন্দগী মশক অমত্তনি।

১৭) স্বরাঘাত অসি থোকলবদি খোম্থোক্কী চাং অসি থ ুজিললকই, অসিনা য়াম্নমক থ ুনা উচ্চারণ তৌবা তাই।

অসুম্না উচ্চারণ তৌবা অসিদা দীর্ঘ ওইরকপনচিংবগী মওংগী মহুত্তা ময়েক অমা অনিনা পূনশিল্লগা মাত্রা অমা শারকপগী মওং ফাওবা লাকই। অতুগা অমুকস্তু দরকারগী মতুং ইন্নসু চিংথোক্কুনা ছন্দগী খোঙফমগা চাননবা শেম্নকপসু য়াওই। মথক্কী খুদম অসিদা য়াওরিবা "নোং ও" হায়বসি চুম্না হায়রবদি মাত্রা অনিদা ওইবসু য়াই। অতুবু মথক্কী অসিদদি মাত্রা মরি ফাওবা শুনা চিংথোক্লি। মতুংগী লাক্লিবা "লাংজিং মতোন" গী মাত্রা মরি অসিগা চানহল্লি।

অমুকন্থ "স্থরাবী" হায়বসি চুম্না হায়রবদি মাত্রা অহুম্নি—স্থ+রা+বী। অদুবু মথক্কী শৈরেং অসিদদি মাত্রা মশাং হেন্দনবা থুজিন্না মমাংগী ময়েক্কী স্বরাঘাতকা কোম্নবা মাত্রা অনিথক্কা হায়দোক্লি। মরমদি মথক্কী ময়েক্কী স্বরাঘাতকা কোম্ননা মাত্রা অনিথক্কা হায়দোক্লি। মরমদি মথক্কী ফোঙ ঈশৈগী ছন্দ ওইনা তৌবা স্বরবৃত্ত হায়রিবা ছন্দ অসিগী খোঙচংকী মাত্রাগী চাং অসি ৪+৩ নি' পুন্না ৭/৭ কী খোঙচংনি।

স্বরাঘাত অসি খোক্লবদি খোম্বোকী যন্ত্রগী মথক্কা শাফু অমা চঙলকপনা ভাইহাক্তং পোথাবা অমা চঙই। অসিনা পর্ব্বাঙ্গ অমদা অমুক্তগী হেননা অসিগুম্না স্বরাঘাত অসি তাবা য়াদে। মরমদি পর্ব্বাঙ্গ অমদা স্বরগী গাম্ভীর্য্যগী নিয়ম মতুং ইন্না হাইগংপা অমসুং কুমথবগী মতুং ইনবা নিয়ম অমা চংপনা অসিগুম্বা স্বরাঘাত অনিথক পর্ব্বাঙ্গ অমদা তারবদি নিয়ম অমা কায়গনি। মরমদি স্বরনা হাইথরকপনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক অমা লেপ্লিবনি। অসুম্না হাইথরকপগী মীকুপ্তা অমুকন্থ স্বরাঘাত অমগীদমক্তা হাইগংলবদি হায়গী পর্ব্বাঙ্গগী মতুং চনকম খোক্লে। অতোপ্পা অনৌবা পর্ব্বাঙ্গ অমা হৌরে হায়না খঙনগনি। অসিনা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চাউরাক্লা স্বরাঘাত অমমম্না পর্ব্বাঙ্গ অমমম শাগনি।

মণিপুরী ছন্দদা থ্রাইদগী য়াম্না তোয়না চংনবা স্বরাঘাত য়াওবা ছন্দগী মাত্রা মঙংসি ৪+৩ নি। পর্ব্ব অমমমদা মাত্রা ৭/৭ লৈ হায়না লৌগনি - পর্ব্বাঙ্গ অনি অনিনি। পর্ব্বাঙ্গ খুদিংগী হৌগংলকপা স্বরগী খোম্বোক্তা স্বরাঘাত তাই; মতুংদা ভাইহাক্তং হাইথরক্লনা পোথাবগী মওং লৌই। মথংগী পর্ব্বাঙ্গ হৌগংলকপদা অমুক অহানবা স্বরগী খোম্বোক্তা স্বরাঘাত তাই। অসুম্না মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী পর্ব্বাঙ্গ অনিনা মাত্রা ৭ কী পর্ব্ব অমা শারি।

## মণিপুরী ছন্দগী নিয়ম থরা

(৮) মণিপুরী ছন্দগী পর্ব্ব খুদিংদা মপুং ওইবা রাহি

খরা য়াওগনি। বাহৈ অমবু মচেং মচেং খায়দোক্লুনা পর্ব্ব অনিদা হাপ্পা য়াদে। খুদম—

নোংদম্বা বিথিনা, কপ্পবা শীন্দুনা তাইবং মীবু থারকলে (চাউবা) হায়বা পরেং (চরণ) অসিদা মাত্রা ৬/৬ কীনি হায়দুনা

নোংদম্বা বিথিনা/কপ্পবা শীন্দুনা/তাইবং মীবু থারক/লে

অদুম হায়না ছন্দগী মশক তাকপা য়ারোই।

মণিপুরী ছন্দদদি য়ারিমথৈ বাহৈ মপুং মপুংনা পর্ব্ব অমমমদা য়াওগনি। বাহৈ অমবু মচেং থুগায়দুনা ছন্দগী মওং লেপ্পসি চংনদে। ছন্দগী খোঙচত্তা করিগুম্বা অহেনবা বাহৈ থেংনরবসু মদু কবিনা লৈতেং ওইনা হাপ্লিবনি—মদু অদুম তোপ তোপ্পা কায়হন্দনা থমগনি নক্রগা মমাং নক্রগা মতুংগী পর্ব্বদা চঙহনগনি। মরমদি মাত্রাগী চাউরাকপা অকক্লবা মশীং অমা ছন্দ খুদিংদা য়াওরবসু বাহৈশিংবু খোম্থোক্তা চুপশিন্নবগী শক্তি অমা তোপ তোপ্পা মণিপুরী ছন্দদা লৈ। অদুনা করি করিগুম্বা মতমদা নীংতম্না মাত্রাগী চপ চাবা নিয়ম থুগায়না ইবা থেংনৈ। মদুনা কবিতাবু ফজহল্লি— ছন্দগী লৈতেং হাপই। খুদম—

শেমজদুনা শোম্নজদুনা/খিক্লুনা চাইদুনা=৮+৬
হৌরকলে চাউরকলে/লৈরাং শাংলকলে=৬+৬
থারসি লিংলসি/শল্লসি/থোরকলে ইমাসু=৬+৩+৬

হরাওজরে ঙসিদি। —সমরেন্দ্র

মথক্কী শৈরেং মতেক অসিদা চংলিবা মাত্রাগী খোঙচং অসি মপুং ওইনা ৬/৬ নি; ৮সু হৌবদা য়াওরি। অহুমশুবা পদদা "থারসি লিংলসি" হায়বা অসিদা "শল্লসি" হায়বা অমা হাপচিন্দুনা মাত্রা ৯গী পর্ব্ব অমা থোকহল্লি। অদুগা অরোইবা "হরাওজরে ঙসিদি" হায়বা মাত্রা ৭ কী পর্ব্ব অমসু হাপচল্লি। অসি ওইদুনসু পর্ব্ব অমদা বাহৈ খরা য়াওগনি হায়বা নিয়ম অসিমদি কায়হন্দে।

(১৯) পর্ব্ব খুদিংদা পর্ব্বাঙ্গ অনি নত্রগা অহুম লৈগনি। য়ামত্রবদা পর্ব্বাঙ্গ অমি লৈত্রবদি পর্ব্বগী মচুংদা করম্বা ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং ইহুল লৈরিবগে হায়বচু খঙবদা লুনা থোকই। খুদম—

খুম্নিদাংবাইরম ঃ য়োৌরক্লুনা
সনা অহিংবা ঃ মশেক্লা
ঊত্তোল ব্রাত্তোল ঃ লৈত্তেংদুনা
পোথারক্লে ঃ অঙানবা ঃ নোংচুপ্তা। —কমল

মথক্কী খুদম অসিদা পরেং অমমমনা পর্ব্ব নত্রগা পদ অমমম শারি। পর্ব্ব খুদিংদা পর্ব্বাঙ্গ ২/২ লৈরি—মহু খুদম (:) অসিনা তাক্লি। অরোইবা পর্ব্বদা পর্ব্বাঙ্গ অনি ওইনা "পোথারক্লে অঙানবা : নোংচুপ্তা" হায়না লৌবসু য়াই ; অদুবু অহুমথোক্লা মথকী অসুম্না লৌবনা হেন্না মওং তানা উই। অসিগুম্বা পর্ব্বাঙ্গ খুদিংদা অয়াম্বা মতমদা মপুং ওইবা বাহৈ অনি নত্রগা অহুমদি শোয়দনা য়াওই। বাহৈ অমতনা শাবা পর্ব্বাঙ্গসু লৈ।

(ক) পর্ব্বাঙ্গ খুদিংদা অয়াম্বা মতমদা মাত্রা অনি, অহুম নত্রগা মরি য়াওই। মাত্রা অমতগী পর্ব্বাঙ্গ লৈবদি য়াই—অদুবু তাঙনা য়াওই। মণিপুরী বাহৈসু অয়াম্বা মতমদা মাত্রা অমা, অনি, অহুম নত্রগা মরিগী ওাক্তনি। পৌরম্বা লৌবা তারবদি বাহৈ অমগা পর্ব্বাঙ্গ অমগা কোন্নবনি। অদুবু ছন্দগী মতুং ইন্না বাহৈ অনি নত্রগা অহুম্না তিন্নরগা শেম্বা পর্ব্বাঙ্গ য়াম্না য়াওরি। মথকী খুদম অসিদা বাহৈ অমগী অমসুং অনিগী পর্ব্বাঙ্গগী মশক উৎলি। মণিপুরী লোনগী মশক কুপ্পা য়েংলুরবদি বাহৈগী মরুদি অয়াম্বনা মাত্রা অমমমগী ওাক্তনি—খুদম, "থক", "চা", "পি", অসিনচিংবা। মসিদা বিভক্তি কয়া হাপচিল্লগা অমসুং বাহৈ মচেৎ কয়া মাঙদা তুংদা তোপশিল্লগা মাত্রা কয়ামরুম য়াওবা বাহৈগী মশক ওন্নকই।

(খ) মণিপুরীদা মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী পর্ব্বনা খায়দগী হেন্না য়াম্না তোয়না শিজিন্নৈ হায়বা তাই। মাত্রা ৭ অসি অমুক স্বরবৃত্ত ছন্দগী মওং লৌরকপদা অমুক মাত্রা ৪ অমসুং মাত্রা ৩ গী পদ অনি থোক্না শিজিন্নরকপস্থ য়াওই। থরনা অমুক অথুবা থোঙচত্তা ২/২ ফাওবগী পদ ওইরকপা য়াই। অচৌবা পর্ব্বশিংদদি মাত্রা ১০ য়ৌনা অমসুং করিগুম্বা ১০ দগী হেন্নবু ওইরকপা পর্ব্ব থেংনৈ।

মাত্রা ২ অমসুং ৩ গী পর্ব্বগী থোঙচৎতি—য়াংই, থুই অমসুং ভাবস্থ তয়াং তয়াংই। খ্বাংসাঘাতনা মপূং ওইবা ছন্দদা শিজিন্নৈ। খুদম—

/ / /

তোং | তোং | তোংদ্রুম্বী

/ / /

চক্কুক | নাক্কুক | চরাইবী॥

মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী পর্ব্বগী থোঙচৎতি ময়ায়নি—য়াম্নমকস্থ থুদবা য়াম্নস্থ তপতবা। মপূং ওইনা পয়ার ছন্দদা মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দ অমসুং লঘু ত্রিপদীনচিংবা ছন্দদা মাত্রা ৬/৬ গী পর্ব্ব শীজিন্নৈ।

পয়ার— মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লম্নদম্ন কৈদা লৈথ্রবা॥
তারেৎ শেঙ্গা ভিংদনা। নঙবু করম ফংসিবা॥

লঘু ত্রিপদী—লোংদম্না বিথ্রিনা। রূপনবা শোন্দনা
তাইবং মীবু থারকালে।
শুসিগী ঈপাক্তা/ৱাএগী ঈরৈদা
ঐথোয়না ঈরাক্লে॥

মাত্রা ৯ নত্রগা ১০ গী থোঙচৎতা ছন্দগী ইহুল য়াম্না তপা ঈংনা লেম্না চৎলি। পঙতোয় তোয়না শিজিন্নবদি নত্তে। মণিপুরী ছন্দগী অনৌবা শকফম অমনি।

মতম কুইনগী তুংদা, —৯
লেংশিল্লকলে ইমা মৈত চনু —১০
নৈনাইক ঙাক্লিনা-চক্লিব-মনুংদা, —১০
য়েন্দাই থনবা লৈ হাপতুনা —১০
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা। — ৯

মথক্কী খুদম অসিদা "মতম কুইনগী তুংদা" হায়বা পর্ব্ব অসি অক্ষর লোমদা পাররবদি ৭ খক্তনি; অদুবু চপচানা পাবা ডারবদি রাহৈশিংগী মাত্রা মশকসি ৩+৩+৩ অমুম্না মাত্রা ৯ না পর্ব্ব অসি শাহনবনা হেন্না মওং তাগনি। অমুম্না চিং চিংদুনা পাবকপদা মাত্রা মশীং হেনগৎলকপসি মরক মরক্তা থেংনৈ।

করিগুম্বদা মাত্রা ১২ ফাওবগী পর্ব্ব থেংনৈ। থরদি তাঙনা থেংনবনি

পুক্নিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাং হেক্তুনা —১২
লিংজেল য়ানবগী লংনা লেংদুনা —১২
থাঙবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্তুনা —১২
কংলুসিনে ইমাগী খুয়াদা -১০ [কমল]

য়েংগদবা – মণিপুরী ছন্দদা ৪+৩ গী খোঙচৎ অসিনা য়াম্নমক তোয়না শিজিন্নরবসু মাত্রা ৩+৩ গী ছন্দগী খোঙচৎসু থায়নগী শৈশক অমসুং শৈরেংদা থেংনৈ। খুদম হা ও হায়েং খোবীতেং লোইবীতেং। শিনগুঙৈ শাগুঙৈ। চবোইনা খোংদমঙৈ। য়াম্বীনা খোংথোকঙৈ। হুইথৌনা চীফেংঙৈ। কৈরেন্না য়াথোকঙৈ: (নহাইরোল)

মথক্কী খুদম অসিদা চৎলিবা শৈশকী ছন্দসি পর্ব খুদিংদা মাত্রা ৬/৬ নি। রাহৈ খুদিংদা মপুং ওইনা মাত্রা ৩/৩ লৈরি।

(২০) থ্রাম্বোককী নিয়ম মওং লোদুনা অমসুং ছন্দগী শক্রফম (pattern) গী মতুং ইনবা অক্ষর (syllable) গী মাত্রা মশীং লেপপা তাই।

মথক্কী নিয়মশিংদা হায়ারবা অসি ... । মণিপুরী ছন্দদা খোন্থোক অমনা মাত্রা অমা লৌবা হায়রবা অসি চংনরি। অসিগী লোন্দা ভৌবগুম্না দীর্ঘ ওইবা ময়েক অমদা মাত্রা অনি লৌগনি হায়রবা লৈতে। অদুবু দরকারবু লৈরবদি ছন্দগী মতুং ইন্না অক্ষরগী মাত্রাগী চাং অসি শাংদোকপসু য়াই ; তেনশিনবসু য়াই। হ্রস্ব ওইবা ময়েক ফাওবা পাবদা শাংদোক্লা পাবা য়াই—মাত্রা অমনা অনি ওইরকপা য়াওই। অদুগা অমুক শৈরেং অদুদা অকরুবা মাত্রা মশীংগী ছন্দগী খোঙচৎ অমা লেপথ্রবদি ছন্দ অদু কায়দনবা হোৎনবদা শাংলবা মাত্রাসু শমজিনখিদুনা পাবা য়াই অদুগা ৱাংলম্বা মাত্রাগী শরুকসু চিংথোরক্লুনা মান্নবা হোৎনরকপা য়াই।

স্বরাঘাত ( stress ) য়াওবা ছন্দদা মাত্রা মশীং ককশিল্লকপা ভোয়না থেংনৈ। স্বরগী শাক্তগা কোন্নরবা অকরুবা তাম্থাদা চত্থরক্লপা ছন্দগী মশক অদু কায়দনবা ময়েক কয়াবুসু শায়জিনখিবা য়াই। অদুগা পাবা মতমদা ৱাহৈ অমবু মচেং মচেং থুগায়দুনা তোঙান তোঙানবা পর্ব নত্রগা পর্বাঙ্গ শেম্বদি মণিপুরী ছন্দদা কয়া চৎনদে।

(২১) ছন্দগী মশক তাকপা ( ছন্দোলিপি ) মতমদা অহানবা য়েংগদবদি চরণ খুদিংদা মাত্রা চপ মান্নবা পর্বনা শাগৎলিবরা নত্রগা তোঙান তোঙানবা মাত্রা মশীংগী পূনশিন্নবা চরণগী মশক ওইরিবরা হায়বদু য়েংগদবনি। অসি খঙলবা তুংদা অহানবা পর্ব বিভাগ ( পর্ব্ব খায়-দোকপা ) ভৌগদবনি। ৱাহৈশিং অদু পাথরকপদা অর্থগী মতুংইন্না চাউরাক্লা অদুম পর্ব্বগী খায়দোকপগী মশক খঙগনি। মতুংদা পর্ব্বশিংদা মাত্রা কয়া কয়া য়াওরিবগে হায়বদু য়েংগনি। মথংদা পর্ব্ব খুদিংবু অমুক চূনবা পর্বাঙ্গশিংদা খায়দোক্কদবনি।

অনিশুবা ছন্দগী মশক তাকপা অসিদা অকরুবা মাত্রা মশীংগী ছন্দগী মশক অমা থেংনরবদি দরকারগী মতুং ইন্না অক্ষরশিংবু তেনশিনবা অমসুং শাংদোক্লা হায়বা তাই। খুদম—

থাত্রাংলন। ঃ লেপলিঙ
মায়য়োক পাশী ঃ থ্রাংবরু
উবগ্রা দে।

চেংলৌ মিংকী ঃ মথক্তা
মখুলাই ঃ শিঙবদুবু
কঙায়নো দে। — কুমদমশৈ

মথকী শৈরেং মতেক অসিগী ছন্দগী মাত্রাগী খোঙচৎ অসি ৪/৩ নি-লাইশিনবগী মতেক অসি তোপ্পা থম্লগা পাবদসু মতম পুম্বদা ছন্দগী খোঙচৎ অসি কায়হনবা য়াদে। অসিনা "মনু লাই" হায়বসি মাত্রা ৩ ওইবগী মহুত্তা মাত্রা ২+২ ওইহল্লি-থম্না চিংনা হায়হুনা অতুগা "শিদনহুবু" হায়রিবা অসিদা য়াওরিবা মাত্রা ৫ অসি শায়জিল্লা হায়খিহুনা মাত্রা ৩ ওস্থোকপা তাই।

অসিনা মণিপুরী ছন্দগী মশক তাকপা (ছন্দোলিপি) মতমদা খ্বাইদগী হন্না মরু ওইরিবসি শৈরেং অহুদা অকরুবা মাত্রাগী ছন্দ অমসুং কোন্নবা পর্ব্বনা মপুং ওইনা পুবরা হায়বসিনি। চুম্নগী খোম্থোকী পাম্বৈনা অক্ষরগী মাত্রাগী মশীং লেপ্পা ঙমদে—ময়েকী অশাংবা (দীর্ঘ) অমসুং অতেনবনসু (হ্রস্ব) মাত্রাগী চপচাবা চাং থঙহনবা ঙমদে।

(২২) পর্ব্বগী অহৌবা শরুক অহুগী মমাংদা অহুগা করিগুম্বদসু মরক্তা ছন্দগী অহেনবা ৱাহৈগী শরুক (hyper-metric) অমা নল্লগা অনি হাপচিনবা য়াওই। মখোয় অহু ছন্দগী মশক লেম্নদা য়াওরোই।

(ক) পাঙরিবী লৈপাকালমি। মথনতগী মপ্রৌনানা
হে পাম্রংশা! থ্রোওইদবা তোগবু। পাঙল শোনবীবি হায়দুনা
—কমল

(খ) অদুগা —

পাম্মুবী ক্রাওরবরা অদ্ ৌ
কেগে ম্নাইরাং হরাওঁ
চীংখুবগী মম্নোম্নোই
অমত্তা পোকপী থাদোইনা
শাবী ম্নৌত্তে লাংবগা
লাংম্নিনবা লৈরাংদা
লৈরাং লফম ক্রায়দরি

শাংলিদো — সমরেন্দ্র

মথক্কী খুদম অনি অসিদা "হে পাথংশা", "অদুগা", "শাংলিদো" হায়বা অহুম অসি ছন্দগী অহেনবা শরুক (hyper-metric) নি।

(২৩) ছন্দগী মশক পুথোকপা (scanning) মশক অমনিদং খুদমগী মশক ওইনা মথাদা পীরি। খুদম (:) অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক তাকপনি খুদম (।) অসিনা পর্ব্বগী মফমনি অমসুং খুদম (।।) অসিনা অরোইবা খঙনবনি।

**ইরৈপাক : ইরৈপাক। উজদ্রি : নংগুম্না**

**নংগুম্না : নুংশিবা। পুকনিংগী : পেননবা॥**

**নোংপোক্কী কোম্নৌ : খোংথাক্রম। ভারতকী শম্নজি : লংদাইক্রম**

**প্রকৃতি : ইম্নাগী : খুংঙাইবা : শাননক্রম।**

**চাকলবা : থম্মোই। ভরাবা : কোকনক্রম॥ দরেন্দ্রজিৎ**

মথক্কী খুদম অসিদা পর্ব খুদিংদা মাত্রা ৬ (৩+৩) গী ছন্দনা মপুং ওইনা লৈরি। পর্ব্বাঙ্গ অমদা মাত্রা ৩ না শারি। অহুমশুবা পরেং অসিতদা মাত্রা ৮ (৫+৩) গী পর্ব্বগী খোঙচং অমত্তং থেৎচল্লি অদুবু মপুং ওইনদি ছন্দ অসি মাত্রা ৬/৬ গী পর্বগী ছন্দগী খোঙচংনি। হায়না লৌগনি। ছন্দ অসিদা থোইদোকপা মাত্রাগী চিংথোক চিংশিন লৈতে। ময়াম ওইবা লয় (মধ্যলয়) দা পাগনি।

খুদম অমগা অমুক য়েংসি—

থাপনা উরিবা চীং অসি | ওম্থোক্না ফাঁজদা
নোনা পুক্লিং হুনা | নিংথিদা।
ঈংনা লিক লিক | লাউইদা।
শংবানবা অভিয়াম্নকপুস্মু | নক্কংলিদা॥

—কমল

মথক্কী খুদম অসিদা চংলিবা পর্ব্ব অমসুং পর্ব্বাঙ্গগী মাত্রাগী শরুক অসি ইয়ান য়াম্নরে। "থাপা উরিবা চীং অসি" হায়বা পর্ব্বদা মাত্রা ৮ অমসুং "শংবানবা অভিয়ামকপুস্মু" হায়বা অসিদা মাত্রা ১০ অমসুং অতৈদনা মাত্রা ৬, ৪ অমসুং ৬ গী ফাওবা য়াওনা পর্ব্ব অমমম শারে। অসিমকপু ছন্দগী মওং অনদি কায়দনবা অহৌবা পরেংগা অরোইবগা চাউরাক্না মান্নবা অমসুং ময়ায়গী পরেং অনি অসিমা মান্নবা চংনবা হোংনবগুম্বা মওং অমসু উরি। মাত্রা মশীংদা চপ চপ মান্নদ্রবসু হায়দোকপগী ছন্দ অমদি নকশিন্নবগুম্বা অমা থেংনরি। ছন্দমক্কী থোঙ-চংসু খরা চীংলেম্না ঈংনা চংপনা মাত্রা ৩ অমসুং ৬ কী পর্ব্ব য়াওরবসু মাত্রা ৮ অমসুং ১০ না মপুং ওইনা পুহনা চংলি। মথক্কী খুদম অসিসু খরা কুপশিন্নকপা মণিপুরী ছন্দগী মশক্নি। অসিমকসু অমুক মাত্রা অসি খরা চিংথোক-চিংশিন তৌরবদি নাকোংদা তাবদা অমুকসু হেন্না মুংঙাইগনি—

‖ ০ ০০০ ০০ ০০ ০০০ ০০০
থাপনা উরিবা চীং। ওম্থোকনাঃফাঁজদা।=(৬ + ৪) + (৬ + ৬)

০০ ০০ ০০ ০০০
নোনাঃপুক্লিং হুনা। নিংথিদা।=(২ + ৪) + ৩

০০ ০০ ০০ ০০০
ঈংনাঃলিক লিক। লাউইদা।=(২ + ৪) + ৩

০০০০ ০০০০০০ ০০০০
শংবান্নবাঃঅভিয়াম্নকপুস্। নক্কংলিদা॥=(৪ + ৬) + ৪

য়েংগদবা ঃ—খুদম (।) অসিনা মাত্রা অনি খণ্ডনবনি; খুদম (॰) অসিনা মাত্রা অমা খণ্ডনবনি। য়াহেগা মরক্কী খুদম (.' অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক তাকপনি।

মথক্কী অসুম হায়না ছন্দগী মশক তাক্লবদি পাবদা খরা হেন্না ছন্দগী চুনবা মশক থেংনগনি। মরম অসিনা ঐথোয়না খণ্ডগদবদি—কবিগুম্বা অককনবা নিয়ম অমগী মতুংইননা অক্ষরগী মাত্রা অস্ক ওইগনি হায়বা অপেপ্পা লৈতে; পীরিবা ছন্দ অদুগী মতুংইননা মাত্রাগী মশীং কোবনা লেপকনি। মসি মণিপুরী ছন্দগী কাউবা য়াদবা মশক অমনি।

## চরণগী লয়

(২৪) মথক্তা ছন্দগী খোঙচৎ (গতি) গী মতাংদা খরা নৈনখ্রে। অসিগুম্বা খোঙচৎকী মতুংইন্না অক্ষরশিনা চরণ অমদা পুনশিল্লকপনি। অসিনা মণিপুরী শৈরেংদা পাবগী খোনহায়গী (উচ্চারণ) মশক্তা কুপ্পা য়েংশিনগদবনি।

অমুকসু অক্ষরশিংগী খোঙ্খোক্তসু নত্তনা চরণ খুদিংগী তোপ-তোপ্পা লয় অমা লৈজে। অসিগুম্বা লয় অসি তাননবা তোঙান-তোঙানবা ময়েকশিংগী মতাং চানা লৌশিনবা অমসুং লৌথোকপা দরকার ওই। মতু মশানা অত্তুম শৈরেংশিং অতুদা য়াওজরকই।

চরণগী লয় মখল অহুম্নি—দ্রুত (অথুবা) ধীর (অত্তপ্পা) অমসুং বিলম্বিত (য়াম্নমক চিংনা তপ্পা চৎপা)। মণিপুরী ছন্দগী অয়াম্বা মশক্তি দ্রুত অমসুং ধীর লয়দনি; বিলম্বিত লয়গী মশক পঙনা থেংনদে। অদুবু ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। খুদম খরদং য়েংসি :—

(ক) দ্রুত লয়গী চরণদা হন্না হন্না স্বরগী যুজিনবা (accent) অমা য়াওই। মসি থোক্লবা হায়দোকপদা থুনা থোকদবা অক্ষরগী মতেং লৌই অমসুং পর্ব্বগী মাত্রা মশীংসু য়ামহন্দে। খুদম—

/ /

[illegible]

/ /

লাংজিং মতোন থুমহৎলো

/ /

পাশোয় ঋুমাবী | তাউথরো

/ /

উনম পাথ্রং | খুঞ্জরো —নোংলাউ ঈশৈ

(খ) ধীর লয়গী চরণদা অক্ষরগী খোম্থোক্তা ময়ায় ওইবা চাংদা চংলি। অসিগুম্বা চরণদা উচ্চারণ তৌবা অক্ষর পূম্নমক চুম্নগী ভাঙন শানবদা তৌবা মওংগা মান্নবা (স্বভাবমাত্রিক) লঘু অমসুং গুরু অক্ষর শীজিন্নৈ।

চেষ্টুরি মতমগী ঈচেল। অপনবা লৈতনা॥
রাত্তনা মতমগী লোক্তগী। ঈরম কয়া ওইনা॥

— নবদ্বীপচন্দ্র

(গ) মণিপুরী ছন্দদা চপচাবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না বিলম্বিত লয়গী চরণদা লঘু অমসুং বিলম্বিত অক্ষর শোয়দনা লৈগনি হায়বা নিয়মদি লৈতে। অদুবু অক্ষরগী খোম্থোক্তা চিংনা লেম্না অমসুং ঈংনা হায়বা মশক থরা য়াওবা চরণ থেংনবনা মথোয় থরসি বিলম্বিত লয়গী চরণনি হায়না লৌবা য়াই। খুদম—

লৈ থিন্নবগীদমক্তা।

নত্তে। অথ্রাপপা উমংদা চৎক্রদবা॥
নত্তে। অরাংবা উপাল কাগদবা॥
ইনক্র নকপদা। খুৎনা লাম্না ক্রংবা।
থিরুসি পুকনিং লৈক্রোন্দা॥

মথক্কী চরণশিং অসিদা অক্ষরশিং অসি হায়দোকপদা ঈংনা অমসুং চিংনা মচা তানা উচ্চারণ তৌবগুম্বা অমা থেংনগনি। অদুনা চংলিবা

গতি অসিনা ৬াঙন শানবদা চৎলিবা ছন্দগী থোঙচক্তগী খরগা হেন্না তপনা চৎলি। অসিনা বিলম্বিত লয়গী চরণশিংনি হায়না লৌবদা থোইনা কায়দে।

## চরণ ( Verse )

(২৫) পর্ব্বদগী হেননা শাংবা ছন্দগী বিভাগকী মশকপু চরণ ( Verse ) হায়না খঙনৈ। অয়াম্বা মতমদা চরণ খুদিংমক তোঙান তোঙানবা পরেং (line) অমমমদা ইনৈ। করিগুম্বদা চরণ অমবু পরেং কয়াদা শেমদোক্লুনা ইবা থেংনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা ত্রিপদী ছন্দদা চরণ অমবু পরেং অনিদা ইরি - ভুশেংবদি পরেং অমিমক চরণ অমতগী শরুক্তি। অসিগুম্বা পরেংগী অরোইবদা মতেক ওইনা লেপ্পগী খুদম কোমা ( , ) সেমিকোলন ( ; ) নচিংবা হাপই অমসুং অরোইবা খঙনবা চৈথৈ ( । ) দি হাপতে।

চরণ খুদিংমক্তা পর্ব্ব খরা অমসুং অরোইবদা চৈথৈ ( । ) হাপই। চরণগী শকতম অতুগী মতুং ইন্না ছন্দগী মশক ( pattern ) অদু চপ চানা খঙবা ঙমই। পর্ব্বগী মশীং অসি চাউরাক্লা অনি, অহুম নত্রগা মরি ফাওবা য়ৌই। করিগুম্বদসু পর্ব্ব অমতনা মপুং ফাফাত্তবা চরণ অমা শারকপসু থেংনৈ। অদুবু অসিগুম্বা চরণ অসিদি করিগুম্বা মওং অমগী স্তবক ( stanza ) থোকহল্লকপদা চঙলকপনি। পঞ্চপদী (পদ মঙা চংপী ) চরণ ফাওবা মণিপুরী ছন্দদা থেংনৈ; য়াম্নমক তোয়না শীজিন্নবদি নত্তে। করি করিগুম্বদসু ভাবকী ফোংদোকপগী দরকার মতুংইন্না অকরুবা পদ মশীং ইন্দনা পর্ব্ব ৬ নত্রগা ৭ .। অমসুং অসিদগীসু হেনবা পদ মশীংনা চরণ শাবা থেংনৈ। অদুবু নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চত্থদবনা অমসুং শাংনিংবদা শাংদোকখিবগুম্বা অমা থেংনবনা পর্ব্ব অসুকী চরণ মখলনি হায়না লেপ্পদা লুই। অসিনা চাউরাকনা পর্ব্ব নত্রগা পদ মঙা ফাওবগী চরণ অসি ফাওবদং লৌবনা খুদোং চাবা ওইগনি।

(মথক্তা পৰ্ব্ব অনিগী ( পয়ার ), লঘু ত্রিপদী, চৌপদী অমসুং পঞ্চপদীগী মশক অমসুং খুদমশিং নৈনখ্রে। মতু য়েংশিল্লগা চরণশিংগী মশক অমা কৃপশিন্না খঙবা ঙমগনি )

## স্তবক ( Stanza )

(২৬) অকক্লবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চরণশিং পুনশিন-নরকপগী মশকপু স্তবক (Stanza) হায়না খঙৈ। অয়াম্বা মতমদা মমৈগী না-পু তাবা মান্নবা অমসুং ক্ষোংদোক্লিবা ভাব অতুগী লোইশিনবা অমগী মশকনা ( Stanza ) গী মশক লেপই। মমৈগী না-পু তাবা মান্নবগুম্বা চরণ অনিনা স্তবক অমা শাবা চংনৈ। মথক্তা পীখ্রিবা খুদমশিংসু অমুম্না চরণ অনি অনিনা স্তবক অমা শাবা থেংনগনি। অদুবু হৌজিক্কী সাহিত্যদদি চরণগী অরেপ্পা মশীং অমা কক্তনা পরেং মশীংগুম্বদা মান্নহন্নবা হোৎনবা মওং কয়ামুকসু থেংনৈ। স্তবক খুদিংদা চরণগী অরেপ্পা মশীং কক্তে; করিগুম্বদা অনি, অহুম নত্রগা মরি ফাওবা য়াওহল্লি—দরকার লৈরগসু চরণ অমনা স্তবক অমা শাদে। ককপসু য়াওই। খুদম অমত্তং য়েংসি—

কদায়দা লৈথ্রে ইমা !
কেতকীগুম লৈনম চাউরম্বী !
নংগী পোমশাৎনবা মতমদা,
ঙাওথরৎলরকপা নচাশিংনা,
শাননবম্না মনিং মথ্রা তোনা।
কদায়দা লৈথ্রে ইমা।

থ্রংলবা অহিংদা থ্রাংলকপা,
বাঁশীগী বুংসিন্নবা থ্রাঙ্গেনগুম্না,
'ইমা লাকলে' হায়না কোবদা
চেনশিল্লকপদা মথোং থম্লাল তম্না,
পুকচেল অমত্তা ওইনা তিন্দুনা
'অমুক থকলগে, হায়দুনা। —কমল

মথক্কী (stanza) অনি অসিদা অহানবগী অসিদা য়াওরিবসি চরণ ও নি হায়না লৌবা য়াই অহৌবা অমসুং অয়োইবগী "কদায়দা লৈখ্রে ইমা" হায়বা অনি অসি চরণ অমমম্নি হায়না লৌবা য়াই। অনিশুবা stanza অসিদদি পরেং তরুকমক অসিনা চরণ অমা শারি অমসুং চরণ অমখা স্তবক অমগা চপ মান্ননা চংমিন্নরি। অসুম তৌনা মণিপুরী ছন্দদদি অয়াম্বা শৈরেংগী চরণ অমসুং স্তবক্কী মশক কুপ্না য়েংবদা চরণ মশীং অকরুনা থম্বগী মহুত্তা স্তবক খুদিংগী পরেং মশীং মান্নহন্নবা হোৎ-নবনা হেন্না মপূং ওইনা থেংনৈ পরেং মশীং চপ চপ মান্ননবা হোৎনবা stanza গী মশক্তি তোয়না থেংনৈ। অকরুবা চরণ মশীংনা stanza অমমম শানানবদি থেংনববুদি ফনা য়াম্না থেংনৈ। অদুবু মসোমদা কন্না য়েংশিন্নি হায়না লৌবদা খরা লুই। মায়কৈ অসিদা মণীপুরী ছন্দগী তোপ তোপ্পা নীংতম্বগী মশক অমা থেংনৈ হায়না লৌবা য়াই

মমাংঙৈদদি স্তবক অমগী মন্থুংদা লৈবা চরণশিংগী মশীং মান্নবদসু নত্তনা পর্ব্বশিংগী মশীং অমসুং মশকসু মান্নরমই। হৌজিক্তি নীংতম্না য়াম্না থেংনরে (স্তবক অমসুং চরণগী কুপশিন্না নৈনবা মশক্তি মথাগী "স্তবক অমসুং চরণ" হায়বা মতাংদা য়েংউ)

## মিত্রাক্ষর (Rhime) অমসুং আমিত্রাক্ষর ছন্দ

মথক্তা ঐখোয়না থেংনখ্রে—মণিপুরী ছন্দদা য়াওরিবা চরণশিংগী অরোইবদা অমসুং করিগুম্বদা মরক্তসু য়াওরিবা পর্ব্বাঙ্গশিংগী অরোইবদা না-পু তাবা মান্নবা (মিত্রাক্ষর)। মণিপুরী সাহিত্যদা কুনশুবা খৃষ্টগী শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা ইরকপা শৈরেংশিংদা হায়রিবা না-পু তাবা মান্নবগী মশক অসি খরা কুপশিন্না ঙাক্না চৎনবা হোৎনৈ। থোইদোক্তসু চাউবা, নবদ্বীপ, কমল, দরেন্দ্রজিৎ অমসুং অঙাংহলনটিংবগী শৈরেংশিংদা হায়রিবা মিত্রাক্ষরগী শরুক অসি নীংথিজনা ঙাক্নবা হোৎনৈ। থায়নগী শৈরেংশিংদসু য়াওদবা নত্তে, অদুবু চপ চাবা পন্নারগী মশক অমা

তাইন্না পুখোকপগী শরুক্তি থরা রাংলি। চরণগী অমসুং স্তবক (stanza) কী অশাংবা অসি নীংতম্না শীজিন্নবগী খুদম কয়ামুক থেংনবনা হায়রিবা মিত্রাক্ষরগী মশক অসি মমুংছন্নদি চেন্নবসু লোংনা হেক য়েংবদা ময়েক শেংনা উবা হায়বতু থরা রাংনা উই। অদুবু ঈশৈ ওইনা শকপগুম্বনা মপুং ওইবনিনা মমৈগী না-পু তাবা আদ মান্নত্রগসু নাকোংদা চঙলকপদা থুন্না থোক্কে। থায়নগী শৈরেংগী খুদম অমনিদং য়েংসি—

(ক) চৌংঙু খোইমোম লাইনিংথৌ
ইনুং ঙাল্লে য়াওল্লে,
হাওৱি মোংপোক পাংবদা
সনা চৌংদোম পোক্লগী
মশেক মঙাল মোয়নদা
মঙাং গুরু চাকরায়াৱে।
ক্ৱোরৌ মোংদোল ঙাল্লকাত্রে। —য়াকৈবা

(খ) জয় য়াইফরেন য়াইফথোইবা
রঘুবংশ শাগৈ পুম্নমক্কী
লাইপক থেল্লাই থোঙদা
শীংলেন চন্দন লৈরু ওইনরিবা
চৌংঙু লীকলাং সুমেরু
দশরথ নিংথৌ মপারি
দাশরথি–অহেনবা
পালেম মমা পোকমাবী
সতী কৌশল্যা অহেনবীনা
আনন্দ থুংঙাইনবা। —কৃত্তিবাসী রামায়ণগী মতাং অমা

(গ) খিং খ্রিং লোজসে
পানা লোজসে।
য়াওরোদগী শঙাইনা
মচা কেক্রু থোক্তরি
মনা হুমাই শাদল্লি। —লাইপাথৌ লাইনুরাগী পাউরোশে।

মথক্কী খুদম অহুম অসিদা অহানবগী শৈরেং অনি অসিদদি মিত্রাক্ষরগী শরুক অসি কয়া ঙাক্তবা উরি—ছন্দগী ঈচেল অসি মাত্রা ৭/৭ কুম্বগী মপুং ওইনা চৎপা থেংনরি। অদুবু না-পু তাবা মান্নবগী মশকসু ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। মপান্দা ময়েক শেংনা য়াওদবতনি। অহুমশুবা খুদম অসিদদি মিত্রাক্ষর অসি ময়েক শেংনা য়াওরে। অসুম তৌদুনা থায়নগী ঈশৈ ওইনা শরুকশ্বা কয়াদা না-পু তাবা মান্নহনবা অসি তোয়না থেংনৈ।

কবিতাগী থরায় ওইরিবদি ছন্দনি—মিত্রাক্ষর অসি নত্তে। তোঙান তোঙানবা মাহৈশিংনা পুনশিন্নরকতুনা চরণ অমদা থোকহল্লিবা ছন্দগী মশক অমসুং ইহুল (Rhythmic pattern) অদুনি মপুং ওইরিবদি। ছন্দগী ইহুল অদুবু কায়দ্রিমথৈদি নাকোংদা তাবদা থুন্না থোক্কনি অমসুং অতাবদা রস পোকহন্দুনা শৈরেংগী মশক লৌগনি। অদুবু না-পু তাবা মান্নহনবা অসিমসু ছন্দ অদুগী মশক থোকহল্লকপদা দরকার ইরে লৈত্তবদি নক্কে; মিত্রাক্ষর য়াওদ্রবগসু শৈরেং ইবা য়াই; অদুবু য়াওরগনা হেন্না ফজনা শৈরেংগী মশক থোকই হায়বসিমদি মণিপুরী শৈরেংশিংনা চপ চানা প্রমান তৌরি। না-পু তাবা হেক মান্নহল্লগা শৈরেং ওনবদি নত্তে— মিত্রাক্ষর হায়বসি তশেংবদি লৈতেংগী মশক্নি। অদুবু লৈতেং অসি য়াওবনা কবিতাগী মশক ফজবা হেঙ্গৎহল্লি অমসুং নাকোংদা য়ায়মক থুন্না থোক-হল্লি হায়বসিমদি শোয়দবনি। অসিগুম্বা না পু তাবা মান্নহন্দবা ছন্দগী পুন্নো নৌবা মশক অমা পুশিল্লম্বদি বাংলা সাহিত্যগী অমিত্রাক্ষর ছন্দ

পুখোক্লম্বা কবি মধুসূদন দত্তনি। মহাক্কী শৈরেংগী অনুবাদ তৌদুনা মণিপুরী শৈরেংদসু ছন্দসিগী মওং অমা পুশিল্লকুবা হোৎনরি। মসিমসু কুপশিন্না য়েংশিনবা য়াবা মশক অমনি।

অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মশক্তি মথক্তা নিংথিজমা নৈনখে। মসি তোপ তোপ্পা ছন্দগী মশক অমনি মিত্রাক্ষর ওইত্রগা হেক্তা অমিত্রাক্ষর ওইবা নত্তে; পয়ার জাতিগী ছন্দদা না-পু তাবা মাঙ্গহল্লগা হেক্তা অমিত্রাক্ষর ছন্দ ওইদে। মসিনবু ওইবা য়ারবদি থায়নগী মণিপুরীগী পেনাগী ঈশৈ কয়াসু ছন্দ অসিদা ইরমই হায়বা তারে না-পু তাবগী কয়া চেকশিল্লনদবনা। অদুগা অমুক পয়ার জাতিগী ছন্দগী মওংদা চল্লবসু হায়বদি অতৈ ছন্দগী স্বর বৃত্ত নত্রগা মাত্রা বৃত্ত ছন্দদা ইরল্লবসু অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসি ওইথোক্লোই।

মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মপুং ওইরিবা য়াকর্মদি—ছন্দ অসিদা অর্থগী কাংলুপ অমসুং ছন্দগী কাংলুপ অনি অসি পুন্না চৎমিন্নদবনি হায়বদি যতিনা ছেদকী মতুং ইল্লবনি। যতিগী খোঙচৎ অমদি কায়দনা অদুম চৎলগা ছেদকী হায়বদি অর্থগী খোঙচৎকী লেপকমদি তুরেনগী ঈচেল-গুম্না চেল্লিবা ইহুল অদুগী মতুং ইল্লা লেপনিংবা মফমদা লেপই। করিগুম্বদা শাংনা চৈহ্নে; করিগুম্বদা থেন্না লেপথোকই—অরেপ্পা লেপকম লৈতে।

অদুবু অসিগুম্বা ছন্দ অসি মণিপুরী শৈরেংগী য়াম্নমক চৎনরকপা মশক অমা হায়বদুদি ওইরকত্রি। হান্নগী ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মপুং ওইনা ছেদকা যতিগা পুন্না চৎমিন্নবা অদুনা হেন্না চৎনরি। অনৌবা শৈরেং থরদা মুক্তক ছন্দ ( Free Verse ) অমসুং গদ্য ছন্দ (Prose Verse) গী মশক লৌরকপা অসিনা মওং অমনি। অমিত্রাক্ষর ছন্দ কৌবা য়াদে। মরমদি পয়ার ছন্দগী মাত্রা ৭/৭ কী খোঙচৎ য়াওদে অমসুং অরেপ্পা লৈতনা চেন্থরকপা অর্থগী ইহুলগী শাফু অদু যতিগী শক্তিনা কাক্লিন্দুনা থম্বা অদু থেংনদে। অসিনা মণিপুরী শৈরেংদদি অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়বসি চপ চানা চৎনরে হায়বা য়াগ্রি।

# চরণ অমস্তুং স্তবক

মখক্তা মণিপুরী ছন্দগী মতাংদা খঙফম থোকপা খরা লৈনরে মণিপুরী ছন্দগী মপূং ওইবা মচাক্তি—পর্ব্ব অমস্তুং মাত্রা মাল্লবা নত্রগা চাউরাক্লা মাত্রা মাল্লবা পর্ব্বশিংগী পুনশিনবা চরণ অমস্তুং চরণশিংনা শাগৎলকপা স্তবক (stanza) অসিনচিংবা অসিনি। সংস্কৃততস্তু অসিগুম্বা ছন্দশিংগী তোপ্পা তোপ্পা মমিং লৈরি—অনুষ্টুপ, ত্রিষ্টুপ, ইন্দ্রবজ্র, স্রগ্ধরা মালিনী, মনদাক্রান্তা অসিনচিংবা। মণিপুরীদস্তু চাউরাক্লা মমিং থোন্নরি—পয়ার, ত্রিপদী চৌপদী অসিনচিংবা মমিং খরা অনৌবা স হিত্যগী হৌগৎলকপদগী মমিংশিং অসি চৎনরি। মতাং অসিদা লোনগী শক্তমগী মতুং ইন্না অমস্তুং মনুংগী নকশিন্নবা থরনা বাংলা অমস্তুং মণিপুরী ছন্দগী মমিং মথানচিংবদা মাল্লবা খরা লৈ। অসিগুম্বা ছন্দ-শিংগী মনুংদা অয়াম্বনা খঙনবা খরা মখাদা খুদম ওইনা নৈনরি।

পয়ারদা চরণ অনি অমস্তুং চরণ খুদিংদা পর্ব্ব অনি লৈ। অহানবা পর্ব্বদা মাত্রা ৭ অমস্তুং অনিশুবদস্তু মাত্রা ৭ লৈ। অয়াম্বা মতমদা চরণ অনিগী মমৈগী না-পু তাবা (মিত্রাক্ষর) মান্নে।

মিংচৎ হায়বা মহাকপু। ময়দম কৈদা লৈগ্রবা
তরেং শেঙ্গা তিংদুনা। মঙবু করম ফংসিবা॥ — অঙাংহল

লঘু ত্রিপদী দা অয়াম্বা মতমদা মিত্রাক্ষর ওইবা চরণশিং অমস্তুং চরণ খুদিংদা পর্ব্ব ৩ লৈ। মাত্রাগী মশক্তি—৬+৬+৯ নত্রগা ৬+৬+৭ ওই। খুদম অনিদং য়েংসি—

(১) ওসিদি পুন্সিগী। অনৌবা ঈচেন্দা। অনৌবা ঈথক্লা হৌরকলে।
ম্যাথক্লগী ঈপাক্তা। অম্রাংবা ঈরন্যা। পূকনিংবু থুঙ্গাংবা
কাররকলে॥ — চাউবা

খুদম অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী চাংসি—৬+৬+৯ নি।

(২) নোংদম্না ঋিথ্রিনা। রূপনবা শীন্দ্রুনা। তাইবং ঢীবু থারকালে॥
পুন্সিগী ঈপাক্তা। 'য়াবগী ঈবদা। ঐখোয়না ঈন্নাকনরে।

—চাউবা

খুদম অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী মওংনা মাত্রা ৬+৬+৭ নি।

দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দগী মাত্রাগী মশক্তি ৭+৭+৭ নত্রগা ৭+৭+৮ নি। মণিপুরী য়াহৈ খোন্থোক্তা মাত্রা ৭/৭ কী কল্লবা মওং অমা লৈবনা বাংলা ছন্দগী দীর্ঘ ত্রিপদীগী অরেপ্পা মাত্রাগী খোঙচৎ ৮+৮+১০ অসি মণিপুরী ছন্দদা লৈতে হায়না লৌবা তাই।

(১) ইনুং শোরা তৈরকালে চাংথ্র ফিদুপ্পা হুল্লকালে
ক্লাক্রী লামবাউনা শীনথরে।
খুনগী লৌরাং শূবনা য়ম্পোৎ লাকোন পান্দ্রুনা
লৌবুকরী মায়কৈ তয়থ্ররে। —চাউবা

মথক্কী খুদম অসিদা চরণ অনি অসিদা মিত্রাক্ষর লৈ মাত্রাগী চাং—৭+৭+৮ নি। অতুগা অয়াম্বা ত্রিপদীগী খুদমশিংদা অহানবা পর্ব্ব অনি অসিদসু মমৈগী না-পু তাবা মান্নবা (মিত্রাক্ষর) লৈ।

লঘু চৌপদীগী মাত্রাগী মশক্তি ৬+৭+৬+৭ নত্রগা ৭+৭+৭+৭ নি হায়না লৌবা য়াই। বাংলাগী লঘু চৌপদীগী মাত্রাগী মশক ৬+৬+৬+৫ অসিদি মণিপুরী ছন্দদা পঙনা থেংনদে

(১) শজিক্ক এননৌ কান —৬
হানৌ লেং-লেং হাওবনা—৭
য়ানেম লৈমায় থক্তা —৬
তিকোই পূমথাও লোল্লকালে—৭

—লৈরোন তেংখা শৈহৌ

(২) থাইনগী লৈরাং অয়নবা — ৭
মলম মলল লৈবুংশি — ৭
লৈরাংবিনবা লৈস্তবনা —৭
লৈম নিংথৌ য়োদ্রেদা! ৭ — চাউবা

দীর্ঘ চৌপদী হায়বসি অনৌবা সাহিত্যদা চংলকপনি। মাত্রাগী মশক্তি অরেপ্পা লৈতে; থরা মনীংতম্না চংলি। মাত্রা ৮ অমসুং ৯ না খুজিং ওইদুনা অমসুং করিগুম্বদা ১০ ফাওবা য়ৌনা অমসুং অদুদগী হেন্না চংলি।

অথাপ্পা মীরবাক্তা লৈদুনা
ব্রহ্মপুত্রগী তার্ব্বানদা লেপতুনা
পোকক্ষম লম্বদম্বদা মায় ওনদুনা
চেং থোইদিং কংচরি ইমাগী খুয়াদা।

লৌবীমু ইম্না খুংথেংবনা,
মিংকৌ পি মরীক মরীক্তা লোয়নবা,
ঈশিং খুজোক থনুনা শোক্তুনা
কংচরি ইমাগী খুয়া থম্লানদা। —কমল

মথক্কী চরণ অনি অসিদা মমৈ তাবা মাম্নবা (মিত্রাক্ষর) লৈরি। অদুবু চাউরাক্না মাম্নহনবতনি। পশিন্না য়েংলবদি তকোনবগী চরণ অসিদি অনিথোক্না লৈরি হায়বসু য়াই। অদুবু চংলিবা ছন্দগী মপুং ওইবা মশক য়েংলুরগদি দীর্ঘ চৌপদী ছন্দগী মশক লৌই। পর্ব্ব খুদিংদা চংলিবা মাত্রাগী চাংসু মাত্রা ৯, ১০ অমসুং ১১ দা চংলি। অসিনা ঈংনা লেম্না চিংনা হায়বা ছন্দগী মশক অমা নাকোংদা ফাওহল্লি। বাংলাগী দীর্ঘ চৌপদীগী অকক্লবা মাত্রা মশীং ৮+৮+৮+৭ অদু মণিপুরী ছন্দদা চংলি হায়বা য়াদে।

মণিপুরী ছন্দদা পদ মঙা মঙানা চরণ শাবা থরসু চংনরক্লে অমসুং হান্নসু লৈরমই। মখোয়সিবু পদ মঙা চংগী (পঞ্চ পদী) হায়না মিংগৌবা য়াই। অসিগুম্বা পঞ্চপদীদা মাত্রা মশীংগী অকক্লবা অরেপ্পা মওং লৈতে।

ঘুম্বিং প্রা অপুম্বনা
নয়াপ্রং ভুংইম্বা
ম্নাগী ম্নাগী শিম্ফা থোরিবা
পাঙলিবা কম্নাদা
নংবা জয়বু ওইয়ু।
থৈম্ব-ঈশিং-বুংশিংবা,
নয়াপ্রং পুদুনা,
তেংবানগী বুংঙাইবা শিল্লিবা,
হুরাওদি হুরাওনা
নংনা জয়বু ওইয়ু। — মীনকেতন

মথক্কী চরণ অনি অসি মিত্রাক্ষরনি— পঞ্চপদীনি। মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী চাংদা তিম্নরি।

হৌজিক্তি মথক্কী অসুম্না অককনবা ছন্দ খরা ইনবদু তোকনরক্লে। কবি খরদি পয়ার অমসুং ত্রিপদীগী নিয়ম্নচিংবা ওাক্লা চংনবা হোৎনরি। অসিমকপু অয়াম্বা কবিশিংদি মথল মখলগী চরণগী শকফম অমসুং চরণশিংগী পূনশিল্লকপা স্তবক্কী তোঙান তোঙানবা মশক পুথোক্লরক্লি। মতমগী লাক্লিবা থম্মোইগী ইহুনবু থায়নগী ছন্দগী মশক খরা অসিনা ফোঙদোকপদা ফাজিন্দুনা থম্বগুম্বগী ভাব অমা য়াওরা হায়না খন্দবা ওমদে। অসিনা খরগা হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ছন্দগী মশক লেপ্পদি মপুং ওইনা পুরিবা মাত্রা মশীংগী মতুং ইন্না চরণশিংগী মশক লেপ্পবা হোৎনবনদুম হেন্না ফিবম অমা তাবা য়াই। অসিনা মাত্রা ৩ অমসুং ৪ গী ছন্দ, ২ অমসুং ৩ ছন্দ, ৬ কী ছন্দ নত্রগা ৭ কী ছন্দ হায়দুনা ছন্দগী মথল থায়বনদুম হেন্না খুদোং চাবা ওইরগনি।

## চরণ

### মাত্রা ৪ অমসুং ৩ গী ছন্দ

(ক) পর্ব্ব অনিগী / /

লোং ও । চুপ্পারে  =৩+৩ নত্রগা ৪+৩

/ /

লাংজিং মতোন । থুমহুংলো=৪+৩

খরগা অমুক্তা মথক্কী স্বরাঘাত (Stress) কী খোঙচং অসি অমুক থুজিল্লক্রবদি মাত্রা ২ অমসুং ৩ গী ছন্দ ওইহল্লকপা য়াই।

খুদম - / / /

তোং । তোং । তোংক্রপ্পী  =২+২+৩

/ / /

চকুক । নাকুক । চরাইবী  =২+২+৩

মথক্কী খুদম অসিদদি পর্ব অহমগী ছন্দগী খোঙচং ওইরে।

পর্ব তরুক্কী –

/ / / /

হযুম য়ানবা। থোঁদাংকোক। শীং চল্লকউ। হায়রগা

/ /

ক্রৌ পুরকপা। য়ানবা ॥

/ / / /

নওনা চাকপু। হায়রগা। ফৌগাক চজিক। নমথিবা।

/ /

চাকপু শানা। পীজাগে ॥

## মাত্রা ৬ কী ছন্দ

পর্ব্ব অনিগী—

(ক) শম্মোকতা পাউদম্ম । নোংয়াইদা মঙলিবা =৬+৬

(খ) ইরবাক ইরবাক । উজড্রি নংগুম্মবা =৬+৬

নংগুম্মা নুংশিবা । পুক্রণিংগী পেমনবা =৬+৬

পর্ব্ব অহুমগী—

(ক) নোংদম্মবা বিম্রিবা । কপ্পবা শীল্লুবা । তাইবং মীবু

থারকলে =৬+৬+৭

(খ) ঙসিদি পুন্সিগী । অচৌবা ঈচেন্দা অচৌবা ঈথক্লা

হোরকলে =৬+৬+৯

পর্ব্ব মরিগী—

শজিক এনানৌ ক্রান । হানৌ লেং-লেং হুওবনা । মালেম লৈম্মায় থক্তা । তিক্তোই পুম্নথাও লোম্লকলে । =৬+৭+৬+৭

পর্ব্ব মঙাগী—

নুমিৎ-থা অপুম্নবনা =৬
নয়াথং তুংইননা =৬
মাগী মাগী শিম্না লৌরিবা =৯
পাংলিবা ক্রায়দনা =৬
নংনা জয়নু ওইয়ু =৬

## মাত্রা ৭ কী ছন্দ

পর্ব্ব অনিগী ( পয়ার )—

মপু সনা কৈথেল্দা । ম্রিংচৎ নঙবু থোকপরা ॥ =৭+৭
বাত-পাদ পুক্লদা । ম্রিংচৎ নঙনা লৈবরা ॥ =৭+৭

পৰ্ব্ব অহুমগী —

চীঙদা শাৎপা ইঙৌল্ল। চিনবদনা কেনখিবা। কল্লকই দে ॥
=৭+৭+৫

য়াকোই খুরুপ থৌদুনা। খুংখিল ক্ৰোরৌহুনবনা। নোংচুপ চীংয়া
তামখৰে ॥ =৭+৭+৭

পৰ্ব্ব মরিগী —

খাইনগী লৈরাং অমনবা। মল্ল মল্ল লৈবুংশি =৭+৭
লৈরাংবীনবা লৈতবনা। লৈম বিংথৌ য়ৌদ্রেদে। =৭+৭

পৰ্ব্ব মঙাগী —

ইবুং শোরা তৈবদা =৭
চিঙখ্র ক্লিদুপ হুনবদা
পাম্মেল উশাদা তোংদ্ুনা কৱি পুক্লিং থোইরাংবা=৭+৭
চেকলা নহাকপু কনানো? =৭

পৰ্ব্ব তরুকী —

(ক) প্রকৃতি শাননকম। কজনগী হোরককম। লিংখিবগী
তুংনকম =৭+৭+৭

মুংঙাইবগী পোকনকম। হায়নরিবা মকম অসিদা। অনিশুদে
মারোমদা=৭+৮+৭

(খ) শরৎ ঋতু লাকপদা খাবনবা ইপোম হোবদা। তাম্নবা
লোইবী চীঙখাঙদা=৭+৭+৭

নোংয়িনগী মডৌ তম্নদা। তাম্না কৌবা চেকলানা, পকংম
ম্নবনা থাংলিবা=৭+৭+৭

## মাত্রা ৮কী ছন্দ

পর্ব্ব অনিগী—

চৎক্রদবা চৎথ্রিসনু   নঙদা নৈবিবু নাক্তা   =৮+৮

চেকল্লাগী থুংশিবা কোনোয়। লেপখ্রিনি য়াচঙবদা =৮+৬

—চাউবা

পর্ব্ব অহুমগী—

কোকথক্কী শম্নাং লৈপুম্না। মাখোম লৈথক্তা চাইদুনা।

শেমজরি ভক্তিগী নিংজবা আসন্দো =৮+৮+১২

লেংথরৎপীবু হে লাইনিংথৌ। ভাইবংপান মপু হে পাম্ছো।

পিবিবু থম্নবাননা তিন্নবা চরন্দো॥ =৮+৮+১২

—নবদ্বীপচন্দ্র

পর্ব্ব মরিগী—

ক্রনানো শক্রা মমখ্রিথা। নোংঙান্দবা অহিং মতম মদা

=৮+৮

নতোমতা নপাং য়াওদনা। সমুদ্র ঈরাং লাননা পাইখ্রিবা॥

=৮+১০

অসিগুম্বা ছন্দগী পর্ব্বঙ্গী মাত্রা খোঙচৎসি অন্নাম্বা মতমদা—৩+২+৩নি। অসিগুম্বা মাত্রা ৮গী ছন্দগী খোঙচৎ অসি থায়নগী মণিপুরী শৈরেংগী অমসুং হৌজিকী মণিপুরী কবিতাশিংদা মরক মরক্তা শীজিন্নরি।

## মাত্রা ৯ অমসুং ১০ গী ছন্দ

পর্ব্ব মরিগী—

ইতিহাস নিংথৌরেল খুন্দিংগী। খারী অকণ আথৌশিংগী

=৯+৯

থাবল চোংবী শাবী শানোগী। ভাজনিংদে ভাজখিংদে

=৯+৮

পর্ব্ব অহুমগী—

মতম কুইনগী তুংদা। লেংশিল্লকালে ইমা মৈতৈ চনু। =৯+১০

মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মলুংদা॥ =১০

পর্ব্ব অনিগী—

নোনা পোমলকলিবী লৈরাংশা। কনা য়েংদুনা হুরাওবগে? =৯+৯

মাইথোং ফননা লোকলিবীশা। কনি থন্দুনা মকাঙ্গাগে? =৯+৯

## মাত্রা ১২ গী ছন্দ

পর্ব্ব মরিগী—

পুকনিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাং হেক্লুনা =১২
লিংজেল মাননবগী লংনা লেংদুনা =১২
থাওবা কনবগী য়েন্দাইদা হাপ্লুনা =১২
কংলুসিনে ইমাগী খুয়াদা =১২ — কমল

য়েংগদবা— মথক্কী মাত্রা ১২ গী ছন্দগী খুদম অসি অমুক কূপশিন্না য়েংলবদি মাত্র ৬+৬ গী পর্ব্ব ওইনা ওহোক্লবসু পঙকায় কায়না উদবা য়াই। পরেংতবু ওইরবদি পর্ব্ব অমা ওইরগনি হায়বা অরেপ্পা নিয়ম লৈতে। মরু ওইনা য়েংগদবদি ছন্দগী লয় অমসুং মসুংগী ইহুল অহুনি। অসিনা মথক্কী খুদম অসি মখাগী অসুম্না পুখোকপসু য়াই—

পুকনিং লৈকোন্দা। শাৎপা লৈরাং হেক্লুনা =৫+৭
লিংজেল মাননবগী। লংনা লেংদুনা। =৬+৬
থাওবা কনবগী। য়েন্দাইদা হাপ্লুনা =৬+৬
কংলুসিনে। ইমাগী খুয়াদা =৪+৬

মথক্কী অসুম হায়না পর্ব্বগী মশাক অসি পুখোক্লবদি মাত্রা ৬/৬ কী পর্ব্বগী খুদম অমা ওইনা উৎলে। মরুম অসিনা মণিপুরী ছন্দদা খ্বায়দগী হেন্না য়াম্না চৎনবা পর্ব্বশিংগী মাত্রা মশীংসি ৬, ৭, অমসুং ৮ নি হায়না লৌগনি। কুপ্না য়েংশিল্লবদি মাত্রা ১২ অমসুং অসিদগী হেনবা পর্ব্বশিংগী নিয়ম লৈতে হায়না লৌবা য়াই।

## স্তবক (Stanza)

মণিপুরী ছন্দদা বাংলানচিংবা অতৈ লোন্দা লৈবগুম্না চরণশিংনা পুনশিল্লকপা অকরুবা স্তবক (stanza) লৈতে। অরিবা সাহিত্যদা অমসুং থায়নগী ঈশৈনচিংবদসু ছন্দগী চাউরাকপা মশক অমা লৈরবসু ভাবকী ইহল মতুং ইন্না চরণগী পর্ব্ব মশীংসি শাংলোক্লিংবা মওংদা শাংদোকপা য়াররবা চরণ অসুকী স্তবক হায়রুনা অকরুবা স্তবক মশীং খোইনা লৈ হায়না লৌবদা লুই। শৈরেংশিংগী চাউরাক্লা পরেং মশীং মান্নবা অমসুং চাউরাক্লা পর্ব্বশিংগী মাত্রাগী খোঙচৎ মান্নবা অমবুদ লৈ। অদুবু পরেং ৬ কী ছন্দদা চরণ অনি নত্রগা অহুম্না স্তবক শাবসু য়াই; নত্রগা চরণ অমতনা পরেং ৬ খোকখিদুনা অহুম স্তবকী মশক লৌরকপসু থেংনৈ। মসি মণিপুরী লোনগী অমসুং ছন্দগী তোপ তোপ্পা মনীং তম্বা অমনি হায়না লৌবা য়াই। পর্ব্বশিংগী অকরুবা মাত্রা খরগী মনুংদা শাংদোক্কে তেনশিনগে নীংতম্না ইবা য়াম্নমক তোয়না থেংনৈ। খুদম অমতং য়েংসি—

নারক্তা শাৎপা লৈরাংনা
লম্নবীনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম।
ঈয়ায়দা লোৎপা মিনিনা
য়েংবীনবা লৈত্তনা
অরেম্নবদা ঙানবগুম।

চীংথা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনগাকপা
মণিপুর সনা লৈবাক্তা
অরেম্বদা ঙাল্লম্মই
অরেম্বদা শাংগ্রম্মই
খণ্ডবীনবা লৈতনা ॥

— চাউবা

মথক্কী খূদম অসি দীর্ঘ ত্রিপদীগী পর্ব্বগী খোঙচৎনি—৩/৩ চৎপী চাউরাক্লা মাত্রা ৭/৭ কীনি। চরণ অনি অনিদা মিত্রাক্ষরগী লৈগদবা মওংসু ঙাক্লি। অদুবু ভশেংবদি পূম্নমক অসি চরণ অমথক্কুনি "খণ্ডবীনবা লৈতনা" হায়বা অরোইবা পরেং অসিদা অর্থগী মপূং ফায়—চরণ অনি অনিদা মিত্রাক্ষর লৈ। অদুগা অমুক না-পু তাবা মান্নবা অসিমসু মণিপুরী ছন্দদদি থরা মনীং তম্না চথল্লি। য়াবমখৈ মান্নবা হোৎনবা কবি থরদি থেংনরবসু খোইনা মায়কৈ অসোমদা য়েংশিন্দবা কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে।

## চরণ অনিগী স্তবক

পরীং ওইনা ইথরম্বা থায়নগী পয়ার অমসুং পয়ার জাতি ছন্দ— হায়বদি ত্রিপদী, চৌপদীনচিংবা পূম্নমক অসি চরণ অনিদা অয়াম্বনা মিত্রাক্ষর লৈ। অসিনা মখোয় অসি চরণ অনি অনিনা শাবা স্তবক্লি হায়না লৌগনি। মসিগী খূদমদি মথক্তা নীংখিজনা নৈনহুনা উৎলে।

## চরণ মরিগী স্তবক

মণিপুরী ছন্দদা পরেং মরিগী স্তবক অসি য়াম্না চৎনৈ। চরণগী মশীংদি অরেপ্পা লৈত্রবসু পর্ব্বগী খোঙচৎ মতুং ইন্না পোক্পা চরণ মরিগী

স্তবক্তি হায়ন লৌরবহু কায়দে মযৈমগী না·পু তাবগী মায়বগী মওংদি মথল মথলনি—ক—ক—খ—খ, ক—খ—খ—ক, ক—ক—ক—ক অসিনচিংবা। খুদম—

খোংলয়ো কোকিল | নিলহুন্দ্রবা চাংবুংসি ॥ =৬+৭
শেমলয়ো নিকুঞ্জবন | তম্পাকসি ॥ =৭+৩
চেলহল্লো ঈচেল কংথবী চন্দ্রনদীবু ॥ =৩+১০
কৌশিল্লো | উমংসিদা বীনাপানিবু ॥ =৩+৯

চৌপদীগা চরণ মরিগী স্তবক অসগা খেন্নরিবসি শৈরেংগী মশক্তা লেপ্পা তাই। শৈরেং অহুনা চৌপদীগী ছন্দদা চৎলম্লবদি হায়বদি চরণ অমমমদা পদ ৪—৪ লৈরম্বনা মপুং ওইরবদি চৌপদী কৌগনি। অতুগা চরণ কয়ামুক্তা পরেং ৪ | ৪ খোক্তা চৎপনা মপুং ওইরবদি স্তবকনি হায়না খঙনগনি। খুদম অমতং য়েংসি—

অরাবনি | অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি ॥ =৪+১১
তোর্বানসু | নারক ওইখে ॥ =৩+৬
মবুংসু | নাপীনা খ্রনখে =৩+৬
তৌইগুম্লসুং | ইতিহাসকী ঈচেল চেল্লি | লৈবুংদদি ॥
=৫+৮+৪

মথক্কী খুদম অসি চরণ ৪ গী স্তবক অমনি হায়বদা খোইনা চিংনবা লৈরে রাই। —খুদমদি —ক—খ—খ—ক নি।

## চরণ মঙাগী স্তবক

মথক্তা পনখ্রে —মণিপুরী ছন্দদা চরণশিংগী অকক্লবা মশীংনা স্তবক শাবা থরা তাঙনা খোকই। অসিনা পরেং ৫গী স্তবকশি দা চরণশিংগী মশীং অসি অরেপ্পা লৈতে। চরণ অমতনা কাওবা শাংদোকপা স্তবক য়াওই। অসিমকপু নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চরণ মঙাগী স্তবকনি হায়বনা খুদোং চায়।

লোৱায়ু মরূপ অপাম্বা থন্দুনা
প্রেমগী [illegible] [illegible] লৈরাংদো।
থোক্লবা মতমগী থোকলবা খুদোল,
মনম লৈত্রবা পারেংসি ওক্তা হুন্দুনা
লেঞ্জগে শাংথানদ্রবা পুন্সি — চাউবা

## চরণ তরুক্কী স্তবক

চরণ তরুক নত্রগা ভশেংনা হায়বা তারবদি পরেং তরুক্কী স্তবক অসি মণিপুরী ছন্দদা য়াম্মক চংনবী অমা ওইনা লৈ।

ফদি কন্নানা কুপ্তুনা,
উতোং মন্নুংদা থুপ্তুনা,
লোংথিগদগে চাহি ক্রুমজা কয়া ?
কাউগগে করম্মা পুক্লিংগী অন্নাবা ?
কদাইদা লৈখ্রে ইমা।
অমুক্তা কোনশিনবিরখো নচাশিংবু। — কমল

## চরণ তরাগী স্তবক

চরণ ৯/১০ গী ছন্দ হায়না কৌবা য়াবা পরেং ৯গী স্তবক অসি য়াম্মক তাঙনা শীজিন্নে—মসিনা চংনবী অমা ওইরকপদি নত্তে।

চিন্দা ফনা ঙাওদুনম্লু
কদোমনি থম্মোইবু য়াওদ্রবদা—
করি কাননবনি য়াশক !
কদাইদগী লাক্লনি বিশ্ব-প্রেম

কনানা পুরক্কনি একতা
কাঁম্ব কাম্বগাম পঙ্কশানা
কনানা বায়েন তৌরনি
পূম্নমক অরেম্ববনি অরেম্ববা

চিনবাবখোংদা পঙ্কশীনা শান্তি – প্রেম। হায়রিবৈদা পৃথিবী তুম্মদোরে। —( কায়দোরে পৃথিবী —সুরেন্দ্রজিৎ )

য়েংগদবা-- মথক্কী শৈরেং "কায়দোরে পৃথিবী" হায়বা অসিদসু অয়াম্বা স্তবকতি চরণ নত্রগা পরেং ৯গীনি। অরোইবগী পরেং অসিদ অনি থোকনা লোবা য়াই। অসুম্না কনা কনাগুম্বা কবিশিংনা পামজ-ক্নবা মতুং ইম্না অথোই অহেন নাইবা চরণ ৯ নত্রগা ১০ দগীসু হেন্না অতেনবা কবিতা মচা অমা ইথোকপা য়াওই। থোইদোক্নসু ঈশৈ ( lyrics ) গুম্বা মতেকতা তোয়না থেংনৈ। অদুবু অরেপ্পা অমসুং অকক্নবা চরণ মশীংদি লৈতে।

## সোনেট ( Sonnet )

শদ ১৪ গী কবিতা হায়না খঙনবা ইউরোপতা য়াম্না চংনম্বা ইংরাজী বাংলা—সোনেট হায়বদু বাংলা সাহিত্যদা কবি মধুসূদননা পয়ারগী চরণগী শকতম লোম্বা পুশিল্লকই। কবি দরেন্দ্রজিৎনা মণিপুরী সাহিত্যাদা মাত্রা ৭/৭ কী পরেংনা শাবা ইংরাজী সোনেটকী rhyme গা নকশিন্নবা অমা পুশিল্লক্না হোৎনরমই। মসিগী মরমদা মথক্কী লামায় ২৬-২৭ তা কৃপ্না নৈনখ্রে। দরেন্দ্রজিৎমকসু মহাকী "স্মৃতি" হায়বা শৈরেং অদু নত্তনা অটৈদদি হোৎনবা উরমদে। অতৈ কবিশিংসু সোনেট ইবদা থোইনা পুকনিং চঙবা থেংনদে।

## ছন্দগী রীতি ( Style )

মথক্তা নৈনথ্রে—মণিপুরী ছন্দদা মপুং ওইনা লৈরিবসি স্বরবৃত্ত ছন্দ অমসুং পয়ার জাতিগী ছন্দ অনিনি। অহানবগী অসিনা পর্ব্বগী অহৌবনচিংবদা স্বরগী শাফু য়াওহন্দুনা কৌশু ঈশৈ অমসুং লোক গীতনচিংবা কয়াদা চৎনরম্লিবা ছন্দগী রীতি ( style ) অসিবুনি। অকোনবগী অসিনা অচিংবা স্বরনা মপুং ওইদুনা ধীর লয়দা চত্থবা হৌজিক কাওংদা মণিপুরী কবিশিংনা ইনরক্লিবা পয়ার, ত্রিপদী, চৌপদী নচিংবা কয়াগী মশক অসিনি। ময়েক্কী খোঙ্খোক মতু ইন্না উচ্চারণ তৌবা, মপুং ওইনা ময়েক্কী হ্রস্ব দীর্ঘ কূপশিননা খায়বা বিলম্বিত লয়না পুবা মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়না খঙনবা ছন্দগী রীতি অহুদি—মণিপুরীদদি চৎনবা কয়া থেংনদে। অসিমকপু হৌজিক্কী মতমগী কবিতাগী খোঃচৎ খরদা পয়ার জাতিগী অচিংবা স্বরগী শরুক য়াওদনা ময়েক্কী খোঙ্খোক্তা মপুং ওইবা ( ধ্বনি প্রধান) বিলম্বিত লয়দা চৎপা ছন্দ খরসু চঙলক্লে। মখোয় অসি অয়ান্বা মুক্তক ছন্দ (Free Verse) অমসুং গদ্য ছন্দ (Prose Verse) দা থেংনৈ। ময়াম খরা অসিমসু পুন্না মণিপুরী কবিতাগী অপুনবা মশক তাকপা তারবদি বাংলানচিংবগী লোন্দা চৎনরিবা অসুন্না মণিপুরী ছন্দদসু ষ্টাইল অহুম—হায়বদি স্বরবৃত্ত, পয়ার জাতিগী ছন্দ অমসুং মাত্রা বৃত্ত ছন্দ হায়না খায়দোকপদা থোইনা কায়দে। চরণগী লয়গী মতুং ইন্না ছন্দগী মশক লেপই।

(১) ধীর লয়গী ছন্দ নত্রগা পয়ার জাতিগী ছন্দ ( তান প্রধান ছন্দ )

মণিপুরী শৈরেংদা খ্বাইদগী হেন্না কূইনা চৎনরক্লবা ছন্দগী মখল অমনি। অয়াম্বা মতমদা অক্ষর নত্রগা syllable খুদিংমকপু মাত্রা অমমম ওইনা লৌই। করিগুম্বদা দরকারগী মতুং ইন্না মাত্রা অনি ওইনা লৌখিবসু য়াওই। করিগুম্বদসু অক্ষর অনিবু মাত্রা অমগী চাংদা থমখিবসু থেংনৈ—তোয়না থেংনবদি নত্তে।

পয়ার হায়বসি প্রীরলয়গী ছন্দনি। পয়ার জাতিগী করিগুম্বা শৈরেং অমা পারকপা মতমদা অচিংবা সুর অমা য়াওই। অসিগুম্বা অচিংবা সুর অসি পয়ারগী তোপ তোপ্পা মশক্নি। অসিগুম্বা অচিংবা অসিবু সংস্কৃত বাহৈদা "তান" অমসুং ইংরাজী বাহৈদা Vocal drawl হায়না খঙৈ। অমরোমদা হায়রগা পয়ার জাতিগী ছন্দ অসিদা অচিংবা সুর, ময়ামগী লেপ্তুবা ঈচেল অমা থেংনগনি। অসিগুম্বা ঈচেল অসিগী মনুংদা ময়েক্কী খোন্থোক পুম্নমক চঙখিগনি। অসিগুম্বা অসি ইংরাজীনচিংবা মমারোল ওইবা কাংবুগী নাকোংদা বাংলা লোনগী আবৃত্তি তৌবদা সুর নাইনা পাথবা—Sing Song হায়না খঙনবা অহু হেক্তা থেংনগনি। অসিগুম্বা সুর অসিবু লৌথোকপ্রবদি পয়ার জাতিগী শৈরেংশিং পাবা ওইথোক্তে। অসিনা মপুং ওইবা স্বর থরনা পুদুনা চৎপা ছন্দগী মশক্নি। ব্যঞ্জননচিংবা ময়েক্কী খোন্থোক্লা মপুং ওইনা লৈত্তে। খোন্থোক্তা য়াওরিবা স্বরগী শরুক্কা মপুং ওইহন্দুনা লেপ্তুবা অচিংবা সুর অমদা শৈরেং অহুগী পাবগী ষ্টাইল অহু চথহল্লি।

কদাইদা লৈখ্রে ইমা!
কেতকীগুম্না লৈনম চাউরম্বী!
নংগী পোমশাংনবা মতম্দা,
ভাওথংলকপা নচাশিংনা,
শাননরম্বা মনিংমখা তৌনা,
কদাইদা লৈখ্রে ইমা! —কমল

মথক্কী পয়ার জাতিগী শৈরেংগী পরেং থরসি পাবদা সুরগী অচিংবা অমা য়াওই: অসিদা অসিগুম্বা অচিংবা অসিদা ময়েক কয়াস্থ অহুম য়াওশিনখি। ময়েকশিংগী হ্রস্ব, দীর্ঘ থায়বগী মখং লৈতে। অসিগুম্বা অচিংবা সুরগী খোঙচৎ অসিদা মাত্রা ৮ অমসুং ৮ দগী হেনবা পর্ব্ব কয়াস্থ য়াওই। অসিনা অসিগুম্বা অচিংবা সুর অমগী ঈচেল অসি য়াওবা

য়াওজবগী মতুং ইন্না শৈরেং অমবু পয়ার জাতিগী ছন্দ ওই ওইদে হায়বহ্ন লেপকনি। চুন্নগী ময়েকী খোঙ্হোকী মথক্তা খোঙ্হোকী অচিংবা শরুকনা পয়ার জাতিবু খণ্ডনগনি। মাত্রাগী মশীং থীবা ঙাক্তনা অসিগুম্বা শৈরেংগী মশক লেপ্পা ঙমদে।

পয়ার জাতিগী শৈরেংগী লয় অসি ধীর (অতপ্পা) ওইবনা কৈদৌঙৈদসু তকিং তকিংবা জগোইগী খোঙথাংগুম্বা নত্রগা ঈংথনা লেপ্পা কোন্না লৈথোকখিবা মশক য়াওদে। মওং অমা ওইনা ফাজিনবা অমসুং অয়েম্বা (গম্ভীরভাব) অমা য়াওরি। অসিনা অরাংবা থাকী শৈরেং অয়াম্বা পয়ার জাতিগী ছন্দদা ইবনা অয়াম্বনি। ঈশৈগী লোন্দাদা হায়রবদি পয়ার জাতিগী লয় মশকসি ধ্রুপদজাতিগী শৈশক্নি। নিপা খোকপা ছন্দগী মশক্নি।

মণিপুরী ছন্দগী মমাংঙৈগী শককম অয়াম্বা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মশক্নি হায়বা তাই। পয়ার জাতি হায়রগা খণ্ডনরিবসি চুন্নগী পয়ার হায়বা ছন্দগী মশক অহুতবু নত্তে; ত্রিপদী, চৌপদীনচিংবা কয়াদা য়াওরিবা অচিংবা স্থর অহুনা অসিগুম্বা ছন্দ মথল পুন্নমকপু পয়ার জাতিগী ছন্দ হায়না খণ্ডনখিবনি। অসিগুম্বা অসি থায়নগী শৈরেং অয়াম্বদা মাত্রাগী মশীংদি বাংলা লোনগীগুম্না অকরুবদি লৈতনা চৎনরমই হায়বসি কবি চাউবনসু অয়েপ্পা মত পীরমই।

ক্রুতলয়গী ছন্দ নত্রগা স্বরগী শাফুনা মপুং ওইবা ছন্দ

ছন্দ অসি চাউরাক্লা কৌসু ঈশৈগী ছন্দ নত্রগা স্বরবৃত্ত হায়না খণ্ডনবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা লোকগীতগী মওংদা, অঙাংশিংনা শান্নদা নত্রগা কৌগুবদা তাল নাইনা থাহনা শকপা ঈশৈশিংদা হায়রিবা অথুবা লয়গী (ক্রুত) ছন্দ অসি শীজিন্নৈ। নিয়ম অমা ওইনা খোঙ্হোক (Syllable) অমমমবু মাত্রা অমা ওইনা লৌহুনা শীজিন্নৈ। স্বরগী খোঙ্হোক মতুং ইন্না মাত্রাগী মশক অয়াম্বা মতমদা লেপ্পা মরম্না ছন্দ

অসিবু স্বরমাত্রিক নত্রগা স্বরবৃত্ত হায়না খঙনরবস্তু য়াই। অদুবু হায়রিবা স্বরগী মপুং ওইবা শরুক অসিমদি পয়ার জাতিগী ছন্দদস্তু য়াওই। অসিনা পয়ার জাতিগী ছন্দগা স্বরবৃত্ত ছন্দগা মপুং ওইনা খেন্নরিবসি কদাইদনো ?

অসিগুম্বা স্বরগী শাফনা মপুং ওইবা ছন্দগী লয়দি অথুবনি (দ্রুত)॥ চাউরাক্লা পর্ব্ব খুদিংগী আহৌবদা স্বরগী অকনবা শাফু অমা থেংনগনি। অসিগুম্বা স্বরগী শাফুদগী ছন্দ অসিগী তোপ তোপ্পা মশক অমা থোরক্নি। অসিনা অসিগুম্বা ছন্দদা পর্ব্বগী মশকশি অয়াম্বনা মান্নবা চংলি। মাত্রাগী থোঙচংসি ৪+৩ নত্রগা করি-গুম্বদা ২+২+৩ দা চংলি। পর্ব্বগী অহৌবা শরুক্তা হাংখিবা স্বরগী কন্না হায়জিল্লকপগী শাফু (Stress) অসি শোয়দনা ভাই। খুদম—

```
        /          /          /          /
(ক)  ঈশিংদস্তু। চাউদবী॥ ক্রংফানদস্তু। হৌদবী॥
                                        =৪+৩+৪+৩

        /          /          /          /
     উদা তাংলে। উতাংবী॥ রাদা তাংলে। রাতাংবী॥
                                        =৪+৩+৪+৩

      /     /        /
(খ)  তোং। তোং। তোংদ্রুম্বী॥  =২+২+৩

  /      /      /
চক্রীক। নাক্রুক। চরাইবী॥  =২+২+৩
```

ছন্দ অসিবু চাউরাক্লা ফোগ্নু ঈশৈগী ছন্দ হায়না খঙনবস্তু য়াই। অথুবা লয়নি; স্বরগী অচিংবা শরুক য়াওদে। শাফু অমুক অমুক পীরকপসিনা চংলিবা থোঙচং অসিগী মনুংদা ময়েক কয়'সু য়াওশিনখিবা

য়াই ; নত্রগা করিগুম্বদা মাত্রাগী খোঙচৎ কায়দনবা অতেনবা স্বরবৃত্ত শাংনা তিংথোকপা য়াই। মপুং ওইরিবসি চৎলিবা দ্রুতলয়গী মাত্রাগী খোঙচৎ অদুনি। "শন্দ্রেম্বী থোরক্লো" হায়বসিদা শন্দ্রেম্বী হায়বসি মাত্রাগী দরকার মতুং ইন্না ৪ ওইগনি ; ৩ ওইরোই। মরমদি শৈরেং মতেক অসিদা চৎলিবা মাত্রাগী চাংসি ৪+৩ ওইগদবনি।

৩। বিলম্বিত লয়গী ছন্দ নত্রগা হৌজিক্কী মাত্রাবৃত্ত ছন্দ

অভম্বা (বিলম্বিত) লয়গী ছন্দগী শৈরেংশিং অসি মণিপুরীদা য়াম্লনক চংনবদি নত্তে ; অয়াম্বা শৈরেং পুম্নক পয়ার জাতিগী ছন্দদা নত্রগা স্বরবৃত্তগী ছন্দদা ইবা ঙাক্তনি হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রে। অদুবু পয়ার জাতিগী ছন্দগী থবায় ওইরিবা হায়দোকপদা অচিংবা স্বর অমদু য়াওদনা হায়দোকপা হৌজিকী মতমগী শৈরেং খরা অমসুং করিগুম্বদা থায়নগীদমক্ খোরক্লবা মরম্না মখোয়শিং অসি মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়না কোনশিনবনা অচুম্বা ওইগনি। "মাত্রাবৃত্ত" হায়বা মমিংশিমক খরা পেনকাক্তবা ফাওবা পোক্লবা য়াই। বাংলা লোননচিংবা অরাং ভারতকী প্রাকৃত লোন্দগী হৌরকপা লোনশিংদা অমসুং মণিপুরী ফাওবদা চাউরাক্লা মাত্রা মায়না চৎপা পর্ব্বশিং ঙাক্তনি। অদুবু সংস্কৃত লোন্দা চৎনরিবা "মাত্রাবৃত্ত" হায়বা ছন্দগী মওং মতুং ইন্না মণিপুরী ছন্দবুস্থ কৌবা য়াই। খুদম অমনিদং য়েংসি—

১। ময়াদা চৈ নবদব্রাল
"লৈতথম্নু নত্তে লূনা লিৎলু নাক্লিদো
মীনা নওবু উশিৎলরোই।"
মপাদা হায় "ভৌজসবু
শেৎপা ঙাকনবু মীয়া
চাবা ঙাকনবু মীয়া ?" —সমরেন্দ্র

(২) মোংবু ঙানদরি
শজিক তরং তরং থোকরি
চীংখ্রু মশক উদরি
লাক্তুনা নহাক্তি
শকলরে নহাক্কী ঈশৈ
সুর চাম্না থোক্না। —বেদজিৎ

মাত্রাবৃত্ত ছন্দগী মপুং ওইবা মশক্তি—বিলম্বিতলয়গী ছন্দ ওইবনি। মথক্কী শৈরেং মতেক অনিসি পাবদা সুরগী অচিংবা শরুক্তু ফংনা য়াওদে। চুম্না ঈংনা পাথবা ভাই; ময়েক খুদিংবু চুম্না উচ্চারণ তৌবদগী হেন্না থোইদোকপা স্বর ময়েক্কী চিংহুনা হায়বগী শরুক অহু য়াম্না বাংনা য়াওই। চপচানা বিলম্বিত লয়মক্তা পারবনি হায়বমকসু ওইদে ওইকাত্তবনি। মরমদি "মাত্রাবৃত্ত ছন্দ" অসি সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা লৈরিবা অসুম্না মণিপুরীদা লৈতে। অসিমকপু পয়ার জাতিগী ছন্দদগী খরা তোপ্পা অমসুং স্বর বৃত্ত ছন্দসু নত্তবা সুরগী অচিংবা পঙয়াও য়াওদনা চুম্না ইংনা তপ্পা পাথবা ছন্দবু মাত্রাবৃত্ত হায়না কৌরবনি। অসিনা অসিগুম্বা ছন্দদদি চিংশিনবগী শরুক য়াওরবনা ময়েকশিং অসি মচা খায়না পাথোকই; তপ্পবা ময়েক ফাওবা দরকারগী মতুং ইন্না মাত্রা অনি লৌহুনা চথে।

মাত্রাবৃত্ত ছন্দ অসিদা পোত্থাবা পাম্বগী অমসুং লেঙম-শাঙমদবা ছন্দগী থোঙচৎ অমা য়াওই। অসিনা ময়েক মযামগী থোমজিন্নবা অমসুং পুম্না ময়েকশিংবু শায়জিন্দুনা উচ্চারণ তৌবনচিংবা পয়ার জাতিগী ছন্দদা য়াওরিবহু ছন্দ অসিদদি য়াওদে। অহুগা ছন্দ অসিদা মাত্রা মযামনা শাবা পর্ব্ব চংনদে। ময়েক্কী থোম্থোকশিং অসি চুম্না হায়দোকপদা চঙবা মতমগী চপচাবা শরুক্তা মাত্রাবৃত্ত ছন্দগী থোম্থোক্কী শরুক লেপই। স্বরগী অচিংবা সুর য়াওহন্দে পয়ার জাতিগী ছন্দদা তৌবগুম্না; অহুগা স্বরগী থোম্থোক্কী ফুজিনবা শরুকসু স্বরবৃত্ত ছন্দদা তৌবগুম্না য়াওদে।

পয়ার জাতিগী ছন্দগা চাংদমনুরবদি মাত্রাবৃত্ত ছন্দ হায়বসিদি নুপীগী ছন্দগী মশক্তি। পয়ার ছন্দনা নিপাগী শক্তনি। ঈংনা থোংনা মেন্ডনা চথবা ছন্দ ওইবনা বারী বাতায়নচিংবা শানবগী অঙৈবা মশক অমদি কাওই। ভাবদদি ঙনা নুংশি। অদুবু নিপা থোক্না শক্তি য়াওনা—"লৈ থিননবগী দমক্তা | মত্তে অথাপ্পা উমংদা চংকদবা" হায়না অচংবা সুরগা কোমনা হায়দোকপগী শক্তিদি লৈতে। অদুগা—

●●●● ●● ●●। ।। ●● ●● ।।

"জনগণ: মন-অধি। —নায়ক: জয় হে" হায়বগী শক্তিদি লৈ।

মথক্তা লৈনখিবা রীতি (Style) অমুমগী ছন্দগী মশক অসিনা ছন্দগী মশক অমুম তাকপতনি। চপচানা জাতি অমুমগী শৈরেং লৈ হায়না তাকপা নত্তে। শৈরেং অমদা করিগুম্বা স্তাইলশিং অসি য়ানশিননা য়াওরবসু য়াই। মণিপুরী ছন্দগী যুক্তমদি পর্ববনি অমসুং পর্বগী মশক্তি মাত্রা মশোংনা লেপই। অদুবু মাত্রা মশোং মাননবদসু নত্তনা ছন্দগী অতোপ্পা মগুণ থরসু লৈরি—মদুগী মতুং ইনবা ছন্দগী রীতি লেপই। পর্বগী মশক অমসুং মাত্রাগী হিসাবতগী ছন্দগী রীতিগী মশক উৎপা য়াই। অমুকসু শৈরেং অমগী মাত্রা মশোংদি কায়হনদনা থম্নগা রীতি অমুমদা তোপনা তোপনা পাবসু য়াই।

———— —

# ছন্দগী মশক তাকপা

## ( ছন্দোলিপি—Scansion )

ছন্দগী নৈনথিবা শরুক থরা অসি খুদম থরনা মশক তাক্লবদি থরগা ময়েকশেংনা উৎপা য়াগনি। মথাদা পীরিবা খুদম ( : ) অসিনা পর্ব্বাঙ্গগী মশক খুদম ( । ) অসিনা পর্ব্বগী অমনুং খুদম ( ॥ ) অসিনা চরণগী অরোইবা মশক খংনগনি। অসি নত্তবা মাত্রাগী কূপশিনবা মশীং থীবগী মশক্তি হাপত্রে। অদুম চাউরাক্লা পাংদা খঙবা ওমগদ্রা হায়না নীংই।

( ১ )

শজিক এননৌ:কান। হানৌ লেং-লেং:হৌবনা। মালেম লৈমায়:থক্তা।
ভিংগোই পূমথাঙ:লাল্লক্লে ॥ $=(৪+২)+(৪+৩)+(৪+২)+(৪+৩)$
এনবীনা খুবোম:শারে। নেম্বীনা শৌজিল:লোল্লে। চীংয়া উরৈ:শংবনা।
মালং খোঙদো:হৌরক্লে ॥ $=(৪+২)+(৪+২)+(৪+৩)+(৪+৩)$

পর্ব্ব—মাত্রা ৭ অমনুং ৬কী য়ান্নবা
চরণ—পর্ব্ব মরিগী
স্তবক—চরণ অনিগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর ওইবা
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ (তান প্রধান)
লয়—ধীর

( ২ )

গুরুথা : অহিংগী। লূরবা : থাবল।
নহাক্তি : লাক্লবোই। থোগলগী : দমক্তা ।।

$=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+২)+(৩+৩)$

পাম্মুদা : তিল্লরে । মুংশিগা : উম্নরো ।
অম্বম্বদা : নহাকপু । ঙাইদুনা : লৈরিবা ॥
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)

গুক্রবা : অহিংগী । লুরবা : থাবল ।
নহাক্কি : লাক্রবোই । থোগপগী : দমক্কা ॥

পর্ব্ব—মাত্র ৬ কী
চরণ—পর্ব্ব মরিগী
স্তবক—চরণ অনিগী মমৈদা মিত্রাক্ষর অমসুং অহানবা চরণ অমুক হপ্পিনবা ।
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয়—ধীর

( ৩ )

নারক্ক শাৎপা : লৈরাংনা । নম্বীনবা : য়াওদনা ।
অরেম্বদা : কেনবগুম ॥ =(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)
ঈয়ায়দা লোৎপা : মণিনা । য়েংবিনবা : লৈতনা ।
অরেম্বদা : ঙানবগুম ॥ =(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)
চীংনা কোয়না : পনশাবা । হাওনা কোয়না : পমঙাকপা ।
মণিপুর সনা : লৈবাক্লা ॥ =(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)
অরেম্বদা : ঙাল্লম্মি । অরেম্বদা : শাৎলম্মি । থঙবীনবা : লৈতনা ॥
=(৪+৩)+(৪+৩)+(৪+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৭ কী
চরণ—ত্রিপদীগী ছন্দদা চরণগী চপচাবা লোইশিন্দবনি
স্তবক—চরণ অনি অনিদা মিত্রাক্ষর
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয়—ধীর

( ৮ )

অরাবনি। অনকপা। চন্দ্রনদীগী। দৃশ্যদি ॥ = ৪ + ৩ + (৫ + ৩)

তোর্ব্বানস্থ। নারক। ওইখ্রে ॥ ৩ + (৩ + ২)

মন্নুংস্থ। নাপীনা। থনখ্রে ॥ ৩ + (৩ + ২)

তৌইগুম্বস্নুং। ইতিহাসকী : ঈচেল। চেল্লি লৈন্নুংদদি ॥

= ৫ + (৪ + ২) + (২ + ৪)

মতম : অমদা। মহাক্কী : অকনবা ঈচেন্না। = ৫ + (৩ + ৬)

তোর্ব্বান্দা : হৌবা। উপালরাপাল : ফুক্তোকলমই ॥ = ৫ + (৪ + ৪)

পর্ব্ব — মাত্রা ৫ না মপুং ওইবা

চরণ — পর্ব্ব অনিগী

স্তবক — চরণ মরিগী মিত্রাক্ষর (ক — খ — খ — ক)

রীতি — ধ্বনি প্রধান ছন্দ

লয় — বিলাম্বিত

( ৫ )

কুংনা পানবা : মহৈ মরোং। চুম্না শাৎপা : ফৌগী চরোং ॥

= (৪ + ৪) + (৪ + ৪)

মিৎয়েংগী : লম্বীদা। অঙৎবা : পীনবী ॥ = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

নচাগী : রাত্তনা। চেংজেন্দি : হুন্নিবী ॥ = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

পুকচেল তম্লবী : নংগুম্বী। মপারি লুনা তৌজবী ॥

= (৫ + ৩) + (৫ + ৩)

শমান্নবী : নতারোই। কনাদি : লৈবগে = (৩ + ৩) + )(৩ + ৩)

নংগুম্বী : ইমাবু। কদায়দা : য়াওবগে। = (৩ + ৩) + (৩ + ৩)

পর্ব্ব — মাত্রা ৮ অমস্নুং ৬ কী

চরণ — পর্ব্ব ৬ কী চপচানা লোইশিনদবস্থ য়ওই।

স্তবক — অহৌবা পর্ব্ব অনি, মন্নিগুবা অমস্নুং তরুকগুবদা

মিত্রাক্ষর (ক - ক খ — খ)

রীতি পয়ার জাতিগী ছন্দ

লয় — ধীর

পম্থৌনা থনম্বা : ইংখোলনি। মাইল অহুম্না : কোয়রবা।।
=(৫+৩)+(৫+৩)
হৌজিক্কি ঐগী : ইরম্নি। পুন্সি চুপ্পগী : ওইরবা =(৫+৩)+(৫+৩)
অদুবু থিরুরি : অরাপ্পদা। ঐগী ইংখোল : অপাম্বা।।
=৩+(৩+৪)+(৪+৩)

পম্থৌনা শারম্বা : দলাননি মখোল অহুম : লোঙলবা।।
=(৫+৩)+(৪+৩)
হৌজিক্কি ঐগী : ইয়ুম্নি। কনাস্নু য়েংলরোইদৌবা।।=(৫+৩)+(৩+৫)
অদুবু থিরুরি লৈফম : অশেংবা। ইয়ুম লৈতে : থনবনা।
=৩+(৫+৩)+(৪+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৮ অমসুং ৭ কী
চরণ - পর্ব্ব অনিগী
স্তবক - চরণ অহুমগী মিত্রাক্ষর
রীতি —পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় — থীর

( ৭ )

নহাক্কী : নিংথিরা। বাঁশীগী : খোঙ্জেল। =(৩+৩)+(৩+৩)
তানরি : তানরি জগৎনা : তত্তনা।। =(৩+৩)+(৩+৩)
পুন্সিগী : যমুনা। ঈচেলগী : তোর্ব্বান্দা। =(৩+৩)+(৩+৩)
লেঙঙ্গবা : উপাল। কদমগী : মখোংদা =(৩+৩)+(৩+৩)
নহাক্কী : নিংথিবা। বাঁশীগী : খোঙ্জেল।
তানরি : তানরি। জগৎনা : তত্তনা।।

পর্ব—মাত্রা ৬ কী
চরণ —পর্ব্ব মরিগী ( চৌপদী )
স্তবক—চরণ অনি অনিগী
রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় — ধীর

( ৮ )

তাজমহল । মতম পুম্নমক্তা : নিংখিজরবা । =৫+(৬+৫)
নঙগী : নিংথিবা । মুংঙৌগী মুত্তি : অসিনা । =(২+৩)+(৫+৩)
মাঙবা : লৈত্রবা । মতমগী সভ্যতা : ওইরিবোইদো ॥=(২+৩)+(৬+৪)
অদুবু : সম্রাটকীদি । মিংকী পিনা : চামথোক্লবা =(৫+৪)+(৪+৪
মপুং : কানা । শাৎথিদ্রবা : লৈরাং অমদি =(২+৩)+(৪+৫)
ননশিনখ্রেদো : নঙনা । মতম : নাইদনা ॥ =(৪+৩)+(২+৩)

পর্ব্ব — মাত্রা ৫, ৭ অমসুং ৮ গী
চরণ — পর্ব্ব ৬ কী
রীতি — পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় — ধীর

( ৯ )

নিংজরম্বা : মতম কুইনা লংলবা : মৈরাসে =(৪+৪)+(৩+৩)
চম্লসি : থাল্লসি । লেংলসি : ঙসিদি ॥ =(৩+৩)+(৩+৩)
লায়রবী : ইমাগী । মম্লবা : থাংপোকসে =(৪+৩)+(৩+৪)
ঙাল্লনি : ঙসিদি ॥ =(৩+৩)
শেমজহনা : শোমজহনা । খিত্তুনা : চাইহনা =(৪+৪)+(৩+৩)
হৌরক্লে : চাউরক্লে । লৈরাং : শাৎলক্লে ॥ =(৩+৩)+(৩+৩)
থারসি : লিংলসি : শল্লসি । থোরক্লে : ইমাস্থ =(৩+৩+৩)+(৩+৩)
হরাউজরে : ঙসিদি । —(৪+৩)

পর্ব্ব — মাত্রা ৬ অমসুং ৭ কী
চরণ — চৌপদী অমসুং ত্রিপদীগী মানশিল্লবা মশক
স্তবক — চরণ অনি অনিনা পুনশিল্লগা শাবা অরোইববদা মিত্রাক্ষর
রীতি — পয়ার জাতিগী ছন্দ
লয় — ধীর

( ১০ )

হে পৃথিবী। চহি যুগ : কয়া কয়া। চৎলক্লি : ইতিহাসকী লমায়দা।
=৪+(৩+৪)+(৩+৭)

লাম্থোক্লুই। আটলানতিক : মহাসাগর। ৩+(৩+৪)

পোথারুই। ট্রোয় লমদগী : হেলেনগা লোয়ননা।। =৩+(৪+৬)

কৌক্রু চীংগী:চীংদোম্দা লেপ্লুনা:য়েংলুই। হৌথবা ইতিহাসতা.মণিপুরগী ॥
=(৪+৩)+(৩+২)+(৭+৫)

কোয়মিন্নরুই : পাখংবগা। গুরুগী : ফাংথোঙ =(৪+৪)+(৩+৩)

ফম্লুই। কিয়াম্বা নিংথৌগী : সভাদা। মাঙমিন্নরুই : সন্ধ্যাদা। লাংগোন
লুখোইগা।। ৩+(৬+৩)+(৪+৩)+(৩+৩)

ছগোয় : শারমই। শিজ : লাইরোইবীগা। নাপদা চঙচুনা : পাউহংলুই।
=(৩+৩)+(৩+৪)+(৬+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৬, ৭ অমসুং ১০ গী য়ানশিন্নবা

চরণ—পর্ব্ব অনি অমসুং পর্ব্ব অহুমগী

রীতি—পয়ার জাতিগী ছন্দ

লয় — ধীর

( ১১ )

লুহোংবদগী : হল্লকপদা। =(৫+৪)

য়ুমগী : থোঙ্গানমকদা। =(৩+৫)

থুদাং পায় : পাখং অমা। =(৩+৫)

"অশেংবা হায়য়ু : তাদ মোহন। =(৫+৩)

লুপা চহুম : হনগেয়া"।। =(৪+৩)

মখ্বাং মেত্তুনা : পাখং অমবা =(৫+৫)

লেপ্লুনা লৈ : থাপ্লপ্না।। =(৪+৩)

পুকচেল তপ্লবী : য়াইমবী =(৫+৩)

ঈংবা কৌবদা : ফংজদে। =(৫+৩)

পর্ব্ব—মাত্রা ৭ অমসুং ৮ গী
চরণ—পর্ব্ব অনি অমসুং অহুমগী য়ানশিন্নবা
রীতি—ধ্বনিপ্রধান নত্রগা মাত্রাবৃত্ত
লয়—বিলম্বিত

(১২)

/ / / /
খিং খিং । লৌজসে । পানা । লৌজসে ॥=৪+৩+২+৩

/ / / /
য়াওরেৌদগী । শঙাইনা । মচী কেক্রু । খোক্তুরি ॥ =৪+৩+৪+৩

/ / / /
ললহাম্নুংগী । কাকখৈনা । মনা হুমাই । শাদরি ॥ =৪+৩+৪+৩

/ / / /
তোকফমদগী । ঙমুনা । খোইজু তোন্নোং । চিন্দরি ॥ =৪+৩+৪+৩

/ / / / /
কো'বদগী । ঙাথানা । পোল্লাং কানক । লাক্তরি ॥ =৪+৩+৪+৩

পর্ব্ব—মাত্রা ৪ অমসুং ৩ কী
চরণ—পর্ব্ব মরিগী
রীতি—স্বরবৃত্ত
লয়—দ্রুত

————

## অহুম্মশুবা শরুক

( নৈননবা শরুক থরা )

## মণিপুরী ছন্দগী তোপতোপ্পা মশক

মথক্তা মণিপুরী ছন্দ নৈনবগী মতাংদা এখোয়না নৈনখ্রে – মণিপুরী ছন্দগী মপূং ওইবা কায়াৎসি পর্ব্বনি। অমসুং অমুক হায়দোকপদা খোঙ্হোক্কী ইহুলদা ওাইহাক লেপ্পগী দরকার ওইপ্রিবা ফাওবা হেথোরবা অহুনা পর্ব্বগী মশক লেপই। পর্ব্বগী মচেং—পর্ব্বাঙ্গনা পর্ব্ব শাগৎলকই। পর্ব্বদগী চরণ শাগৎলকই। অসিগুম্বা পর্ব্বাশংদা মাত্রা মশীং মাঙনা চত্থবগী মওং অমগা লৈরি। অহুনা অসিগুম্বা পর্ব্বশিং অসি শাগৎলকপদা ময়েক্কী মশাগী লৈজবা হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘগী মশক্কা মাত্রা মশীং লেপতে—হায়বদি হ্রস্ব স্বরনা মাত্রা অমা দীর্ঘনা মাত্রা অনি ওইগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। অক্ষর ( Syllable ) না মপূং ওইনা চত্থবনা খোঙ্হোক অমগা মাত্রা অমগা মান্নবা লৌবা মওং অমনা মপূং ওইনা চত্থরি। করিগুম্বদা দরকারগী মতুং ইন্না চিংথোক-চিংশিন তৌবা ঙংনৈ। মতুমনা ছন্দগী শকওং (Pattern) অমসুং কোম্নবা লয়না লেপকদবনি। অসুম্না চাউরাক্না মাত্রা মশীং মান্নবা চত্থবা হায়বা মশক অমনা মণিপুরগী ছন্দগী মশক তাক্লি। সংস্কৃত লোন্দা স্বরগী হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘগী অচেৎপা নিয়মগী মশক্না ছন্দগী মশক লেপ্লম্বতু—অনার্য্য হায়বদি আর্য্যজাতি নত্তবা লোনগী শকফম অমসুং খোঙ্হোক্না চঙলকপা হায়রিবা মশক অসি বাংলান-চিংবা সংস্কৃতগী থোকপা লোনশিংদা ফাওবা চঙলকই। মরম অসিনা হায়রিবা মাত্রা মান্নবগী অমসুং স্বরগী চিংথোক-চিংশিন্না ছন্দগী মতুপ মতুপ থায়দোরকপসি হান্নগী লৈজরম্বা অনার্য্য জাতিগী মশক্কি হায়না পণ্ডিত-শিংনা মত পীরি। মণিপুরী লোনসু হায়রিবা আর্য্য নত্তবা কাংলুপকী লোনগী মসুং চনবনা মশানা লৈজরম্বা ছন্দগী নিয়ম থন্না অসিনা মপূং ওইরকপদা করিসু ওকফম লৈতে। বাংলা লোন ফাওবদা হায়রিবা

নিয়ম অসি চঙলক্লবা মণিপুরী লোন্দদি নিয়ম অসিনা পুনশিল্লকপদা থোইনা হেন্নহুম চুমহুম থোকই। হৌজিক বাংলাগী ছন্দগা মণিপুরী ছন্দগা মতাং কনাইদা খেন্নরিবনো হায়রবত্ত য়েংসি।

## বাংলা শব্দগা মানবা অমসুং খেননবা

অনার্য্য লোনগী খোন্থোক অমসুং খোনকমগী মশক্কা মপুং ওইনা চঙনকপা সংস্কৃতকী পোক্লকপা বাংলা লোনগী মথক্কী হায়রিবা মাত্রা মানবনা থরায়গী মশক ওইরকপা হ্রস্বগী দীর্ঘগী অচেৎপা নিয়ম চঙরক্লবা পর্ব্ব অমসুং পর্ব্বাঙ্গনা ছন্দগী মশক শাগৎপা ( Beat and Bar theory ) হায়রিবা নিয়ম খরসি বাংলা লোন্দসু লৈরে। সংস্কৃতকা নক্লবনা সংস্কৃত লোনগী ছন্দগী মতৌ মান্নবা হোৎনবা কয়াবুদি লেৎবা নত্তে; অহুব কৃপাশন্না য়েংশিল্লকপা মতমদা হায়রিবা মথক্কী নিয়মসিদা তারকই। মণিপুরী ছন্দসু থায়নগী লৈরম্বা কাব্যগী শক্ত মদা খোন্থোক্কী তাক্কনা পুবা মাত্রা মশীংদদি অহুক য়েংশিল্লমদবা অমা লৈরবদগী বাংলা লোনগা শম্নরকপা মতমদগী পয়ার অমসুং ত্রিপদীনাচংবা কয়াসি তন্নিবা অমসুং অনৌবা সাহিত্যদা লেংনবা হৌরকই অমসুং মসিনসু মণিপুরী ছন্দগা মশক তাকই হায়না লৌনরি; মতাং অসি বাংলা লোনগী ছন্দগী পুক্লবা নত্তে। হান্নগী লৈজবা ছন্দগী খোঙচত্তা বাংলা ছন্দগী মাম মথা লৌশিনন্নকপা অমসুং অমতা ওইনা চথিন্নবা হৌরকপান।

চাউরাক্লা মান্নবা থরা অসি লৈরবসু মণিপুরী ছন্দদি বাংলা ছন্দ নত্তে। ময়েক্কী হ্রস্ব দীর্ঘগী মতুংইন্না মাত্রা মশীং চপচব ফেপ্পমক্তি নত্রবসু বাংলা ছন্দদা দরকারগী মতুংইন্না মতাং মতাংদা দীর্ঘস্বরগী মাত্র অনি লৌরকপা য়াওরি। থোইদোক্লসু সংস্কৃত ছন্দগা থরা নকশিন্নবা ধ্বনিপ্রধান নত্রগা হৌজিক্কী মাত্রাবৃত্ত ছন্দদা মাত্রা অনিগী ময়েকশিং লৈন্নি অমসুং তপ্নবা ময়েক্কী মতাংদা অয়াম্বা মতমদা মাত্রা অনি ওইনা লৌরি। হায়রিবা বিলম্বিত লয়গী ধ্বনিপ্রধান ছন্দদদি

হলন্ত (closed) ময়েক মথৎ মাত্রা অনিনি হায়না চাউরাক্লা লৌরি। মণিপুরী ছন্দদদি হায়রিবা হ্রস্ব দীর্ঘগী নিয়ম অসি থোইনা ঙাকপা থেংনদে। ময়েক খুদিংগী খোন্থোক অমসুং মাত্রাশিং অসি অছুম ইমান মান্নবা লৌনরি। কবিগুম্ব ছন্দগী দরকার লৈবা মতাংদা খোন্থোক্কী মতুং ইন্না খরা চিংথোকনা হায়বা মতমদা মাত্রা অনি গুরকপা ঙাক্তনি। হ্রস্ব দীর্ঘগী ময়েক খুদিংমক অছুম ইমান মান্নবা লৌবা অমা মণিপুরী ছন্দদা চংনরি। তৌবমকসু মণিপুরী রাইহগী খোন্থোক্তি—হ্রস্ব দীর্ঘনা মপূং নত্তে; লঘু গুরুনা হায়বদি অৱম অয়াংগী খোন্থোকনা (tone) মপুংনি—বাংনা হায়বা নেম্না নত্রগা লুম্না হায়বা নত্রগা ময়ায় ওইরপনা করি করিগুম্বদা হায়দোকপা অসিনা মণিপুরী লোনগী খোন্থোক্কী মশক্কি। অসিনা হ্রস্ব দীর্ঘগী নিয়ম অসি মণিপুরী লোনগী ছন্দদদি ইচংপু চংনদে হায়বা য়াই। অসিনা অনার্য ওইবা জাতিগী শরুক্কী প্রভাবনা আর্যগী লোন সংস্কৃতগী থোরকপা বাংলা লোন্দা ফনা য়াম্না মপূং ওইনা চঙলক্লবসু ময়েক্কী হ্রস্ব দীর্ঘগী মশক অমদি খরা খরা অছুম মরৈরি। পূম্নাং মাঙবদি নত্তে। দরকারগী মতুং ইন্না দীর্ঘ স্বরগী মাত্রা অনিগী মওং থোরকই। মণিপুরী লোন্দদি ছন্দগী মতুং ইন্না হ্রস্ব নত্রগা দীর্ঘ ওইবা ময়েক অমবু মাত্রা অনি ওইহল্লকপতনি। করিগুম্বা মতমদা লোনগী তোপতোপ্পা চুপশিন্নবগী শক্তি অমনা খোন্থোক অমদা ময়েক কয়ানা চঙশিনখিবা থেংনৈ। অসিগুম্বা ছন্দগী মশক্তা অসিগুম্বা ময়েক্কা মাত্রা অনি ওইনা লৌগনি হায়বা নিয়ম অমা মণিপুরী ছন্দদা লৈতে। পৌরপ তৌনা চংপা খোন্থোক—অক্ষর (Syllable) না ছন্দগী মশক অমা লেপই। বাফম অমনা খোন্থোক থেম্নরকপগী মতুং ইন্না বাংলা ছন্দগী ধ্বনিপ্রধান, পয়ার জাতিগী ওইবা তানপ্রধান অমসুং শ্বাসাঘাত প্রধান হায়না রীতি অহুমদা বৈজ্ঞানিক ওইবা য়ুক্তমদা থায়দোক্লিবা ছন্দ শাস্ত্রগী নিয়ম অসি মণিপুরী ছন্দদ ইন্নবসু মশক মান্নবদি নত্তে—লয়গী মশক্লা অহুম থোকনা থায়দোকলিবা অসি বিলম্বিত লয়বুনা

ধ্বনিপ্রধান, ধীর লয়বুনা তানপ্রধান অমসুং দ্রুত লয়বুনা শ্বাসাঘাতপ্রধান হায়না খায়দোক্লিবা অসি মণিপুরী ছন্দদসু য়াওকম খোকই হায়না লৌরুংগী য়াদনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মশক অমদা খায়দোকপনিনা মণিপুরী ছন্দদসু নিয়ম অসি মমিংগা কোয়না ইনবতনি। বাংলা লোনগী তোপ তোপ্পা খোন্থোক অমসুং অক্ষরগী শকক্তম অহুদি মণিপুরী লোন্দা লেবা নত্তে। হায়বদি বাংলা ছন্দগী শ্বাসাঘাতপ্রধান ওইবা দ্রুতলয়গী ছন্দগী মশক্তা মণিপুরী ছন্দগী মথল অসিমক্তা মওংগা মায়দে—খোন্থোক্তা, মাত্রাগী চাংচত্তা অমসুং পবর্ব পবর্বাঙ্গগী মশক্তা।

## সংস্কৃত ছন্দগা শ্রেননবা

বাংলা ছন্দদা কাংবু খরনা সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকনবা হোৎনৈ। য়াম্নমক মহৈ য়ানখিবদি নত্তে—অহুম তোপতোপ্পা ছন্দগী কাংলুপ অনি ওইনা লৈ। মণিপুরী ছন্দদদি হৌজিক ফাওবদা কবি অমত্তনা পুশিল্লকবা হোৎনদ্রি। ছন্দগী মশক তাকপদা সংস্কৃত ছন্দগী পাদম লৌহুনা তাকনবা হোৎনবা খরদি থেংনরে। অসিমকপু লোন অনি অসিগী মপুং ওইনা চাউনা খেন্নবা অমা লৈবনা তাক্লিবা অসি চুমলে হায়না লৌবদা য়াম্নমক য়ানা খোকই। সংস্কৃত ছন্দগী মপুং ওইবা য়াকম অমদি হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘ স্বরগী ভিন্নরূপগী তোপ তোপ্পা শক্লোন কয়ানা পাখেংরকপদা খোন্থোক্তা ঈহৌ অমা থোকহল্লি হ্রস্ব অমসুং দীর্ঘ স্বরগী মশক অমসুং মাত্রা মশীং কায়চেন্দ; অনি অসিগী ভিন্নরূপগী অচেৎপা নিয়মদা ছন্দগী ঈচেল চেন্থহল্লি। দীর্ঘ স্বরবুনা চপ চানা মাত্রা অনি লৌহল্লি অমসুং হ্রস্ব দীর্ঘগী কময়মতুগী মতুং ইন্না মরেক অহুম অহুম্না গণ (foot) অমমম শাই অমসুং মগণ, নগণ, ভগণ অসিনচিংবা গণ মথল নিপাল্দনা অরিবা সংস্কৃত ছন্দগী মশক লেপই। মখোয়দু বৃত্ত ছন্দ কৌই। তৌবগীদি সংস্কৃতকীসু মাত্রিক ছন্দ হায়চুনা অমা লৈরি—মহুদা মাত্রাগী চাউরাক্তা মায়বা মশকনা ছন্দগী মশক লেপই। অদুবু হ্রস্ব দীর্ঘগী মাত্রা

মশীংদি চপচানা থম্বনা মণিপুরী ছন্দগা মাম্নৈ হায়না লৌবা ওমদে। খুদম অমত্তং য়েংসি—"মম্নাং লৈকাই থম্বাল শাংলে" হায়বসি মণিপুরী ছন্দদি মাত্রাগী মশক ২+২+২+২ নি হায়বদি ৮ তনি। সংস্কৃত ছন্দগী মশক লৌহনা মাত্রিক ছন্দদা পুশিল্লকুবা হোৎনরবদি মাত্রা ১৫ গী মশক অসি ওইরকনি—মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে। অসিনা কনা য়াম্না মান্নবা মওং অমা উরবনু মাত্রাগী শককঃদা চাউনা থেন্নবা অমা লৈবনা সংস্কৃত ছন্দ অমসুং মণিপুরী ছন্দ অনি অসি নকশিনৈ হায়বা য়াদে। অক্ষরগী মশীং অমসুং সুরগী শবকম্না মণিপুরী ছন্দদা মপুং ওইদে। মণিপুরী ছন্দদা মপুং ওইরিবদি - পর্ব্ব নত্রগা পর্ব্বাঙ্গ অমমমদা লৈরিবা মাত্রাগী মশীং অসিনি। সংস্কৃত ছন্দদা স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী অপুনবা মশক্না তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মশক লৌরকই। মণিপুরী ছন্দদা হ্রস্ব দীর্ঘগী খেন্নবা থোইনা লৈতে—অনি অসিগী থাদোক্নবা য়াদবা কমকমগী অচেৎপা নিয়ম লৈতে। কন্নিগুম্না মওমদা অনি অসি হাইফেৎনা মান্নরুবা থোক্লবনু তশেংবদি খেন্নবনি। কনা কনাগুম্বা ছন্দশস্ত্র নৈববা কাংবুনা মণিপুরী ছন্দবু সংস্কৃতগী মাত্রিক ছন্দদা পুশিল্লরুবা হোৎনরিবা অসি চুমই হায়না লৌবদা য়াম্নমক বানা থোকই। মপুং ওইনা লোন অনি অসিগী খেন্নবা লৈরিবা অসি য়োশিন্না উশিন্দবা মাল্লি। সংস্কৃততি আর্য্য জাতিগী লোননি, অনার্য্য জাতিগী থোম্বোক্তা থরমখৈ চিংথরকপগী য়াওনি। মণিপুরীনা আর্য্য নত্তবা কাংলুপকী লোন্নি; আর্য্য লোন্দা হাইগৎলকপগী তাকমদি থোইদোকপা লৈতে।

## ইংরাজী ছন্দগা খেন্নবা

হৌজিক কাওবদা কনাগুম্বা মণিপুরী কবি অমত্তনা ইংরাজী ছন্দদা কবিতা ইনবা হোৎনব্রি। বাংলানচিংবা লোন থরদদি হোৎনরম্বগুম থেংনরে। অদুবু লোন অনি অসিগী মপুং ওইনা খেন্নবা অমা লৈবনা ছন্দগী বিচার তৌবদা নকশিন্নবা য়াদে। মথক্তা নৈনখ্রিবা শরুকগী ঐথোম্বনা খঙবা ওম্নগনি—মহুদি মণিপুরী ছন্দদি মাত্রানা লেপ্না

(quantitative) মওংনি। মাত্রাশিংনা মশীং কক্না শাগংলকপা পর্বশিং চরণ মওং কয়া শেমদুনা ছন্দগী ঈচেল চথরি। মাত্রাগী মশক লেপ্লকপদা অক্ষর (Syllable) গী মশকস্ত দরকার লৈরি। তশেংবদি মণিপুরী ছন্দদদি স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী অরেপ্পা নিয়ম অমা ইন্দবমা অক্ষর (Syllable) নত্রগা খোঙ্হোক্কী চাংনা মাত্রা অমসুং পর্বগী মশক লেপই। মাত্রাগা অক্ষরগা অমতা ওইনা অয়াম্বা মককমদা লোই। মপুং ওইবা রাকমদি মাত্রা মশীংগী অকক্নবা চাং অমনা ছন্দগী মশক লেপ্লসিনি।

ইংরাজী ছন্দগী নিয়মা অতোপ্পা অমনি। ছন্দ অসিদনা খোঙ্হোক (syllable) গী তোপ তোপ্পা মশক অমনা হায়বনি হায়দোকপদা খরা কল্লপ তৌনা হায়দোকপা (accent) অক্ষরগী মশকনা অমসুং অসিগুম্বা accented ওইরবা অক্ষর অসিগী মশক্না ছন্দগী মশক লেপই। শয়া হায়রবদা qualitative ওই —মাত্রানা পুবা quantitative হায়বদু ওইদে। অক্ষর মশীংনা ইংরাজীগী ছন্দ শাগংতে। ইংরাজী ছন্দগী করাং ওইরিবা মতাং (foot) অমমমদ accented ওইবা অক্ষর অমা অমসুং unaccented ওইবা অক্ষর অমা নত্রগা অনিগী মাওচুং কদ্বগী নিয়ম খয়মা ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক লেপই। foot অমদা accented ওইবা অক্ষর অমথক য়াওবা অমসুং accent য়াওদবা অক্ষর য়ামহৌবদা অমা অমসুং অনিদগী হেনবা লৈগদবনি। মরম অসিনা ইংরাজী কবি Coleridge না পাউতাক পীরমই—accent মশীং থীয়ু অক্ষর মশীংদি খোশারুম্মু (Count the accents, ignore the number of Syllables—Coleridge)। মরম অসিনা ইংরাজী ছন্দবু মশক তাকপা মতমদা অক্ষর মশীং থীদে। করম করম্বা অক্ষরদা accent তাবগে হায়বদু পাহনা য়েংথোকপা তাই অমসুং মতুংদা accented ওইরবা অক্ষরদুগী কমকম রেংহুনা ছন্দ অদুগী foot শিং খায়দোকপা তাই। অদুগা কৌঙ ঈশৈনচিংবদা য়াওরিবা স্বরাঘাত ছন্দগী

মশক্কী accent অসিদি ছন্দগী মতুং ইন্না চঙজরকপনি। অক্ষর অতুদা মতম পুন্নমক্তা accent অদু য়াওগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। ইংরাজী ছন্দগী accent তি য়াহৈশিং অদু পাথোকপদা মশানা য়াওজরবা খোন্থোক্কী মশক্তি; থওইনা হাপচিল্লুবা নত্তে। মণিপুরী ছন্দদা য়াওরকপা accent তি দরকারগী মতুং ইন্না মতাং মতাংদা থরা বরূপ তৌনা স্বরগী শাফু পীরকপগী মতাংদা চঙজরকপনি। অতোপ্পা মতাং অমদদি accent পুন্নমক অদু মাওংখিগনি। ইংরাজী হায়বসিদি accented ওইবা লোনগী শাগৈ অমনি।

মতাং অসিদা লৈখিত্রবা পণ্ডিত য়াহেংবম য়ুমজাও সিংহনা লোনগী রায়েল হায়বা লাইরিক্তা হায়রম্বা অদু নৈনবা য়াই। পণ্ডিত অসিগী মত মতুং ইন্না ইংরাজী ছন্দগা মণিপুরী ছন্দগা মপুং মান্নৈ হায়বগুম্বা অমা হায়রমই। মথক্কী লাইরিক অসিগী অনিশুবা শরুক্তা ইরি—"মীতৈ শৈরেংসি বাঙ্গলাগুম্না ময়েক মশীং থীজুনা লেংদে, ইংরাজীগী মতৌগুমই হায়বা য়াই। মহুদি ইংরাজীদি য়াহৈ তাংকম (syllable) থীজুনা লেংই। মীতৈরোনসু য়াহৈ তাংকম থীজুনা লেংগনি।" পীরিবা মত অসিদা ইংরাজী ছন্দগী মথবাই ওইরিবা accent অসি উশিন-হৌদবনা লোন অনি অসিগী ছন্দগী খেন্নবা মশক খঙদবনি হায়না লৌই। অহুগা বাংলা লোনগীসু ময়েক মশীং থীজুনা শাগৎপা ছন্দগী মশক নত্তে—মাত্রা হায়বসি ময়েক্কা চপ মান্নদে। অক্ষরগা হেন্নহুম নকশিন্নৈ। অসিনা খেন্নবা থরদি লৈরবসু মণিপুরী ছন্দগা বাংলা ছন্দগা—quantitative ওইবা ছন্দগী মশক তাক্কনি হায়বসিমদি তশেংনা চুম্বা য়াকন্নি। বাংলা অমসুং মণিপুরী ছন্দদা মাত্রাগী মশীংনা ছন্দগী মশক লেপই; ইংরাজী ছন্দদা accent কী মশকনা ছন্দগী মশক তাকই হায়বদি qualitative ওই quantitative ওইদে।

থায়নগী মৈতৈগী হেপলি ছন্দ—পাবোৎ অমসুং থাওয়ৈ ?

মৈতৈ পেনাগী ওঝাশিংনা পেনা শকপদা হেপলি ছন্দ হায়বা অমা হেক হেক পল্লি। মসি চপচাবা থায়নগী কবিতাগী ছন্দগী মশক্কা নত্রগা ঈশৈগী সুরগী রাগ রাগিণীগুম্বা মশক অমরা নত্রগা ছন্দবু হেপলি হায়না খঙনরা হায়বহ্ন চপচানা লেপ্পা ঙমদ্রি। শৈরেংগী ছন্দগা ঈশৈগী সুরগা খেন্নৈ। শৈরেংগী ছন্দনা শকপা নত্রগা পাবা মতমদা থোকপনি—করিগুম্বদা ঈশৈগুম্না শক্লবনু। ঈশৈগী সুর অমসুং শৈশক্কা তাল অমসুং রাগ রাগিণীগুম্বগী মওংদা চথরকপা মশক্লি। পেনাগী ওঝাশিংনা ঈশৈ ওইনা শকপনা হেপলিগী চপচাবা মশক লেপ্পদা খরা কুপশিন্না য়েংশিনবা অমা চঙলি ;

অসিমকপু লৈখিদ্রবা পণ্ডিত শাহেংবম য়ুমজাউ সিংহনা মহাকী লোনগী রায়েল অহানবা অমসুং অনিসুবা হায়বা লাইরিক অনিদা হেপলিবু কবিতাগী ছন্দগী মশক ওইনা পুথোক্লমই। পণ্ডিত অসিগী মত মতুং ইন্না থায়নগী মণিপুরী ছন্দদা হেপলিবু মশক তাকপদা "বাহৈ তাংকক ৭ না মসিগী খোংকম অমা শাই অমসুং মরিগুবদা পোথাকম ওইরগা তরেংশুবদ মপূং ফায়" হায়না খঙহল্লি। খুদম—নোংপোকথংবা। ভারত্তা ।। চীংনা কোয়না। পনশাবা।। অসিনচিংবা। করি করিগুম্বদা বাহৈ তাংকক (Syllable) ৫দা পোথারগা ৮শুবদা লোইশিনবনু য়াওই। খুদম—ঙসিগী লাইরেন। নোংজাদা।। অসিনচিংবা। হেপলি হায়বা ছন্দ অসি মণিপুরী শৈরেংদা থায়দগী চংনৈ হায়না পণ্ডিত অসিনা অরেপ্পা মত পীরি।

মথক্কী হেপলিগী মশক অসি লৌরগা ছন্দগী মরমদা থিজিনবা কনাগুম্বনম্ব অমুন্না মত পীরি। বাহৈ তাংকক ৬ না খোঙকম অমা শারগা হেপলি থাংনৈ কৌগনি। খুদম—শমোকতা পাউনম্বা। নোংযাইদা মঙজিবা। হেপলিগা হেপলি থাংন্নেপা লেংমিন্নহ্নবা হেপলি পাবোৎ শারকই। খুদম—পোকচবদি তম্পাময়ুম। চাউখিবনা কোন্নুং।। অসিনচিংবা। অমুন্না থায়নগী অরিবা অমসুং অনৌবা শৈরেংগী মশক

তাকপদা হেপলি, হেপলি প্রাংথয় অমসুং হেপলি পাম্বোং অসুমা মশক অহুম থোক্লা থায়দোক্লুনা মণিপুরী ছন্দগী মশক তাক্লি। পেনাগী ওঝাশিংনসু য়াহৈশিং অসিদি শীজিন্নই।

মথক্কী মণিপুরী ছন্দগী নৈনখিবা শরুক্তা মাত্রা ৬, ৭ অমসুং ৮ গী পর্ব্বশিংনা মণিপুরী ছন্দদা য়াম্মক চংননা শীজিন্নরি হায়বসিদি মতাং কয়ামুক্তা পনম্লে। থায়নগী হেপলি হায়বসিনা চপচানা কবিতাগী ছন্দগী মথল অমনি হায়না লৌরফাওবদা চুম্মতগী পর্ব্বগী মশক্লা ছন্দবু থায়দোকপসি বৈজ্ঞানিক ওইদে। পেনাগী ওঝাশিংগী শৈশক্তা য়াম্মী লীথরকপদা লেপফমগী শুকক্লবা অমা থমজ্রবসু চপচানা শৈরেংগী ছন্দগী মশক খিরকপদদি অমসুং তাক্লকপদদি পর্ব্ব'শিংগী পোথাফম চরণ অমসুং স্তবকনচিংবসি থরগা কূপনা য়েংশিন্দবা য়াদে। য়াকম অসি থায়নগী অয়িবা শৈরেংশিং নৈনবদা থোরকই। অহুগা বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব চঙলক্লবা মতমদদি চপচানা মথক্তা নৈনখ্রিবা পয়ারনচিংবগী মশক অসিদি লৈরক্লে। মরম অসিমক্তা কবি খুাইরাকপম চাওবমা ছন্দগী মতাংদা থজিক্তং পল্লবদা মাত্রামশীংদি থোইনা য়েংশিল্লক্রবসু থায়নগী মৈতৈ ওঝাশিংগী শৈরেংদা লঘু ত্রিপদী, দীর্ঘ ত্রিপদীনচিংবসি শিজিন্নরমই হায়না অরেম্বা মত পীরি। হৌজিক্কী ওইরিবা মণিপুরী শৈরেংদদি পয়ারজাতিগী শৈরেং অসিদি মওং তানা ফজনা অয়াম্বনা শীজিন্নরক্লে। অক্ষর (Syllable) ৬, ৭ নত্রগা ৮ গী পূর্নশিন্নবা পর্ব'গী শকফমনা ছন্দগী মশক তাকপদি মপুং ফাদবা ওইনা লৌগনি। অক্ষরগী থোমজিনবা মশক অমনা করিগুম্বা ছন্দবু মশক তাকপা চুমদে। মণিপুরী লোনশীসু পর্ব', চরণ অমসুং স্তবক হায়না অমসুং ইংরাজীনচিংবা লোনশীসু Foot, Verse অমসুং Stanza হায়না শোয়দনা লৈফম থোকই। হায়রিবশিং অসি করিগুম্বা ছন্দ অমদা চঙবা য়াত্রবা তাক্কনি। থেররিবদি মশক্কনি।

য়েংশঙ্ঙবা—মৈতৈগী হেপলি নত্রগা হেপলী হায়বসি করিনো হায়না পেনাগী লৈখিল্লবা লৈবাক্কী ওঝা অহোংজাউ সিংহদা চঙলা হংজরকই। ওঝানা অসিবু হেপলী কৌই হায়দুনা শৈরোল থরা

শকপীরকই। মথক্তা পনল্লিবা হেপলী থাংগৈ, হেপলী তাইবোংনচিংবগী তোপ তোপ্পা মাত্রা মশীংনা লেপ্পা মশক্তী প্রমাণ কংখিদে। অদুগা হেপলী হায়বসিদু খোল্লোকী (Syllable) মশীংনা লেপ্পা শৈরেংগী ছন্দ মথল অমনি হায়র্বসিগী চপচাবা মশকনু কংখিদে। হেপলি হায়বসি চুরগী থায়নগী পেনাগী অশৈবশিংগী ঈশৈগী ছন্দগুম্বা শৈশক ওইনদুম থেংনখি। হেপলি হায়বা অসিমক থায়নগী ঈশৈগী নত্রগা শৈরেংগী শৈশকপু খণ্ডনবগুম্বা অমা থেংনখি। মতাং আসদগী পণ্ডিত মুমজাও-ন'চংবনা পুখংপীরবা হেপলীগী মশক অসিদা চিংনবা অমা পোকখি। মাকম অসি লেখকনা ওঝাবু মুমা খণ্ডহনা তৌরমনু য়াই নত্রগা হেপলিগী অর্থদি ছন্দ হায়না খণ্ডনরমনু য়াই। লৌখত্রবা ওঝাসিনা চপচানা ওঝাগী মত শীবদনু খরা লুনা থোক্লে। অসিমকপু মাহে অসি শীজমবা থ'য়নগী লাইরিক অমখকথং য়েংসি।— "নোংমায় ইশাবী। লাংলেন রাপীহন। শোহরেন হাম্না লৈফাওবা-ও। শাবী মংগী। ওঝা লাইওই-নবা। নোংবান পায়মা ভানবনা। শেম্বীপা মায়ীদগী। ধনঞ্জয় লাইবু নীংথবু! হেপলি মপা থি। অশৈলিরোঙ, শকপবু। নশানৌ ঞৈনা। অপাম পুক্লীং চঙভে। শাবী নোংময় লাংলেনহন-ও। মাকমা হেপলী মপা থি। লংসুং চীম্তাই শম্মা মুকমৈ নারল শোনবী-ও।" (ধ্রনঞ্জয় লাইবু নীংবা—অহানবা কোণ্ডবা লামায় ১—২)

মথকী লাইরিক অসি শ্রীনিংথোখো'জম খেলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা চাউরাক্লা ১৮ শুবা ইং কুমজা শতাব্দীদা ইখি হায়না থাজনবা লাইরিকি। মসিদা পুরবা হেপলিগী ভাব অসি চপচানা ছন্দগী অর্থদা লৌবরা হায়না চিংনহল্লি। ঈশৈগী নত্রগা শৈরেংগী ছন্দবু থায়নগী অরিবা লোন্দা হেপলি কৌবরা হায়না খাজহল্লি। লৌখৎলিবা মতাং অসিদা অক্ষর ৭ নত্রগা ৮ গী মাকম খোইনা পুশিন্নক্তে। অদুগা ঈশৈগী রাগ রাগিণীগী মওংনু মান্দে। রাগ রাগিণীগী মতাংদদি শিকপলোন, নাহৈরোলন'চংবা কয়া সিনদুম হেমা চুশিন্নবা ওইগনি।

মথক্কী নৈনন্নিবা থরসিদগী তান্নকপা মওং অমদি—হেপনি হায়বসি ছন্দবু থঙৌ। ছন্দগী মথক্ত অমবু নত্তে। ছন্দবু থায়নগী অন্নীবা মণিপুরী লোন্দা হেপলি কৌই। হেপলি হায়বা ছন্দ মথক অমা লৈত্তে। অসিগুম্বা থায়নগী ছন্দদা মাত্রা ৪+৩, ৫+৩ নত্রগা ৩+৩ না থরা ত্তোয়ননা চংনবদি মণিপুরী লোনগী তোপ তোপ্পা মশক অমনা ত্তৌবনি। কয়দৌনা মাত্রা ৪ অমসুং ৩ না পূনশিনবা পর্ব্ব অসিনা অমুক য়াম্না চৌন্দগী হায়দোকপদা চুনরমইবনো হায়বা বাহংহুদি মণিপুরী লোনগী থায়নদগী চংথরকইবা লোনগী খোম্মোক অমসুং মশক্কী মগুং ছনজিমা খঙজিনবদা লৈরে। মসিমক্কসু লোন অতৈদগী থেন্নবা মণিপুরীতগী ওইবা বাহৈগী খোম্মোক্কী মতা চানা পূনশিন্নবা মশক অমা চপচানা তাকপা ঙমগনি।

— — — —

# মণিপুরী ছন্দগী অশংবা ইতিহাস

মণিপুরী সাহিত্যগী থাক্সনগী ওইবা শকফমগী মথং মনাউ নাইবা অরেপ্পা মশক অমা হৌজিক কাওবা লেপ্পা ডমত্রিবনা মণিপুরী শৈরেংগী ইহান হানবা শরুক্ কৌরিনো হায়বদা খুম্বা ফনা লুপনি। সংস্কৃতনচিংবা ভারতকী ওইবা লোন্দগী বাহৈনচিংবদি ফনা যাম্না লৌশিল্লবসু অমসুং বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব ফনা য়াম্না মমৈদা তারক্রবসু মণিপুরী লোন হায়বসি তশেংবদি আর্য্যভাষাগী লোন কাওলুপকী মনুংদা চন্দে হায়বসি লোন নৈনবশিংনা মত পীনরি। অসিনা স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী মতাংদা অরেপ্পা নিয়ম ইনদ্রা হায়বা অসিমদি মণিপুরী লোনগী ছন্দদা ময়েক শেংনা য়াওরে। আর্য্য নত্তবা জাতিগী ওইবা লোনগী খোন্থোকী মশকনি হায়না লৌনরবা—মাত্রা মাপ্পবা হায়বা অসিনা মণিপুরী ছন্দগী মপুং ওইবা থরাপ্পগী মশক ওইরক্লি। হায়রিবা মাত্রা মাপ্পবা (মাত্রা সমকত্ব) তাযবসিদি বাংলানচিংবা লোন্দসু নত্তনা সংস্কৃতনচিংবা লোনদা ফাওবা থিংডমদনা চত্তশিল্লকই। কবি জয়দেবগী মমিং চৎলবা গীতগোবিন্দম্ হায়বহূ থায়নগী বৃত্ত ছন্দগী মশক ফনা য়াম্না থাদোক্লক্তুনা মাত্রাগী মশীং মাপ্পবগী মায়কৈদ চৎশিল্লকপনি—অশেংবা বৈদিক ছন্দ নত্তে। অসিমকপু লাইরিক অসিদসু স্বরগী হ্রস্ব দীর্ঘগী মশক অমদি কায়দনা থমজি। মণিপুরী লোনগী ছন্দদদি মশানা য়াওজদবনা খোনফম (অক্ষর—**Syllable**) অমনা মাত্রাগী চাং ওইরগা মশীং থীজ্না পুনশিল্লগা মতুপ-মতুপ পর্ব্বাঙ্গ অমসুং পর্ব্বগী মওংদা তিন্নজ্না চথরকই। মাত্রাগী মশীংসি কয়া কায়গুম্বদা অথোই-অহেন নাইরকই। অসিমকপু খুায়দগী হেন্না মনিপুরী ছন্দদা চুনবা মাত্রাগী মশীংদি ২+২+৩ মত্রমা ৩+৪ অমসুং ৩+৩নি হায়বা তাই। থায়নগী অরিবা লাইরিকশিংদা অরিবা মৈতৈ চেদা বাহৈ পুম্নমক লৌশাং শীংনা অয়াম্বা ইথরম্বনা ফনাগুদনা

য়ারেং তাক্কনি হায়না লৌবা য়াওই। মসিদি অয়ানবনি। চে মাঙ-হন্নীংদহুনা থন্না ইরম্বগী য়াদনি। ইরম্বা অদু কুপ্পা য়েংশিল্লবদি ছন্দ নাইনা পাবা য়াবা মাত্রা মশীং চাউরাক্না থীহুনা চংথবা পাবা কয়া থেংনৈ। মথোয় অদু শৈরেং তাক্কনি য়ারেং নত্তে। পাম্বোইবী খোঙ্গুল-নচিংবা লাইরিক কাওবা থায়নগী শৈরেংগী মশকনি হায়নবা কনাগুম্বা য়াওই। অদুগা লাইরিক কয়াম্ ঈশৈ ওইনা ছন্দ নাইনা শক্তুনা থাইনগী মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা পানরি।

থায়নগী ছন্দ ৷ মশক তাকপদা লৈখিত্রবা কবি খুইরাকপম চাউবনা অরিবা লাইরিক্কসু মাত্রাগী মশীংদি থরা অথোই-অহেন নাইনা পয়ার অমসুং ত্রিপদীনচিংবা শিজিন্নরমই হায়না মত পীরি। মমিংশিং অসিমক্তি বাংলা ছন্দগী থায়নগী মশক তাকপা মমিংনি। অদুগা বাংলাগী অরিবা ছন্দনা মণিপুরী লোনগা নকনরকপা মতমদা শীজিন্নরকপনি হায়বসিসু মশানা তাবনি। বাংলা সাহিত্যগা মণিপুরি সাহিত্যগা নকশিন্নরকপসি য়ামত্রবদা চহি চনিরোমদি ওইরে। অদুগা অচৌবা কাংবু অমসু বাংলা লোন্না কাওবা থম্মোইগী য়াবা কোংদোকপা অসি কন্না কুইনা তৌনরমই—ধর্ম্মগী ওইবা লাইরিক কয়া পানরমই অমসুং পানরি। লাইরিক থীবা-হায়বগী ওঝাশিংনা বাংলাগী অরিবা পয়ারবু ঈশৈ ওইনা শকনরি অমসুং অর্থ তৌনরি। পয়ার হায়বা য়াহৈ অসিমকসু বাংলাগী ছন্দবু নৈনবশিংনা পদাকার (পদ+আকার) নত্রগা পদগী মশক্কী থোরকপনি হায়না থাজনৈ। মমাংঙৈদা ঈশৈ অমসুং দোহানচিংবা পুন্নমক মওং অসিদা তৌনরমই। অদুবু বাংলাগী পয়ারগা মণিপুরীগী পয়ারগা মমিং মান্নরবসু মশক্তি মান্নত্রি। বাংলাগী পয়ারগী মাত্রা মশীংসি ইতিহাসকী মায়কৈদগী য়েংলুরবদি অহানবা মাত্রাগী মশক ৮+৮, মথংদা ৮+৭ তা অমসুং অকোনবদদি ৮+৬ কী মাত্রাগী শককরদা লেপ্লকই। মণিপুরীগী পয়ারদি মাত্রা ৭+৭ কী মশক্তা হৌজিক

ফাওবদা মপুং ওইনা চথরি। পেনাগী অশৈবশিংনা শীজিন্নরিবা পয়ারগী শককমস্তু মাত্রা ৭ | ৭ না (পর্ব্বদগী শরুক্তা ৪+৩) মপুং ওইনা চথরি। তশেংবস্তু মণিপুরীশিংগী খোম্থোক্তা মাত্রা ৭ হায়বসি ওম্থোকনা চংননা থোকপ্লে। লৈখিত্রবা কবি হিজম অঙাংহলনা মহাকোং মমিং চংলবা পদ লিশিং কুন্থ্রাদগী তাত্রবা প্রথ্না—খ্রাইবী শৈরেং মহাকাব্যবু মাত্রা ৭+৭ কী ছন্দদা পয়ার ওইনা ইখোকপীরনই। থায়নগী অরিবা লাই-রিকশিংদা বারীনচিংবা ঈশৈ ওইনা শকপগী মওংদা চথরকপদা পয়ারগী চপচাবা মশক তাত্রবস্তু মাত্রা ৭ | ৭ কী মাত্রাগী চাং অমদি য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা থেংনৈ। করি করিগুম্বদা মাত্রা ৬ | ৬ সু শীজিন্নবা থেংনৈ। খুদম—শমোকতা পাউদম্বা | নোংম্নাইদা মওলিবা ।। হায়বনচিংবা পর্ব্বগী খোঙচত্তা। অম্তবু মাত্রা ৭ | ৭ ভাক্তনি।

বাংলাগী ছন্দদা মম ওইগদা লাচাড়ি হায়না খংনরম্বা মতুংদা ত্রিপদী হায়না কৌনরিবসি লাচ নত্রগা লাচাড়ীগী খোকপনি হায়বসি বাংলা ছন্দবু নৈনবশিংনা মত পীরি। মসিদা জগোইগী অমা, অনি অহুম হায়বা মওং অহুগা মশক ফনা য়াম্না মাত্রবা য়াওরি। জগোই ঈশৈগী তাম্বাদা অহুম চংলগা মুংঙাইবগুম্বা অমা য়াওবনা ঐখোয়না শক্লরিবা —চৌংদা শাংপা ইঙোল্ল। চিননদমা কেনথ্রিবা। কল্লকই-দে হায়বা অসিদগী হৌরহুনা থায়নগী অরিবা শৈরেং অমম্তুং ঈশৈনচিংবদা ত্রিপদীগী মশক অসি নীংখিজনা থেংনৈ। খুদম—গুরু খোজান মায়োকনা। থম্মোই লাইদা কংনদি। খুরুমগে সে ।। (পাপ্রংমা আহংয়েনশৈ), নোং পাথংগী মপারী। নোংদোন কোরৌ হনববু। খুরুমগে দে ।। (কুমদম্বশৈ), হয়ুম য়ানবা থোদাংকোক। শীং চল্লকউ হায়রগা। কৌ পুরকপা য়ানবা ।। নঙনা চাকপু হায়রগা। কৌগাক চজিক নমথীবা। চাকপু শানা পীজগে।। (কৌশু ঈশৈ)। অম্তবু বাংলাগী ত্রিপদাগা মণিপুরী ত্রিপদীগা মশক মায়দে। বাংলাগী ত্রিপদীনা অহানবা মাত্রাগী

চাং ৮+৮+১২ . ওইরগদগী মমৈদা ৮+৮+১০ ওইরকই অমসুং দীর্ঘ ত্রিপদীগী মশক লৌরকই। লঘু ত্রিপদীনা মাত্রাগী চাং ৬+৬+৮ দা লেপলি। মণিপুরী ছন্দগী ত্রিপদীনা মমাংদা মাত্রাগী মশক চাউরাক্রা মাত্রা ৭+৭+৫ দা লৈরম্বদগী হৌজিক্কী অনৌবা সাহিত্যাদদি মাত্রাগী মশক ৭+৭+৭ নত্রগা ৭+৭+৮ না দীর্ঘ ত্রিপদীগী মশক অমসুং লঘু ত্রিপদীনা মাত্রাগী চাং–৬+৬+৭ নত্রগা ৬+৬+৯ দা ওইরকই।

অসিগুম্বা থায়নগী লৈজরম্বা পয়ার জাতিগী ছন্দগী মশক অসিবু মৈতৈগী পেনাগী অশৈবশিংনা হেৎপলি হায়মা কৌরম্বা ওইগনি। মাত্রা ৭।৭ তা হায়দোকপা মুংঙাইবা অমা পোকপনা কনাগুম্বশিংনসু হেৎপলিবু মাত্রা ৪।৩গী মশক্তি হায়নখিবা বাকমনি। তশেংবদি ছন্দবু মণিপুরী লোন্দা হেৎপলি হায়না কৌরম্বা য়াই হায়বসি মথন্তা নৈনগ্রে। মাত্রা ৭।৭ কী পবর্শিং অসি শৈশক খেন্নবা অনি অনি পুবশিল্লকপদা হেৎপত্রি থাংগৈ, হেৎপলি পাবোং হায়না পেনাগী ওঝাশিংনা শীজিন্নরম্বনি মাত্রা ৭।৭ কী চাং অসি করিগুম্বা মাত্রা ৬ নত্রগা ৮ ওইরকপসু ময়াওরমগনি। শীজিন্নরিবা মথলশিং অসিগী চপচাবা মশক করিনো হায়বসুদি খরগা হেন্না অমুক কুপশিল্লা য়েংশিনবগী দরকার ওইরি। মপূং ওইবা বাকমদি হেৎপলি থাংগৈ অমসুং হেৎপলি পাবোং হায়রিবা অনি অসি শৈশকনা লেপ্পরা নত্রগা তোপ তোপ্পা মাত্রাগী চাংনা লেপ্পরা হায়বসু হৌজিক ফাওবদি ময়েক কয়া শেংনা পুথোকনদ্রি।

খোম্থোক্নী মান্নবা খোংচংকা লোয়ননা মান্নদবা কয়ানা পুনশিন্নগা ছন্দ হায়বসু ওইরিবনি। মান্নবনা ছন্দগী মথরাই হাপই; মান্নদবা অমসুং অনৌ অনৌবা ছন্দগী মশক ওইরকই। মান্নবগী মওং য়াওরবসু ছন্দ ওইদে; অদুবু মান্নবা তাক্লনা চথরবসু শকপদা অমসুং তাবদা

লুংঙাইবা বাংকনি। ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক্তা অতাবগী নাকোংদা রস কয়া পোকহনবা ঙমই। কমদৌরিগা মান্নবা অমসুং খেন্নবগী মশকনা ছন্দদা চওহল্লগা নীংথিজবা কাউঙমদবা শৈরেং ওইগদগে হায়বদু যুগ যুগ কয়াসি কবিশিংনা থিনরক্লি অমসুং হোৎনরক্লি। মমাংঙৈদনা ঈশৈ ওইনা শকপদা অমসুং পাবদা মান্নবা মশকনা নাকোংদা তাবদা লুংঙাই-রমই। হয়া হয়া শৈশক অমদা চথরবসু রাগীগী নীংথিজবা রস অমা পোকহনবনা অতাবদা চোকথবা পোকহল্লমদে। ঈশৈগী রসতা লুপখিহ্লনা পয়ার ছন্দগী না-পু তাবা মান্নবা ফাওবা চেকশিন্নক্তবা অমসুং চরণ অনি অনিগী মান্নবা খোঙচৎ ফাওবা খৌশারক্তহনা ঈশৈ ঈচেনগুম্না চেন্থহনা লেপনিংবা মফমদা লেপ্পা ফাওবা কয়া থেংনরি। হৌজিকী শৈরেংদদি শক্তন্নদগী চেদা ইহনা পুখোকনরক্নবনিনা য়েংবদা কজবা অমসু দরকার ওইরক্লি। ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনগী লুংঙাইবা কাও-হনবদসু নত্তনা অনৌ অনৌবা সুরগী য়াওলগী ফজবসু হাপ্পবা হোৎনরক্লি। ছন্দগী অনৌবা ইহল ফাওরকপা খুদিংগী কাব্যগী শকফমসু অনৌ অনৌবা মশক লৌরকই। ছন্দ হায়বসি কাব্যগী চুন্নগী ফোঙদোক্লবা অচম্বা মশক নত্তে; ছন্দ হায়বসি কাব্যবু মুক্তি ওইনা পুখোরকপনি।

কবিনা তোপ তোপ্পা খন্নোইদা ফাওরিবা শৈরেংগী ইহল অহুগা লোয়ননা ছন্দগী ওন্নকপা মশক্তা চথখিন্নরি। সুরগী অনৌবা ইহল ফাওবগা লোয়ননা ছন্দগী অনৌবা মশক থোরকই। কবিগী মফমদদি "brains beat into rhythm" হায়নবা—ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মশক্তা কবিগী ওন্নকইবা ভাব অমসুং বাখলগী ঈহৌ অমমম থোকহল্লি। মরম অসিনা কবিতাগী ইতিহাসতা কবিশিংগী তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মশক-শিং অরোই অথম নাইদনা পুখোক্লরক্লি। মণিপুরী ছন্দদসু অসি মঙাই।

কুনগুবা ইংরাজী শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াওন অমা থোরকই। মতম কুইনা খৌশাবীরমজবা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু ইংরাজী অমসুং বাংলা লোন নৌহৌনা তম্নরকপশিংনা

সাহিত্য অমা ওইননবা অনৌবা মহোৎনা অমদা চথরকই। থায়নগী সাহিত্যনা মৈতৈ ময়েক খঙবা পণ্ডিতশিংগী ওইশ্রে। ইংরাজী শিক্ষাদা চথরকপা কাংবুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অমা পুখৎনবা কন্না হোৎনরকই। মতম অতুদা সাহিত্যগী সেবা তৌখিবা কবিশিংগী শৈরেংদা মণিপুরী ছন্দগী মশক অসি মওং তানা থেংনবা হৌরকই। কবি খুমাইরাকপম চাউবা সিংহগী ছন্দদা পয়ার জাতিগী ছন্দশিং হায়বদি পয়ার, লঘু ত্রিপদী অমসুং দীর্ঘ ত্রিপদীনচিংবসি থায়নগী শেংফাত্তুনা লৈরম্বা মশকতগী মওং অমা ওইনা পুথোকপা হৌরকই। ত্রিপদীগী মাত্রা চাউরাক্লা ৭+৭+৫ লৈরম্বদগী মওং অমা পুথোরক্তুনা লঘু ত্রিপদীনা মাত্রা ৬+৬+৭ নত্রগা মাত্রা ৬+৬+৯ নচিংবা ওইরকপা অমসুং দীর্ঘ ত্রিপদীনা মাত্রা ৭+৭+৭ নত্রগা ৭+৭+৮ নচিংবা ওইরকপা অসি কবি অসিগী শৈরেং কয়াদা থেংনৈ। অসিদসু নত্তুনা মমাংদৈদা কয়া থৌশানরমদবা লোনগী না-পু তাবা মান্নবা, চরণ অমসুং স্তবকী মওং তানা পুথোরকপা অসিনচিংবসি কবি অসিগী দাননি। মায়কৈ অসোমদা চীংঙাথম ময়ুরধ্বজ, হুরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, হিজম অঙাংহল, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, অশাংবম মীনকেতননচিংবা কবি কয়াসু ছন্দগী মাত্রাগী য়ানশিন্নবা মওং কয়া অমসুং হান্নগী হৈনজবা মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দগী খোঙচৎ অসি থাদোক্তুনা মাত্রা ৮/৮ অমসুং করিগুম্বদা মাত্রা ৮ নত্রগা ১০ ফাওবা য়েৌনা য়ানশিন্নবা মওংগী ছন্দ পুথোক্লরকই। কবি চাউবমকসু লোইরমদাই শৈরেং থরদা অসিগুম্বা মহোৎন অসি তৌরমই। কবি নবদ্বীপচন্দ্রগী "কোকথক্তী শম্লাং লৈপুন্না। মালেম লৈথক্তা চাইত্তুনা শেমজরি ভক্তিগী নিংজবা আসন্দা।" (আবাহন) হায়রকপদা মাত্রা ৮+৮+২ গী অনৌবা ছন্দগী ইহুল অমা থোরকহল্লি। নবদ্বীপচন্দ্রনা বাংলাগী কবি মাইকেল মধুসূদন দত্তগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মতৌ তমত্তুনা মেঘনাদ বধ কাব্য মণিপুরীদা অনুবাদ তৌই, অদুবু অমিত্রাক্ষরগী তশেংবা ঈগুলদি পীবা ঙমদে। দরেন্দ্রজিৎনা ইংরাজী কবিতাগী Sonnet কী মতৌ তমত্তুনা শৈরেং অমা অনি ইরমই। অদুসু চপচানা মণিপুরী সাহিত্যদ চঙশিল্লকপা ঙমদে।

অসিগুম্বা অনৌবা ছন্দগী ঈচৌ অসিদ। খুমাইবগী শীংথানবা য়াবা কবিদি কমল সিংহনি। মহাক্কী শেরেং থরনা ইংরাজী কুমজা ১৯১৯দা লৈ পারেং হায়না মিংথোল্লহনা থোরকপা মতমদা মণিপুরী ছন্দগী তোপ তোপ্পা কক্কবা মশক অমা পুশিল্লকই। মহাক্কা "মতম কুইনগী তুংদা। লেংশিল্লক্লে ইমা-মৈতৈ চনু। মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির-মরুংদা। য়েন্দাই থম্মা লৈ হাপ্পুনা। কংলুসি ইমাগী থুয়াদা।" (মৈতৈ চনু) হায়হনা ইবা হৌরকপদা পয়ার ছন্দগী থোংপ্রবা, লেমহৎবা অমসুং অচিংবা শুরু অমা নাকোংদা ময়েক শেংনা ফাওহল্লকই। মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দদা হেনরম্বা মণিপুরী নাকোংদা মাত্রা ৮, ৯ অমসুং ১০ গী ছন্দ ফাওবনা চংশিল্লকপদা তশেংনা মুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। অসিগুম্বা কমলগী নীংতম্বা শাল্লরকপা ছন্দগী মশক অসিদা চরণশিংগী না-পু তাবা মান্নহনবা (মিত্রাক্ষর) অমসুং স্তবকশিংগী মশক্লোমদা কল্লা কুপ্পা য়েংশিনদব। অমা থেংনরবসু অচেৎপা নিয়ম থরনদি ছন্দগী মশক তাক্লি। তশেংবমক্তি কমলদি মণিপুরী ছন্দদা হান্নগী ফাজিল্লম্বা কয়াবু থদংতুনা মুক্তিগী লম্বেল থিখিবা কবিনি। তোঙান তোঙানবা ভাবকী ফোঙদোকপগী ইহুলদা ছন্দগী মওং কয়া কয়া পুশিল্লবা হোংনরমই। মথক্তা পনখ্রিবা ছন্দগী নিয়ম খরা অসিদা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী কবি কয়ানা শৈরেং কয়া ইনরক্লি।

অতুবু মতমগী কবি খরদা থোকইদোক্লসু নহারোল কবিশিংদা নীংতম্বা ছন্দবু ঈশিং ঈচেলগুম্না হৈথবদৌনা তৌবা মওং অমা থেংনরক্লি। মায়কৈ অসোমদা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহগী মিং পন্নবা য়াই ত্রিপদী, চৌপদীনচিংবগী নিয়ম পুম্নমক থদংতুনা অমসুং পরেংশিংগী না-পু তাবা মান্নবনচিংবা পুম্নমক থুগায়হনা মুক্তবন্ধ ছন্দ ( Free verse ) গী মশক লৌরকই। অসিগুম্বা ছন্দগী শকফমসিনা কয়া য়াম্না কূইনা মণিপুরী শৈরেংগী ইহুল পীবা ওম্নগে হায়বহু য়েংথিবা তারি। অতুবু যুগকী লাক্লিবা য়াখল থরদি নীংখিজনা ছন্দ অসিদা কোংদোক্লি। হায়রিবা

ছন্দ অসিদা দরকারগী মতুংইন্না মতাং : বারী শাবগী মওং, মতা অমদা মতেক মতেক ওইব ছন্দ। ইবা বাহৈশিং, মতাং অমদনা শাংন চিংনা হাবদোকখিবা করা—নীংঙক নীংঙকপা ভাবকী থোকউ থোকউব ছন্দগী ঈচেলদা চেম্বা অমা থেংনরি। চুরগী বারী বাতাই শাবনচিংবগী মওনা মপুং ওইনা চথরকক্রুনা ছন্দগী মাত্রা মশীংগী মায়বনচিংব থোইনা য়েংশিল্লক্‌ত্রবদি মতুং গদ্যছন্দ ( prose verse ) গী মশক লৌরকই। হৌজিকী মণিপুরী শৈরেং কয়াদা, থোইদোকপা নহারোং কবিশিংগী শৈরেংশিংদা হায়রিবা মুক্তবন্ধ ছন্দ নত্রগা মুক্তক ছন্দ (free verse) অমসুং গদ্য ছন্দ অসি ফনা য়াম্না নীংথিজনা থেংনরে।

লোইরবা

